# মণিপুর থিবা ।১।

মণিপুর থিবা অমসুং তাকপা




অইবা : কৈশাম বিরচান্দ সিংহ
মহারাবি

# মণিপুর থিবা ।১।

## ꯃꯅꯤꯄꯨꯔ ꯊꯤꯕꯥ ꯑꯃꯁꯨꯡ ꯇꯥꯛꯄꯥ

### মণিপুর থিবা অমসুং তাকপা



অইবা : কৈশাম বিরচান্দ সিংহ

মহারাবি

অইবা অমসুং অফোংবা : কৈশাম বিরচান্দ সিংহ

অহানবা নম্বা কোপি মশিং : ৭০০

ফোংবা : তাং ১৫/৯/৯৪ ইং

ব্লোকশাবা : Image Graphic
Keishamthong Elangbam Leikai, Imphal

লাইরিক ফংফমশিং :

১। Jagat Mata Book Store
Near Pologround

২। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ
পাউনা রোড, ইম্ফাল, ফোন- ২২১১৮০

৩। অতৈ লাইরিক য়োনফম দুকান খরু

মমল : লুপা ২৫/-





নম্ফম : Manorama Printing Press Uripok,
Imphal—795001

# ৱাহৌদোক

ঐখোয়গী ভারতকী মন্থংদা মণিপুর কৌবা দেশ অসি কয়া শুবগে ? মফম কদাই কদাইদা লৈবগে ? অনম্থং মহৌশ। মহাভারতকী মতমদা পাণ্ডব অর্জুনগী মচা বভ্রুবাহনা পালখী হায়রিবা মণিপুর অদু হৌজিক মফম কদাইদনো ?

ৱাফম অসি শংনবগী —মরমদা অথং-অহে মরুপ-মপাং কয়াগা লোইননা য়াম্না কুপ্না খন্নদুনা থিরক্লগা ইবা লাইরিকনি। মরম অসিনা লাইরিক অসিগী মমিং 'মণিপুর থিবা' হায়না কৌজরে।

লাইরিক অসি ইবগী মরমদি— ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক মণিপুর অসিদা হৌজিক হৌজিকসু মৈতৈ মচা ঐখোয় মশেনমক্তা মণিপুরগী মরমদা কাংলুপ অনি থোক্না য়েন্নরি।

য়েংনরিবা ৱাফমদি — ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক অসিবু মহৌশাগী মহাভারতকী মতমদা লৈরম্বা বভ্রুবাহনা পালখা মণিপুর অদুনি হায়বা কাংবু অমা। অদুগা কাংবু অমনা মৈতৈ লৈবাক অসি মণিপুর কৌরম্দে কংলৈপাক কৌবনি। মণিপুর কৌথিবদি পামহৈবা নিংথৌগী মতমদা শান্তীদাস গোসাইনা য়োনজিনখিবনি হায়বা অমা।

য়েংনরিবা ৱাফম অনি অসিগী মরক্তগী অচুম্বা অতুমথকতং থনম্নবা হায়বদি মৈতৈ লৈবাক অসি মহাভারতকী মণিপুর অদু ওইরমদ্রে হায়বা অসিনা। নত্রগা মহাভারতকী মণিপুর অদু ওইরম্লে হায়বা অমা। ৱাফম অনি অসিগী মরক্তগী য়েংননিংঙাই লেতনা চুম্নবা তংতাবা অচুম্বা অতুমতং ময়েক শেংনা থনম্নবগীদমক অথং অহে কয়াগা য়াম্না কুপ্না খন্ন নৈনদুনা লাইরিক মখল কয়াদা য়েংলগা ইবা লাইরিকনি।

তংতাবা অচুম্বা অতুমা থনমম্নবদি হয়েং তুংদা পোকলকপা চারোন শুরোন ফাওবা জ্ঞান তাদবা চয়েংনবা ওইনা অতুম লৈহৌরগনি।

অতুগীস্থ মথক্তা হৌজিক্কী মীরোল ঐখোয় অসিস্থ তুংগী ইচা ইশুশিং অতুনা হায়নহৌগনি, মতুদি— ঐখোয়গী ইপা ইপুশিং অতু য়াম্না পংবা ম্নাখল লৈত্তবা অচুম অরান করি অমত্তা থিগত্তবা মীওইশিংনি। অস্থুম্না তুংগী ইচা ইশুশিংনা হায়নহৌবা তাবনি। মসি থোক্তনবগী দমক অচুম্বা অতুমা থনম্নবগীদমক ইবা লাইরিকনি।

মরম অমনা অচুম্বা অরেপ্পা অতু ঐখোয় মৈতৈগী ইতিহাস লাইরিক্তা ময়েক শেংনা ইতুনা থনমকম থোকই। অস্থুম্না অরেপ্পা অতু থম্মীরম্নবদি তুংদা হৌবকপা মীওইদস্থ চয়েৎনবা অতু লৈররোই। হৌজিক্কী মীরোল ঐখোয় পম্নমকস্থু অচুম্বা অতু খংলবদি পুক্নিং লৈতারগনি।

ম্নাফম অমনা লাইরিক অসি হৌবদগী লোইবা ফাওবা পুক্নিং চঙনা পাবিরগা মৈতৈ লৈবাক মণিপুর অসিগী শক্তম অশেংবা অতু খংবিগনি। লাইরিক অসি পাবিরিবশিংগী মরক্তগী কনাগুম্বনা য়ানিংদবা লাল্লি হায়না খল্লা থেংনবিবরস্থু তাকপিরকউ মতু খন্নরগা চুমথোকমিন্নসি। ভৌবদদি খংন-চৈনবগী মতুত্তা খন্ন-নৈনরগা অচুম্বা অতুমদি থনমসি। হায়বদি— ঐখোয়গী লৈবাক অসি মহাভারতকী মণিপুর ওইরম্লে হায়বা অসিমা, ওইরমদ্রে হায়বা অসিমা অনিগী মরক্তগী অচুম্বা অতু থনমমিন্নসি, পাবিরিবশিংনা অচুম্বা অতুদা তেংবাংবীয়ু হায়না নোল্ল্কচরি।

———

# অইবা

শ্রীকৈশাম বিরচান্দ সিংহ
সাং মহারাবি , বিঃ পিঃ ওঃ অরাং সেকমাই

## খুন্নবদা য়াওবিবশিং

১। স্বর্গীয় শ্রীযুক্ত লাইশ্রম কেশোরী সিংহ, হৈরোক পার্ট টু

২। শ্রীযুক্ত কোঙেংবম লয়োনসিংহ, মোইরাং মাইবা।

৩। শ্রীনিংথৌজম সুবোন সিংহ, হৈরোক পার্ট টু।

৪। শ্রীনিংথৌজম মণিহার সিংহ, হৈরোক পার্ট টু।

৫। শ্রীলাইশ্রম ইরাবোৎ সিংহ, হৈবোংপোকপী, পিঃওঃ লমশাং

৬। শ্রীকুরাইলাৎপম মোধুমঙ্গোল শর্ম্ম, অরাং রাম্বাই।

৭। শ্রীনিংথৌজম চাওবা সিংহ,
সাং রাংজিং সোরোকখাইবম লৈকাই।

# ৱাহৈ খরদং

লাইরিক অসিবু পাবিরিবশিংগী মফমদা অইবনা নোলুক্লা ৱাহৈ খরদং হায়জরি, ঐহাক্তি লাইরিক লাইস্ন অতুক য়াম্না হাক্লা হৈজবা মীওই অমা নৎচদে। অতুবু লাইরিক অসি ইরগা ফোংনিংবগী ৱাখল অমা লাকখি। ঐগী পুক্নিংনা লাইরিক অসি ইরগা শোই-দনমক ফোংগে হায়না খল্লকখিবগী ৱাকমদি অসিনি:— হৌজিক্তগী চহি ১১ অমুকী মমাংদা ঐখোয়গী লৈবাক অসিবু মণিপুর কৌরমদে, মণিপুর হায়বা মিং অসি থোক্লিনখিবা কুইদরী পামহৈবা নিংথৌগী মতমদা থোক্লিনখিবনি হায়বা ৱাফম অসি তাবা ফংলকখি।

মতুদা ঐনা খল্লি, ৱাফম অসি অচুম্বা ওইরমগদরা? মতম অদু ঐহাক ইশাগী চহি ৫০ রোম সুরে। ঐনা খল্লি, পোকপদগী হৌজিক ফাওবা ঐখোয়গী লৈবাকপু 'মণিপুর' মণিপুর কৌই হায়না খংহুনা লাকই। অদুগা হন্দক তারিবা ৱাফম অসিবু অচুম্বা ওইরিগদরা? নত্রগা অরানবা ওইরমগদরা? অনি অসিগী মরক্তগী অচুম্বা, তংভাবা অদুমতং খংবা পাম্বদগী লাইরিক অসি ইনিংবগী ৱাফম অমা ঐগী পুক্নিংদা য়াম্না কন্না লাকখি অসিনা মরম ওইদুনা লাইরিক অসি ইজবনি।

পাবিরিবশিংনা অরাম্বা থেংনবীরবস্নু তাকপিরকউ, লোইননা অচুম্বা অদু পুথোকপিরকউ, অদুগা অচুম্বা অদুমদি থনমসি। ঐহাক্লা হন্দক লাইরিক অসি ইজবদি ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক মণিপুরগী তশেংবা শক্তম অদু থনম্বা পাম্বদগী ইজবনি। ঐগী পুক্নিংদা ঐখোয়গী লৈবাকপু মহাভারতকী মণিপুর ওইহন্নিংবগী ৱাফম লৈজদে, ওইহন্নিং-দবগী ৱাফমসু লৈজদে। মরমদি:— তশেংনা বভ্রুবাহন্না পালম্বা লৈবাক ওইরম্লগদি ওইহন্নিংত্রগসু ওইদবা য়ারোই। অদুগা ফনয়াম্লা ওইহন্নিংদুনসু বভ্রুবাহন্না পাল্লমদবা ওইরগদি মহাভারতকী মণিপুর অদু খক ওইবা য়ারোই।

রাকম অমনা হৌজিক মতমগী য়াওন মতুং ইন্না পৃথিবীগী মফম খুদিংমক থাক রাংনা চাওখৎনরক্লে। ঐখোয়গী মণিপুরদসু লাইরিক লাইসু হৈবা কয়া লৈরক্লে। বিজ্ঞানিক ওইবা মীওই কয়া লৈরে। সাইএন্স হৈরবা কয়া য়াওরে, ফিলোসোফর ওইবা, হিষ্টরী খংবা, জিওগ্রাফি হৈরবা মীওই কয়া কয়া লৈরে। জর্জ ওইবা, উকিল ওইবা লো পাস তৌরবা মীওই কয়া কয়া ঐখোয়গী মণিপুরদসু লৈরে।

অস্নুম্না চাওখৎলবা মতম অসিদা ঐখোয়গী লৈবাক অসিবু মহাভারতকী মণিপুর অহুনি—নত্তে হায়তুনা য়েৎনরিবা অসিগী মরমদা য়েৎননিংঙাই লৈত্রবা অচুম্বা অতু থনম্বা চুম্নী। মরম অসিনা 'মণিপুর থিবা' হায়না কৌবা লাইরিক অসি ইজবনি।

লাইরিক অসি ইনবা হোৎনজরকপদা চহি ৫/৬ চংনা থিগৎচরগা মণিপুর ইতিহাসনচিংবা লাইরিক কয়া পারগা, মপাল লমগী লাইরিক কলকাত্তাদা নম্বা লাইরিকতগীসু লৌখৎলগা, মণিপুরগী সনা কোন্নুংগী পুয়া পাইবা পণ্ডিত অচোবদা খংদবা কয়া হংজরগা অমদি ইংলিস, হিন্দি, বেঙ্গলী, হৈরবা অখং অহৈ কয়াগা তাম্নজবদগী লাইরিক অসি ইজবা ঙমজবনি।

মরম অসিনা লাইরিক অসি ইবদা থম্ন নৈনবা য়াওবিহুনা মতেং পিবিরিবশিংগী মফমদা তৌবীমল খংবা উৎপগা লোইননা ইকাই খুম্নজরী।

লাইরিক অসি ইবা লোইরগা ছাপা তৌত্রিডেদা অচুম অরান য়েংবিহুনা সুদ্ধন তৌথোকপিরিবা ওঝা ইবুংঙো— শ্রীযুক্ত নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, পদ্মশ্রী, ওঝাগী মফমদা পুক্নিংগী শিংঙমত্রবা লমন তোনশিজরে।

লোইননা মণিপুর প্রজা মীয়াম পুম্নমকপুসু ঈশ্বরনা চান্নীবা ওইসনু

অইবা :— শ্রীকৈশাম বিরচান্দ সিংহ

"মণিপুর থিবা" লাইরিক অসি নম্বদা শেনগী মতেং পিবিরকপশিংঃ

| | | |
|---|---|---|
| ১। | শ্রীময়ুম শ্যাম শর্ম্ম, তেন্দোংয়ান | লুপা ৩০০/- |
| ২। | ফুরাইলাৎপম মোধুমঙ্গোল শর্ম্ম, অরাং রাগ্বাই | ,, ২০০/- |
| ৩। | থেংবাইজম নোবোসিং, শগোলতোংবা বাজার | ,, ১০০/- |
| ৪। | মংশাতাবম বিরমণিসিং, মহারাবি | ,, ৭০/- |
| ৫। | যুমনাম মনাওবিসিং, মহারাবি | ,, ৫০/- |
| ৬। | সোরোকখাইবম রাজেন্দ্রোসিং, মহারাবি | ,, ৫০/- |
| ৭। | ইরুংবম শ্যামা সিংহ, মহারাবি | ,, ৫০/- |
| ৮। | কোংব্রাইলাৎপম কৃষ্ণদাস শর্ম্ম, মহারাবি | ,, ১০০/- |
| ৯। | থেংবাইজম মংলেমসিং, থাংমৈবন্দ লৌরুং পুরেন লৈকাই | ,, ১০০/- |
| ১০। | কৈশাম রবি সিংহ, থাংমৈবন্দ হিজম দেরান লৈকাই | ,, ৫০/- |
| ১১। | ফিজম নিংথেম সিংহ, থাংমৈবন্দ হিজম দেরান লৈকাই | ,, ৫০/- |
| ১২। | কৈশাম তোমচা মৈতৈ, থাংমৈবন্দ হিজম দেরান লৈকাই | ,, ১০০/- |
| ১৩। | লাইতোনজম ইরাবোৎ সিংহ, রাংজিং রাখ্রে | , ৫০/- |
| ১৪। | পোৎশংবম ওমোর সিংহ, অরাং সেকমাই বাজার | ,, ৫০/- |
| ১৫। | ক্ষেত্রিময়ুম অঙ্গৌবাসিং, অরাং সেকমাই বাজার | ,, ৫০/- |
| ১৬। | শামুরাইলাৎপম গৌরকৃষ্ণ শর্ম্ম, অরাং সেকমাই বাজার | ,, ১০/- |
| ১৭। | অকোইজম গৌরসিং, অরাং সেকমাই বাজার | ,, ১০০/- |
| ১৮। | নাওসেকপম বিধু দেবী, ললাম্বুং মখোং | ,, ১০০/- |
| ১৯। | কৈশাম কালি সিংহ, অরাং লৈকিন্থবী | ,, ১০০/- |
| ২০। | তোংব্রম বিসম্ভর সিংহ, অরাং লৈকিন্থবী | ,, ১০০/- |
| ২১। | ফুরাইলাৎপম গৌরচন্দ্র শর্ম্ম, অরাং পোৎশংবম খুলেন | ,, ১০০/- |
| ২২। | খুন্দোংবম ইন্দ্রসিং, অরাং পোৎশংবম খুলেন | ,, ১০০/- |
| ২৩। | চিংগাংবম দামদোর সিংহ, অরাং পোৎশংবম খুনৌ | ,, ২০/- |
| ২৪। | কৈশাম তোম্বা সিংহ, অরাং পোৎশংবম খুনৌ | ,, ৫০/- |
| ২৫। | খোমদ্রাম অম্বিকাসিং, খোংহামপাৎ ময়াই লৈকাই | ,, ৫০/- |
| ২৬। | লৈমপোকপম মেরা সিংহ, লমশাং বাজার | ,, ৫০/- |
| ২৭। | লাইশ্রম ইরাবোৎ সিংহ, হৈবোংপোকপী, লমশাং | ,, ১০০/- |

# লাইরিক অসি ইথদা মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং

| লাইরিক মমিং | অইবা |
|---|---|
| ১। অহুভৈগী কংলৈপাক মণিপুর নক্তে : | কাংজিয়া গোপাল, এমঃএঃ ( ফিল ), দিপার্তমেন্ত ওফ ফিলোসোফি, ওরিয়েন্তেল কলেজ, ইম্ফাল। |
| ২। মণিপুর ইতিহাস বিজয় পঞ্চালি : | ১) স্বর্গীয় শ্রীলাইশ্রম মঙ্গি সিংহ, ভক্তিরস চুড়ামণি। ২) স্বর্গীয় শ্রীলোংজম মণি সিংহ, স্বরসিদ্ধান্ত চুড়ামণি। |
| ৩। চৈথারোল কুম্বাবা : | ১) স্বর্গীয় শ্রীলাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ। ২) শ্রীযুক্ত নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, পদ্মশ্রী |
| ৪। সরল বাঙ্গলা অভিধান : | স্বর্গীয় শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্র, কলকত্তা। |
| ৫। শ্রীমহাভারত পুরান : | শ্রীকাশিরামদাস পণ্ডিত। |
| ৬। শ্রীসাত কান্দ রামায়ন : | শ্রীকৃত্তিবাস পণ্ডিত। |
| ৭। মদ্ভাগবত : | শ্রীব্যাস শুক দেব। |
| ৮। শ্রীশ্রী হরি সঙ্কীর্ত্তন : | স্বর্গীয় শ্রীকোঞ্জেংবম ধন সিংহ। |
| ৯। হাওদৈজাম্বা চৈতন্য সিংহগী লাইরিকশিং পুনশিনবা : | রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ। |
| ১০। মণিপুর ইতিহাস : | স্বর্গীয় শ্রী অতোম্বাপু বিদ্যারত্ন শর্ম্মা, কবিরাজ। |
| ১১। সতিং সকোক পুয়া : | শ্রীযুক্ত নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, |

# থাগৎ ৱাহৈ খরদৎ

নুংশিজরবা ইয়াম্বা বীরচান্দ সিংহনা ইবা "মণিপুর থিবা" কৌবা লাইরিক অসি পাজরে। অশেংবা পাউথুম ফংদনা লৈররুবা মতমগী ৱাহংগী পাউথুমনি। গুরু-মন্ত্রবা অহিংদা লম্বাংনরবা লম্বীচৎপশিংদা লম্বী তাকপা, মঙাল পীবা ধ্রুবতারানি। নুমিৎকী মঙালনা য়ৌশিনবা ঙমদ্রবা মফমদু অইবগী ৱাখলগী (মঙালনদি) অতুম ময়োই। "ন,নমস্তুস্ত-মোহারী সাধুরেব ন ভাস্কর:"। হনবা লৈত্রবা ইয়াম্বগী পরিশ্রম ভগিরথ প্রয়াসনি থাগৎনিংঙাই ওই, থাগৎচরি। শ্রীগোবিন্দগী কৃপাদগী কৃতাকৃত: ওইরসনু।

এস: গৌরমনি শর্ম্মা
সেক্রেটরী
উত্তর মণিপুর প্রগতিশীল ব্রহ্মসভা
খোংহামপাৎ

# য়াওফম তাকপা

# খুরুমজবা

অহান্নদা ঐবু তাকপি তম্বীবা শ্রীগুরুবু খুরুমজরী।
জ্ঞানগী মৈরা ওইনা ঐগী পুক্লিংদা ডান্বীনবা গুরুদা নিজরী।
মথংদা তাইবং শেম্বা মপু ঈশ্বরবু খুরুমজরী।
মহাক্কী থৌজান্না তাইবংগী জীবশিংনা হিংজরী॥
মীথোই মীহেন ওইরিবা মীশকতো মহাক্কী থৌজান্নী।
ঈশ্বর মাগী মখুয়াদা নোলুকচবনা অথোইবা ধর্ম্মনি॥
পোকপা শিবা লৈতবা মশক মওং লৈতবা মহাক্কি।
তাইবংদা মিৎনা উরিবা পুম্নমকসি ঈশ্বর মহাক্কি॥
মতমগী মওং য়েংতুনা মশক মওং নাইতুনা শায়োন্বসু মহাক্কি।
মনাইবু চাওহন্বীবা মনাইনা হায়রিবমখৈ য়াবিবা মহাক্কি॥
থৌজানহৈবা হে ঈশ্বর নফমলাংদা চংজরী মনাইনা।
পিনবিয়ু নিজরী মণিপুরগী অশেংবা শকতমদো নহাকনা॥
মথংদা খুরুমজরী তাইবংপানবু পুবিরীবা পৃথিবী ইমাবু।
ডাকপীহৈবী ইমানা ডাকপিয়ু লংজখিবা ইরান কয়াবু।
খুরুমজরী মথংদা পোক্লফম লমদম মণিপুর সনা লৈবাকপু।
পৃথিবীগী মন্নুংদা অথোইবনি মণিপুর কবিশিংনা শিংথানৈ নহাকপু॥
অশংবা ফিগে থোল্লিবী কৌব্রুনা লেশ্ফু ওইরীবী কংলান থোইদৌ ওইরিবী।
চীংনা কোইনা পনশাবী চীংমীনা কোইনা পনডাকপী লোকতাক্লা মিংশেল গুম লংলিবী॥
অথৌবা পোকপী ইমানি চীংমী তম্মী ইমাগী মচাডাক্তনি।
অচান মীরাই নাইদনা পারি মমোম খিবিকপু 'য়াকচবী ইমানি॥
হে: ইমা মণিপুর নহাক্কী অশেংবা শকতমদো উৎপিরো মীয়ামদা।
ইমা নংগী হৌরকফম লংলা লংজিন অহু তাকপিরো ন চাদা॥

শ্রীকৈশাম বিরচান্দ সিংহ।

# মণিপুর থিবা

ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক মণিপুর অসিবু মহৌশাগী মহাভারতকী মতমদগী লৈরক্লবা অর্জ্জুনগী মচা বভ্রুবাহন্না পালম্বা মণিপুর অদুনি হায়বা কাংবু অমা।

অদুগা কাংলুপ অমনা অমুক হায়বনা — মহাভারতকী মতমদগী লৈরক্লবা বভ্রুবাহন্না পালম্মী হায়রিবা মণিপুর অদু ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক অসিদা নত্তে হায়বা কাংলুপ অমা। অম্সুন্না মৈতৈ মচা মশেনমক্তা কাংলুপ কাংলুপ নাইনা য়েংনরক্লি।

য়েংনরিবা রাকম অনি অসিগী মরক্তগী করম্বনা চুম্বগে হায়বা অদু খিজিনবা তাই। হায়বদি অহানবদা ভারতকী মনুংদা মণিপুর কৌবা লম অসি ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক অসি নত্তবা করম্বা মফমদা মণিপুর অমসু লৈরিববা হায়বা অদু খিবা তাই। মহু হাম্ন খিরগা ভারতকী মনুংদা বভ্রুবাহন্না পালম্বা মণিপুর অমা ফংলবদি ঐখোয়গী লৈবাক অসি মহাভারতকী মণিপুর অদু নংত্রে হায়বা অহুম খংজরে।

ইন্দিয়াগী মনুংদা মণিপুর কৌবা লম অসি মফম অমখক্তনি অনি সুদে। লোইননা বভ্রুবাহন্না পালম্বা মণিপুরসু ইন্দিয়াগী মনুংদা অমখক্তা ওইগনি অনি সুরোই। মরম অনিনা হায়রিবা মণিপুর অদু ইন্দিয়াগী মনুংদা মফম কদাইদা লৈবগে হায়বহু খিবা তারে।

তৌবদি হৌজিক হৌজিকমক্তি ভারতকী মনুংদা মণিপুর কৌবা লমদমদি ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক মণিপুর অসিনা ওইরি। ভারতকী মনুংদা হৌজিক হৌজিক মণিপুর কৌবা লমদম ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক অসি নত্তনা অতৈ মফম অমদা লৈতে।।

অহুবু ঐখোয়গী মৈতৈলৈবাক অসিদি মণিপুর কৌরমদে, খাংতপ্পা, খোজিনখিবনি হায়রবনিনা, ভারতকী মনুংদা বভ্রুবাহন্না পালম্বা

মণিপুর অদু হৌজিক মফম কদাইদা লৈবগে হায়বা অদু থিবা তারে। মফম অদু মণিপুর কৌরম্বদগী হৌজিক করি মমিং ওনগ্রবগে ? মণিপুর কৌরম্বদগী তোকখিবনা করিদগীনো ? শোক কয়াদা তোকখিবনো ?
চহি কয়া সুগ্রবগে অসি ফাওবা থিজিনবা তাবনি।

——(০)——

# পাউনিংখোল

হৌজিক্কী চহি ১০ (তরা) মুক্কী মমাংদগী মণিপুরগী লৈবাক মীয়াম্না ঙাংনরকখি মতুদিঃ—ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক অসি মণিপুর কৌরমদে। মণিপুর কৌথিবদি পামহৈবা নিংথৌগী মতমদা সান্তদাস গোষাইনা নংখোয়গী লৈবাক অসি পাণ্ডব অর্জ্জুনগী মচা বভ্রুবাহন্না পালপা মণিপুর হায়বা লম অদু অসিনি। নংখোয়না খংদতুনা তৌবনি ঐগী ৱাসি থাজো অচুম্বনি। নংখোয় বভ্রুবাহনগী ধারানি পাণ্ডব শাগৈনি। অসি হায়বা তাবদগী পামহৈবা নিংথৌনা চিংবা অঙম অথৌ খরদংগনা থাজবদগী মণিপুর থোঞ্জিনখিবনি।

অসুম হায়না মৈতৈ মচা খরনা ঙাংনরকখি তংতাবা অশেংবদি খংদে, লাইরিক ওইনা থেংনবসু নত্তে। পাউনিংখোল ওইনা তাবা ফংলকখি অদুগা অচুম্বা অদু ফংনব হংদ হংজিল্লুরগসু অশেংবা অদু কনা অমত্তনা হায়বা ঙমদে। অতুনা ৱাফম অসিবু য়ানিংদবা মীওই কয়া অমা হৌজিকসু লৈরি।

অসুম্না ঙাংনরকপা অসি তাবা অদুদগী হৌনা ঐগী পুক্নিংদা অঙকপা অমা ওইখি। ৱাফম অসিবু অচুম্বা ওইনা লৌগদরা ? মতম অদুদাঐনা খনখি মণিপুরবু কংলৈপাক কৌই হায়রবা অসি হন্দকতা তারি,ইপা ইপুনা কংলৈপাক হায়না মিংগৌনরমম্রিবা অসিনা করিগীনো ?

মতম অদুদা ঐনা রাফম অসিগী মরমদা অচুম্বা অমদি ফংনবা থিগে খন্দুনা য়াম্না কন্না থিবা হংবা তৌবকখি। অদুবু হংলুবা খুদিংমক্তা তশেংবা অচুম্বা অদুদি কনা অমতনা হায়বা ওমদে অচুম্বা অদু ফংবা ওমদে। অদুবু থিবা হংবদি তোকতরি।

অমুম্না চহি ৬।৭ লোম থিরকপদা ইং শোক ১৯৮১ গী অদুরাইদা লাইরিক অমা ফংই। মদুদি :— "অদুঙৈগী কংলৈপাক মণিপুর নত্তে" হায়বা লাইরিক। কাংজীয়া (গোপাল) এমঃ এঃ (ফিল). ডিপার্টমেন্ট ওফ ফিলোসোফি, ওরিয়েন্তেল কলেজ, ইম্ফালনা লেংবা লাইরিক অসি ফংখি। মতমদুদা ঐনা খল্লি মীয়াম্না ভাংনরিবা রাফম অসি লাইরিক অসিদগী শোইদনা ওইরমগনি হায়না থাজে। লাইরিক অসি পারগা মণিপুরগী শক্তম অশেংবা অদু খংবা য়াই খন্দুনা পারুবদা হৌবদগীনা লমাই ২৯ ফাওবদি য়াম্না নুংঙাইরম্মী অচুম্বা ওইরমগনি নিংলম্মী।

লমাই ৩০ দগী ৩১ ফাওবদা মণিপুর অসি মফম ৩ থোক্না পিবা থেংনৈ মদুদা অঙকপা অমা ওইরে। মথং মথং পাথরুবদা লমাই ৩৬ ফাওবগী মগুংদা মণিপুর অসি ভারতকী মনুংদা মফম ১০ মুক পিবা থেংনরে।

— —(০)— —

## কাংজীয়া গোপালগী মণিপুর।

কাংজীয়া গোপালনা ইবা "অদুঙৈগী কংলৈপাক মণিপুর নত্তে" হায়বা লাইরিকী মনুংদা পিরিবা মণিপুর ময়াম অদু মখাদা থমজরি।

(১) অহানবদা "অদুঙৈগী কংলৈপাক মণিপুর নত্তে" হায়বা লাইরিকী লামাই ৩০দা — পণ্ডিত নগেন্দ্র নাথ বসুনা "জন্মভুমি" কৌবা পত্রিকাদা

মহাভারতকী মণিপুর অত্থুদি ওরিষ্যাগী থাইনা ওইরবা রাজধানীনি হায়বগী লেংদবা খুদম পিগ্রে। অসিমা।

(২) অনিস্ুবদা— বিশ্বকোষ ইবা নগেন্দ্রনাথ পণ্ডিতনদি অস্ুম্না ইরি— "বর্ত্তমান গঞ্জাম জেলাস্থ চিকাকুলের নিকট যে মনকর বন্দর আছে তাহাই কলিঙ্গ রাজধানী।" মহাভারতীয় মণিপুর। হায়বদি মতমসিগী গঞ্জাম লমদমগী চিকাকুলগী মনাক্তা "মনকর" বন্দর লৈরিবসি কলিঙ্গগী রাজধানীনি, মহাভারতকী মণিপুর অত্থুনি হায়বনি। অস্ুম্না লামাই ৩১ দা অমা।

(৩) অহুমস্ুবদা — লমাই ৩১ দা অমুকস্ু অস্ুম্না পিরি — মত্থুদি পণ্ডিত হরিচরণগী "বঙ্গীয় শব্দ কোষ" ভোল অহুম স্ুবদা মহাভারতকী শ্লোকনা পল্লিবা মণিপুর কৌবা বভ্রুবাহনগী লৈপাক অসিনা কলিঙ্গ দেশবু (ওরিষ্যাবু) থাদোকপা লৈতে হায়বা থিন্দুনা তাকই। অসিমা।

(৪) মরিস্ুবদা — লামাই ৩২ দা সারমোনিয়র রিলিয়ামস, বোদন প্রোফেসর ওফ সংস্কৃত, এমঃ এঃ, কেঃ সিঃ আইঃ ইঃ না "এ সংস্কৃত-ইংলিস দিক্সনারি" দা মহাভারতকী মণিপুর অস্ুম্না শিংথ্রবা থেংনগনি —

"Name of a town in Kalinga
Situated on the sea shore."

(মহাভারতকী মণিপুর অত্থুদি) সমুদ্র মপান্দা লৈবা কলিঙ্গগী তাউন অমনি — অস্ুম্না থিন্দুনা পি। অস্ুম্না অমা।

( নেম ওফ এ তাউন ইন কলিঙ্গ সিচুয়েটেড ওন দ সি সোর। )

মথক্কী ইংরাজী ময়েক্না ইরিবা সেন্টেন্স অসিদা মণিপুর হায়বা রাইে অমদি ময়েক অমত্তা য়াওদে। অত্থুগা অর্থ তৌবদদি ( মহাভারতকী মণিপুর অত্থুদি ) হায়বা রাইে অসি তোপশিল্লি। তোপশিল্লিবা রাইে অসিগী অচুম অরানদি পাবিরিবাশিংনা খঙ্গরগা লেপ্পিরো।

(৫) মণ্ডাসুবদা— লামাই ৩১ দা শ্রীনগেন্দ্রনাথবোস পণ্ডিতকী "বিশ্বকোষ" নবম ভাগ অসিদা "প্রাচীন দাক্ষিনাত্য" হায়রুনা পুথোকপা পাফল (মেপ) অসিদা "মণিপুর" হায়বা মহেন্দ্র পর্ব্বত চীংশাংগী নাক-চিরাইদা থিন্দনা তাক্লম্মী। মতু গঞ্জামগী নোংচুপ্পুনি কলিঙ্গ নগরগীনা নখা শেল্লপ্পা লৈ। অসিমা।

(৬) তকুকসুবদা— লামাই ৫৮দা ড ৬২ আপাতেমদি খৃষ্টগী চহি ১৮৭৯ দা ফোংবা মাদ্রাজগী চেকেংদা দাক্ষিনাত্যগী মাছরদগী মাইল ৭ মথায় চৎলগা নোংপোকলোমদা "মনলুর" কৌবা লমদম অসি মহাভারতকী মণিপুর অতু ওইগনি হায়না য়াম্না থাপ্লা পুথোকই। অসিমা।

(৭) তরেৎসুবদা— লামাই ৩১ দা কন্নিংহামনদি মহাক্কী আরকেওলো-জিকেল সরভেগী রিপোর্টতা মধ্যপ্রাদেশগী লম রতনপুরগী অরাংদা লৈবা 'মণিপুর" অসিব চেদিরাজাগী থাইনগী রাজধানী মণিপুর অতুনি হায়তুনা মনুং চংশিল্লপ লৈবা ওইনা পিরি। অসিমা।

(৮) নিপালসুবদা— লামাই ৩১ দা "এফাদরিস মোমেন্তল এন্টি-ক্যুতিজ ইন্সক্রিপসন ইন দ এন. দব্লিউ. পি. এন্দ ওন্ধ" গী লামাইদা থাইনগী মণিপুর অতু পল্লি। সিতাপুরগী খা পাংনা ক্রোশ ১৩ চৎলগা লৈরিবা "মনুআ" কৌবা লমদম অসি থাইনগী মণিপুর অতুনি হায়না চেৎনা কোন্দনা থম্মী। অসিম।

(৯ মাপনসুবদা - লামাই ৩১ দা অসুম্না লৈরম্মী মিঃ ওপার্টনসু মহাভারতকী মণিপুরবু মতুরাগী নোংপোক্তা থম্বদগী হেনচিন্না করিমতা পল্লমদে। পণ্ডিতরাজ মোহননাথনদি মণিপুরবু কংলৈপাক্তগী অসুক্কী মতিক থাপ্লা হরিদ্বারোমদা থাংদোকই। মিঃ লাসননা অমুক কলিঙ্গদা মণিপুরবু উৎলি। কনাসু ওক্র মম লৈতে। অসুম হায়না লামাই ৩৫ মফম অসিদা মণিপুরবু মফম তোঙান তোঙান্না মফম মরি-মঙা থোক্লা ইবি।

(১০) তরাস্নুবদা— লামাই ৩৬ দা স্বামী দয়ানন্দ সরস্বতীনদি মণিপুর অহুবু নৈনরকপদা হৌজিক্কী মণিপুর অসিদি মাইল লিশিং কয়া লাপ্পা লংশেক্তুনা থম্মী। কংলৈপাক্কা লৈরিবা নোংপোক অসিদা নজল ওস্থোক্লগা স্বামী দয়ানন্দ সরস্বতীনা মহাভারতকী মণিপুরবু নোংচুপ-লোমদা লাপ্পা তাকই। অস্নুম্না অমা।

অস্নুম্না কাংজীয়া গোপালনা ইবা লাইরিক্কী মন্নুংদা লামাই ৩০ দগী ৩৬ ফাওবগী মন্নুংদা মণিপুরবু মফম তরামুক পিরি। অহুনা মাগী লাইরিক অসি পংই ইবা তারে। মরমদি ভারতকী মন্নুংদা বভ্রুবাহন্না পালম্মী হায়রিবা মণিপুর অহুদি অমথক্তুনি। অহুগা মাগী লাইরিক্তা পিরিবদি মফম তরামুক স্নুরে মসিবু করম্বা মফমদা অচুম্বা ওইহনগনি? বভ্রুবাহন্না পালম্বা মণিপুর অসিবু মফম কয়া স্নুবগে?

অহুগা মণিপুর অসিবু থাংদোক থাংজিন চিংথোক চিংশিন তৌহুনা থমনিংবা মফমদা থম্বা য়াবরা? নত্রবদি করিগীদমক লাইরিক ইরিবা অথং অহৈ পণ্ডিতশিং অহুনা মহাভারতকী মণিপুর অহুদি মফম অসিনি হায়বা ময়াম্মক মোট্ চপ্ মান্নুনা মফম অমথক্তুদা পিরমত্রিবা করিগীনো?

অহুগা রাফম অমনা কাংজীয়া গোপালগী হায়রিবা লাইরিক অহুগী লামাই (৬২ দা অমা) লামাই (৬৪ দা অমা) লামাই "৬৫ দা অমা" ইন্দিয়াগী মেপতদা কলিঙ্গ অমস্নুং মণিপুরগী মশক তাক্লি। মেপ ৩ দা লৈরিবা মণিপুর ৩ অসি মফম তিন্নদবা ওইনা লৈ। ঐনা মেপ য়েংবা হৈতবনরা ময়াম্নস্নু য়েংবীরগা খংবীগনি।

(১) অহাম্বা লামাই ৬২ গী মেপ্ অসি মহেন্দ্র পর্ব্বতকী খা থংবা চীংমৈ সমুদ্র মপান্দা মণিপুর লৈবা উই। অহুগা কলিঙ্গ নগরদি মহেন্দ্র পর্ব্বতকী মনিং অরাং ওইরপ্পা লৈবা উই।

(২) অনিস্নুবা মেপ-লামাই ৬৪ দা মহেন্দ্র পর্ব্বতকী অরাংদা কলিঙ্গস্নু মণিপুরস্নু লৈবা ওইনা উংলি। মফম অহু মণিপুরগা সমুদ্রগা য়াম্না লাপনৈ ওরিষ্যাগী লমদা মন্নুং চংশিল্লপ তৌনা মণিপুর লৈবা উই।

(৩) অহুমস্নুবা মেপ — লামাই ৬৫ দা মহেন্দ্র পর্ব্বতকী খা থংবা চীংমৈদা সমুদ্রগী মপান য়াম্না নক্না মণিপুর লৈরে। কলিঙ্গস্নু হন্দক্তি মহেন্দ্র চীংগী মখাদা সমুদ্র মপান্দা মণিপুরগা নক্লনা থম্লে।

অস্নুম্না মেপ ৩ গী মণিপুর ৮ অসি মক্ষম তিন্নদবা মাল্লি। মসিবু পাবিন্নিবশিংনা মেপ ৩ অসি য়েংবীরগা খংবীগনি।

কাংজীয়া গোপালনা ইবা লাইরিকী মনুংদা লামাই ৬২ গী অহানবা মেপ মখাগী অসি য়েংশি।

"প্রাচীন দাক্ষিনাত্য"




মেপ অসি মহেন্দ্র পর্ব্বতকী খা চীংমৈদা মণিপুর লৈরে।
কলিঙ্গনা মহেন্দ্র পর্ব্বতকী অৱাং মনিং ওইনা লৈরে।
গঙ্গামস্নু মহেন্দ্র পর্ব্বতকী অৱাং ওইনা লৈরে।

মথংদা লামাই ৬৪ গী মেপ অসি অমুক য়েংশি
"পৌরানিক ভারতবর্ষ"




অনিস্সুবা মেপ অসি মহেন্দ্র পর্বতকী অরাং কোৌক্র লিক্লম ওইনা মণিপুর অমস্তুং কলিঙ্গ পুন্না লৈরে।

মথংদা লামাই ৬৫ গী মেপ অসি অমুক য়েংশি।

খৃষ্টগী মমাং চহি ৬০০ কী ভারতকী অরীবা মেপ




৩ সুবা মেপ অসি কিস্কিন্ধ্যারোমদা খর নক্‌শিন্‌না সমুদ্র মপান য়াম্না নক্লা মণিপুর ১দি কলিঙ্গ পুন্না লৈরে।

---

হৌজিক মেপ ৩ অসি য়েংবদা খংলে মতুদি কাংজীয়া গোপালনা পুথোক্লিবা মেপ অহুম্মক অচুম্বা অমত্তা য়াওদ্রে। মরমদি কলিঙ্গ দেশ ভারতকী মমুংদা অমথক্তনি। মণিপুরসু ভারতকী মমুংদা বভ্রুবাহন্না পালম্বা মণিপুর অমথক্তনি ২ সুদে। অদুগা কাংজীয়া গোপালনা পিবা মণিপুরদি মহেন্দ্র পর্ব্বতকী অরাংলোমদা অমুক, মথারোমদা অমুক পিরিবা অসিনা মাগী মেপ অসি মবুথোক্কী ভাবনা শারগা পুথোকপা মেপনি হায়বা তাকচরী।

# বল্লাল চরিত

হায়রিবা কাংজীয়া গোপালগী লাইরিক অসিগী লামাই ৫৪'৫৫ দা আনন্দ ভট্টগী বল্লাল চরিতকী মণিপুর ( ময়েক পুমশেং শেংবা ) অস্নুম্না হায়বা ৱারি মচা অমা য়াওরম্মী, মতু মথাদা ৎমজরি।

"বল্লাল চরিত" কৌবা সংস্কৃত লোনগী লাইরিক অসিদা বেঙ্গলগী নিংথৌ বল্লালসেনগা থাইনগী মণিপুর অতুদা পাম্বা নিংথৌগা ঙৈহাক লৈতনা লান শোক্লবগী ৱা য়াওরি। মণিপুর অতুগী নিংথৌনা লাকচবদগী থৌৱাই মুংঙাইমন্দতুনা সেল ফাওবা পুতুনা হনজিন হনজিন লুম্মতুনা লান শোক্লবগী ৱারোল মরিক চুম্না পিরি। শ্লোক মতেক অমতং লৌথৎলগা মুংঙাইগনি :

ততশ্চকার বিদ্রোহং মণিপুর পতিং প্রতি।
মানহীনো বভুবহত স্তারিতশ্চ গনৈঃ সহ ।।
অতস্ত সমরং ঘোরং চকার হি পুনঃ পুনঃ।
যুদ্ধব্যায় নিমিত্তং তদ্ ভুপতিঃ সেনবংশজ ।।

বেঙ্গলগী নিংথৌ বল্লালসেনগা মণিপুরগী নিংথৌগা লান শোক্লে. অতুদা বল্লালসেননা থিনা মাইথিরে, মহাক্কী তেঙ্গোলগা পুন্না তক্-থোকলকই। মুংঙাইমন্দতুনা বল্লালসেন নিংথৌসি মণিপুরদা তোইনা তোইনা লান্দাই। অতুনদি বেঙ্গলগী য়েন্নখাদা মণিপুর অসি অতুম লৈমিন্নরে। সেল পুৱগা অমুকস্ম হেক্তা মণিপুরদা লান্দাই।

হৌজিক মহাভারতকী মণিপুর অসি মশক সেংলে। বেঙ্গলগা নকুবা মণিপুরদি মশানা কলিঙ্গগী মণিপুর তারে। লৈপাক ময়াম অমা লাল্লগা চীং তুরেন সমুগন্দা ময়াম লৈবা আসামগী উমংশিং লাল্লগা চীংলোন ১৪ না কোয়তুনা লৈরিবা কংলৈপাক অসিদা তোয়না তোয়না ঙৈহাক লৈতনা লান তাই হায়বসি ৱারী মুংঙাইনবা তারে। মীহৌরোনগী লামাইদদি ওইবা য়ারোই।

অসুম হায়না কাংজীয়া গোপালনা ইবা লাইরিক্তা য়াওরি। মহাক্কা হায়রিবা রাফম অসিগী অচুম অরান্দি মথাদা থমজরি। কাংজীয়া গোপালগী লাইরিক্কা হায়বা বল্লাল চরিতকী রাফমদি বাঙ্গলা দেশগী বল্লালসেন নিংথৌগা থাইনগী মণিপুর অহুদা পান্বা নিংথৌগা ঙৈহাক লৈভনা লান শোক্লে। অতুনদি বেঙ্গলগী য়েন্নখাদা মণিপুর অসি অচুম লৈমিন্নরে। অসুম্না হায়রিবা রাফম অসি য়াম্না চুম্মী। মণিপুরগা বাঙ্গলা দেশগদি য়ুমলোম্নবগুম য়াম্না নক্লে।

( অরানবা রাফম )

অতুগা— হৌজিক মহাভারতকী মণিপুর অসি মশক সেংলে। বেঙ্গলগা নক্লবা মণিপুরদি মশানা কলিঙ্গগী মণিপুর তারে। অসুম্না ইরিবা রাফম অসিমদি লাল্লি। রাফম অসিমক্তা লাল্লে হায়বসু তাকচরি।

লানবগী মরমদি : বাঙ্গলা দেশগা মণিপুরগা য়ুমলোম্নবগুম্না য়াম্না নক্লে হায়না মশানা হায়জরগা; য়াম্না লাপ্পা মণিপুরবু আ..... কলিঙ্গ দেশদা থাংদোকখিবা অসিনা লাল্লে হায়বা তাকচবনি।

লাপ্পবা—নক্লবা

কলিঙ্গ কৌবা দেশ অসি উরিষ্যাগী আ মথাদা— — — — অন্ধ্রদেশগী মনাক্তা লৈবনি। নোংচুপ বেঙ্গল কলিকটা লাল্লগা মেদিনীপুর লৈরে, মেদিনীপুর লাল্লগা সিংহভুম লৈরে, সিংহভুম লাল্লগা মানভুম লৈরে, মানভুম লাল্লগা উরিষ্যা য়ৌরে, উরিষ্যাগী মহানদী লাল্লগা ভুবনেশ্বর ফংলে। মতুদগী খর চৎলগা পুরী কৌবা সমুদ্র মপানমক্লদা লৈবা শ্রীজগন্নাথগী মন্দির লৈরে। মতুদগী অমুক মখা পাংনা চৎলগা মহেন্দ্র পর্ব্বত লৈখরে। মহেন্দ্র পর্ব্বতকী চীংশাং লোইরগা ওরিষ্যাগী লম ওইরগসু অন্ধ্রপ্রদেশগী রোমদা নকশিন্না কলিঙ্গ দেশ লৈ।

অতুগা বাঙ্গলা দেশগা ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক মণিপুর অসিগা ২গী লাপ্নবদি, ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক মণিপুরদগী শিলচর হায়বা জিল্লা মচা অসি হেক লাম্থোকপগা বাঙ্গলা দেশ য়ৌরে। অতুগা মথা খর চথনা য়েংবা তাবগম্ মীজোরাম অমদি ত্রিপুরা হেক লাম্থোক-পগা ঢাকা য়ৌরে। ঢাকা অসি বাঙ্গলা দেশগী ময়াই ওইব লমনি। অতুনা হৌজিক্কী মণিপুর মৈতৈ লৈবাক অসিগা বল্লালসেননা লৈবম্বা বাঙ্গলা দেশগা অনি অসি মহৌশাদগী হৌজিক ফাওবা যুমলোম্নবগুম নকুবি।

শম্না হায়ববদা ঐখোয়গী মণিপুরগী ইম্ফালগা বাঙ্গলা দেশগী ঢাকা অসিগা অনিগী লাপ্নবনা শকক অমা লাপ্নবদা, কলিঙ্গগী লাপ্নবনা শকক অনি লাপ্নে। হায়বদি বাঙ্গলা দেশগী ঢাকাদগীনা কলিঙ্গ ফাওবগী লাপ্নবনা শকক অনি লাপ্নে।

মহৌশা দ্বাপর যুগ মহাভারত লানগী মতম অতুরাইদা কলিঙ্গদেশ অসি য়াম্না পাক চাওরম্মী। হায়রিবা কলিঙ্গ অতু হৌজিক্কী উরিষ্যাগী মতুংনি। মধ্য প্রদেশগী শকক খর অন্ধ্র প্রদেশগী শকক খরা ওরিষ্যাগী শকক খরসু য়াওনা কলিঙ্গ মহাদেশ ওইবম্মী। মতম অতুগী কলিঙ্গগী রাজধানী কোমুংদি মহেন্দ্র পর্ব্বতকী চীংশাং লোইরগা সমুদ্র মপান য়াম্না নক্না অন্ধ্রপ্রদেশবোমদা খর নকশিন্না রাজধানী ওইরম্মী।

মফম অতু হৌজিক্কি গঞ্জাম ১স্তুং চত্রপুর (Chatrapur) হায়না লৈরে। হায়রিবা কলিঙ্গগী রাজধানী ওইরম্বা সমুদ্র মপান অতুদগী বল্লালসেন নিংথৌনা পালম্বা বাঙ্গলা দেশগী লম ময়াই ওইবা ঢাকা ফাওবগী লাপ্নবা অসি নোংথক্কী লম্বী "Air Route" দা কিঃ মিঃ ১,৩২৫ রোম চাওরাক্লা ওইগনি।

অতুগা হায়রিবা বল্লালসেন নিংথৌনা পালম্বা বাঙ্গলা দেশগী লম ময়াই ওইবা ঢাকাদগী ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক মণিপুরগী লম ময়াই ইম্ফাল ফাওবগী লাপ্নবা অসি নোংথক্কী লম্বী "Air Route" দা চাওরাক্লা কিঃমিঃ ৩৭৫ রোম ওইগনি।

তৌরম্নদি মণিপুর লৈবাক্তা লান্দারুবদগী মাইথিত্তুনা তৌবনি, অমুম হাঙ্গনা ইরমই। মানা মীবু জাতিভ্রষ্ট. তৌবগ্না অহুগী দোযন' মাস্থ পবিবারগা লোয়ননা মৈন্নুংদা চোংথত্তুনা শিখি। মাহুগী মবমদা পরিশিষ্টনা ইরম্বা শ্লোকশিং অহু লৌথৎলি।

শ্লোক

ততশ্চকার বিদ্রোহং মণিপুর পতিং প্রতি।
মানহীনো বভ্রুবাহত স্তাড়িতশ্চ গনৈঃ সহ॥
ততস্তু সমরং ঘোরং চকার হি পুনঃ পুনঃ।
যুদ্ধব্যয় নিমিত্ত তদ্ ভূপতিঃ সেন বংশজঃ॥
বল্লভানন্দ আঢ্যাচ্চ ভগ্রাহ বিপুলং ধনং।
পুনঃ পুনঃ ঋন তস্মাদ্ যাচতে মন্দ ধীবশো॥
তস্য প্রতারনং জ্ঞাত্বান দদৌ স বনিক্ প্রভুঃ।
ইদং হি করণং যস্মাদ্ বনিগ জাতিঃ প্রতি প্রভুঃ॥
ক্রুদ্ধো ভূত্বা স বল্ললশ্চকার জাতি পাতনম।
ততো যেন প্রকারেণ বল্লালো নিধনং গতঃ॥
অগ্নি দাহন যোগেন স্বজনৈঃ সহ তং শৃণু।

বল্লালসেন্না মণিপুব নিংথৌগা লাল শোক্লখি, মাত্তুদা যাম্না খিন মাইথিখি। লান্দাকবদগী মাগী তেংগোলগা লোয়নন। চানথোক্লকক মাহুগী নুডাইতত্তুনা বল্লালসেন্না চোইনা ২ মাংনিপুরদা লান্দারে।

লানসিং অত্তুদা মাইথিবদা লানগা শেন লৈতহুনা মাগী প্রজাদগী শেন য়াম্না খাইগৎখি। নিংথৌ অসিনা নাথ-যোগী শাগৈদা পাকপা বল্লভানন্দ আঢ্য কৌবা এনাকখুনবদগী শেন য়াম্না পুবে।

মনিপুবগী লান অহুনা য়াম্না তোইনা শোক্লবা অত্তুদা হজ্ঞন ২ পুবদা মাগী মতাং অহু খংলত্তুনা মমৈদা শেন পীদরে।

মাতুদগী সনা লোনবা নাথ-যোগী শাগৈ পুম্নমকপু সাউট্টুনা জাতিদা ইটৌথি। মাতুগী দোষদগী বল্লালসেন নিংথৌম্নু মৈদা চোং-সিন্দুনা শিথি মানা শিথিবগী মরম অতুপু বল্লাল চরিতকী পরিচ্ছেদা হাঙ্গবমই, মাতুগী অশম্বা ৱারৗদি অসিনি:

নাথ-যোগী জাতিগী পীতাম্বর কৌবা পণ্ডিত অমা লৈরম্মী মাবু বাল্লালসেননা গুরুগুম্না য়াম্না লুনা তোই। নিংথৌগী মচানুপী অমগী বিবাহগী এংবদা পীতাম্বর পণ্ডিতনা বর কন্যা অনিসি বিবাহ তৌববদি বন শিগনি হাঙ্গরে।

নিংথৌনা অতোপ্পা ব্রাহ্মণ ৮ কৌতুনা এংহনবদা পণ্ডিত নিপাল অদুনা য়াম্না পকনৈ কৈ হাঙ্গরে। নিংথৌনা পীতাম্বরবু ফাতুনা থমখি, অদুগা নিংথৌমচানুপী অদু বিবাহ তৌই। বিবাহগী অহিং অদুমক্তদা নতুনা বর অদু শিরে, নিংথৌমচানুপী অদু লুখ্রাবী ওইরে। মাদু উবদা নিংথৌনা কিরদুনা পীতাম্বরবু থাদোক্লে হাইডুনা পেলহনলে ১সুং নিংথৌনা মনা য়াম্না পীরে। পীতাম্বরনা ঐ শেনশিং অসি পামদে, মহাদেব পূজা তৌননবা লম খব পিয়ু হায়না নিতুনা মহাদেব পূজা তৌতুনা লৈখি।

——(০)——

অসুম্না শ্রীঅতোম্বাপু শর্ম্মা বিদ্যারত্ন পণ্ডিতরাজ অসিনা ইবা মণিপুর ইতিহাসকী লমাই ১৩৭/১৩৫ দা বল্লালসেনগী ৱারি মতেক অমা য়াওবি। বল্লালসেন নিংথৌনা পালম্বা মফম বাঙ্গলা দেশগী নবদ্বীপপনি হায়না ইবিবসিনি। বল্লালসেননা লানদা হন্না-হন্না মাইথিবা ফংখি হায়রিবা মণিপুর অদু মৈতৈ লৈবাক মণিপুরগী মাইথিবা ফংখিবনি।

হৌজিক অমুক শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রগী বল্লাল চরিত মখাদা থমজরী। মসি অমুক পাবিয়ু। মসি পাবিরগা বল্লালসেননা পালম্বা মফম তাংদাংবা খংবীরগনি।

কোম্মুং অহুম অসিদা মতম থর-থর লৈ। নবদ্বীপনা মহাক্কী লৈবাক্কী লমময়াইনি হায়রবা য়াই; মরম অদুনা নবদ্বীপ্তা মহাক্কী অথোইবা রাজধানী ওই।

বল্লালসেন্না মরৈবাক্কী নোংচুপ অমস্মুং অরাং মাইগৈবু নিংথিন্না সাসন তৌনবগী গৌড়দেশদা মতম থর লৈ।

নোংপোকলোমদা সাসন তৌনবগীদমক মরক-মরক্তা রামপাল কোম্মুংদা লৈ। গৌড়দেশ হায়রবা অসি হৌজিক্কীনা মালদহ জেলাদনি অমস্মুং রামপাল কোম্মুংনা হৌজিক্কী ঢাক' জেলাগী মনুংনি। রামপাল অমস্মুং গৌড়দেশগী কোম্মুং অতেকপা হৌজিকস্মু লৈরি। অস্মুম হায়না শ্রী সুবলচন্দ্র মিত্রনা ইবম্মী।

অরোইবদা অস্মুম্না ইরম্মী খৃষ্টাব্দ ১১১৮/১৯ দা বল্লালসেন স্বর্গারূঢ ওইখি। বল্লালসেন মতৈ মশিং হৈবা অমস্মুং য়াম্না থংগন্না হৈগন্ন' ওইরম্মী। মরম অদুনা মহ ক্না ' দান-সাগর" ১স্মুং "অদ্ভুতসাগর" কৌবা থোইদোক্না ফাওরবা সংস্কৃতকী লাইরিক অনি লেংখি।

অস্মুম্না শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রনা মাগী অভিধান্দা বল্লালসেনগী পুন্সী রারী শমলপ্না ইরম্মী। হায়রিবা বল্লালসেন্না পালম্বা বাঙ্গলা দেশগা ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক মণিপুব অসিগদি য়াম্না নক্কবি।

বল্লালসেন্না বাঙ্গলা দেশদা নিংথৌ ওইদুনা পাম্বা মতম অসিদা ঐখোয়গী মণিপুরদা পান্না নিংথৌদি মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন পাখংবা-দগী নিংথৌরোন ১৯ সুবা মৈদিংঙু ইবেংবা অমদি নিংথৌরোন ২০ সুবা মৈদিংঙু লোইয়ুম্বা নিংথৌ অনি অসিনা পাম্বাগী মনুংদা ওইগনি। মরমদি বল্লালসেন নিংথৌ অসি খৃষ্টাব্দ ১১১৮ দা নোঙ্গাথি হায়রব নিনা; মণিপুরদা ইরেংবনা খৃষ্টাব্দা ৯৮৪ দগী খৃ: ১০৭৪ ফাওবা চহি ৯০ নিংথৌ ওইখি। মথংদা খৃ: ১০৭৪ দগী খৃ: ১১১২ ফাওবা লোইয়ুম্বনা চহি ৪৮ নিংথৌ ওইখি। নিংথৌ অনি অসিনা পুম্না চহি ১৩৮ পালম্মী। অদুনা হৌজিক থংলে মণিপুর নিংথৌ লোয়ুম্বগী মতুংদা চহি ৬/৭ চোম্বরগা বল্লালসেন নোঙ্গাখি।

মরম অসিনা বাঙ্গলা দেশগা নকুবা মণিপুরদি ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক অসি নত্তনা অতোপ্পা অমা লৈতে। মসিগী তশেংবা খুদমদি ইন্দিয়াগী মেপ য়েংলগা অতুম খংলে। অতুগা শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রনদি খৃঃ চহি চা ১১/১২ দা — — — কলিঙ্গ দেশদা মণিপুর কৌবা রাজধানী অমা লৈরম্মী হায়না ইরমদে। মানা মাগী লাইবিক্তা ইরম্বদি পাণ্ডব অর্জ্জুনগী মচা বভ্রুবাহনা পালম্মী হায়বিবা মণিপুর অতুদি হৌজিক্কী মৈতৈ লৈবাক অসিদনি হায়না ইরম্মী। রাকম অসি মথং-মথং ওইনা কোম্না ইজরক্কে। হৌজিক অহাম্বদা শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রগী মবমদা খরদং পম্ভখিগে।

— —( )— —

# শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্র।

শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্র খৃষ্টাব্দ ১৮৭১ দা কলিকটাদা পোকই। মশাগী চহি ৩৪ সুবদা খৃস্টাব্দ ১৯০৬ তা সরল বাঙ্গলা অভিধান ( মতাম্সুবা ) "পঞ্চম সংস্করণ" অতু নমখি।।।।। মথংদা শক ১৯০৮ ইংদা "ষষ্ঠ সংস্করণ" তরুক সুবা অসি নম্মী।

মথক্কী সংস্করণ মরি অমদি থাইনগী অরিবা পণ্ডিতশিংনা নমগ্রবনি। অতুনা মহাক্কী অভিধানগী রাহৌদোক—অহানবামক্তদা অসুম্না ইরম্মী মতুদি:— মহৌশাগী য়াম্না কুইরবা কবিশিংনা শিজিন্নরম্বা রাত্তাং শব্দনা চিংবা চাউরাক্লা রাহৈ ( শব্দ ) লিশিং মতারোম ওইগনি। অতুদগী হৌজিক অমুক অনৌবা রাহৈ কয়া অমা হাপচিল্লরে। মমিং চংপা মীগী মমিং মাগী পুন্সীগী শম্লপ্পা রারিগা কোম্লনা অনৌবা কয়ামুক অমম্ভু হাপ্তুনা ইরবনি, অতুনা লাইরিক অসি য়াম্না চাওখোক্লে।

অসুম্না অভিধানগী অহান্বা লামাইমক্তদা য়াওরি। মসিনা তাকপদি থাইনগী কবিশিংনা ইরম্বা রাহৈশিংদগী অকোন্বনা অনৌবা রাহৈ কয়া হাপচিন্দ্রনা ইরগা ছাপা নমথোকপনি।

শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রনা অমুকস্থ মখা তানা ইরম্মী; মত্বুদি— অভিধান অসি ইবা লোইরগা ছাপা তৌদ্রিঙৈদা য়াম্না মুংশিজরবা ওজাশিং শ্রীযুক্ত হরিচরণ সরকার, শ্রীযুক্ত বিধুভূষণ বন্দোপাধ্যায়, শ্রীযুক্ত বীরেন্দ্রনাথ ঘোষ, শ্রীযুক্ত চণ্ডী চরণ বন্দোপাধ্যায় কবিভূষণ হায়রিবা মহাশয়শিং অসিনা কয়ামুক ওইবা শুধন তৌবিত্বুনা মতেং কয়া পিবিখি। মরম অসিনা ওজাশিং অসিগী মফমদা ঐনা তৌবিমলগা লমন তোনশিঙ্গরবনি।

অসুম্না ওজা গুরুশিংনা অরাম্বা য়াওবরা হায়দুনা য়েংলগা চুমথোক্রবা মতুংদা ছাপা নম্লগা ফেংখিবা লাইরিক্তি। লাইরিক অসি য়াম্না চাউই লামাই ১৫৫০ (লিশিং অমা চামঙা য়াথে) না শাবনি। করিগুম্বা রাহৈ অমগী অর্থ তৌবা তারবদা য়াম্না শন্দোক্লা তাকই। হায়বদি গঙ্গা হায়বা রাহৈ (শব্দ) অসিগী অর্থ তৌবদা "গঙ্গা" তুরেল অমগী মমিংনি, গঙ্গাস্থ কৌই, ভাগীরথীস্থ কৌই, জাহ্নবীস্থ কৌই। অসি হায়রগা গঙ্গা শব্দগী অর্থ লোইবা য়ারে।

অদুবু শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রগী অর্থদি য়াম্না শন্দোক্লা ইরম্মী। মত্বুদি গঙ্গা অসি কদাইদগী হৌরকপনো হায়বগী মরম, কনাগী মচানো, করিগী পৃথিবীদা তুরেন ওইনা চেম্বরকপনো হায়বগী রারী, মহাকপু স্বর্গদগী কনানা পুথরকপনো হায়বগী রারী, ভাগীরথী কৌখিবগী রারী, জাহ্নবী কৌখিবগী রারী, ভীষ্মগী মমা ওইখিবগী রারী অসিনচিংবা গঙ্গাগী অর্থদা শন্দোক্লা তাকই।

কনাগুম্বা মী অমগী মমিং ওইবা রাহৈগী অর্থ তৌবা তারগদ্থ মী অদুগী লৈকম দেশ খুন্দং, পোক্পগী শোক তারিক, মপা মমাগী মমিং অমস্থ মী অদুগী পুন্সীগী রারী শন্নদা তাক্লনা ইরম্মী।

( গান্ধী )

খুদম ওইনা হায়রবদা গান্ধী হায়বা ৱাহৈ অসিগী অর্থ তৌবদা "গান্ধী" ভারতকী লুচিংবা মকোক থোংবা নেতা অমগী মমিংনি। অসি হায়রগা গান্ধীবু খংনরে অর্থ লোইবা য়ারে। অদুবু শ্রীসুবলচন্দ্রগী অভিধান্দা ইবদি য়াম্না শন্দোকই। মদুদি :— "গান্ধী" ভারতকী কাথিয়াবাড় প্রদেশগী. কুইরবা বেনিয়া শাগৈদা খৃষ্টগী চহি ১৮৬৯ গী অক্টোবরগী তাং ২ দা মহাক পোকই। মহাকী মিং অমনা মোহনদাস করমচাঁদ হায়না কৌই। মহাকী মপা মপুশিং শাগৈগী চৎনবীগুম্না কথিয়াবাড় প্রদেশগী পেরিবন্দর রাজ্যগী ফমনাইবা ওইনরকখি। মোহনদাস করমচাঁদগী অপোকপা মপাসু চহি ২৫ নিংথৌগী কর্মচারী ফমনাইরা ওইরম্মী।

গান্ধী অহানবদা কাথিয়াবাড়দা ইংরাজী তমলগা বিলাত্তা চত্তুনা আইন (লো) তম্মী। বিলাত্তগী হল্লকগা মহাক অহানবদা বোম্বাইগী হাইকোর্টতা উকিলগী থবক চংবা হৌই।

অসুম্না গান্ধীনা নত্তা ওইখিদৌদা মহৈ তম্নচিংবগী ৱারী, মহাক্না বিলাত্তা চৎপগী ৱারী, খৃষ্টাব্দ ১৮৯৫দা নেটাল চৎপগী ৱারী, খৃষ্টাব্দ ১৮৯৪ দা কংগ্রেস দোল লিংখিবগী ৱারী, খৃষ্টাব্দ ১৮৯৫দা ভারত্তা অমুক লাকখিবগী ৱারী অসিনচিংবা কয়া। বৃটিশকী মফমদা আন্দোলন চংখিবগী ৱারী অমসুং জেলদা লৈরকখিবগী ৱারীনচিংবা শোক্তা কোম-কোম্না ইত্নুনা য়াওই। মসি অভিধানগী লামাই ৪৩৭/৪৩৮ দা য়াওরি।

( দিল্লী )

করিগুম্বা দেশ অমগী মমিং ওইবা ৱাহৈগী অর্থ ইবা তারগসু দেশ অদুদা পাল্লকখিবা নিংথৌশিংগী মমিং, দেশ অদুদা থোকখিবা থৌদোকশিংগী ৱারী, শোক তারিক কাওবা য়াওনা ইরম্মী। খুদম ওইনা হায়রবদা দিল্লী হায়বা ৱাহৈগী অর্থ অদু শ্রী সুবলচন্দ্র মিত্রগী অভিধান্দা য়াওবা অদু মথাদা শম্নগা ৱাহৈ থরদং থমজরি।

"দিল্লী দেশ বিশেষ" হায়বদি দিল্লী দেশ অমগী মমিংনি। খৃষ্টগী শতাব্দী অহাম্বদা দিল্লু কৌবা নিংথৌ অমন। যুধিষ্ঠীরনা পাণ্ডবা ইন্দ্রপ্রস্থ কোম্নুংগী ময়া নক্লা অনৌবা খুল মচা অমা শেমদুনা কোম্নুং শারগা মহাক্লা নিংথৌ ওইখি। মফম অদু দিল্লুগী মিং লৌদুনা দিল্লী কৌখি। হৌজিক দিল্লীগী পাক চাওবা মাইল ৪৫ নি হায়না ইরি।

খৃষ্টগী মমাং শতাব্দী ১৫ ফাওবদি ইন্দ্রপ্রস্থ কোম্নুং কৌরম্মী। মহাভারতকী লাল লোইরগা পাণ্ডব ৫ হস্তিনাপুরদা চহি খর লৈরম্মী। মথংদা পাণ্ডব ৫ না হস্তিনাপুর থাদোক্লগা ইন্দ্রপ্রস্থদা কোম্নুং শারগা লৈরম্মী। মফম অদু হৌজিক্কী "পুরানো কিল্লা" অমদি "ইন্দ্র পথ" হায়না খংনরি। মফম অদুদা যুধিষ্ঠিরদগী হৌনা থিরগা পাণ্ডব শাগৈগী নিংথৌ, নিংথৌরোন ৩০ না পাললম্মী। মথংদা পাণ্ডব শাগৈগী ইকোন কোম্না পাল্লবা নিংথৌ অদুগী মন্ত্রিনা লৈবাক ভাকহৌই। মথংদা মন্ত্রি অদুগী শাগৈনা চহি ৫০০ (চামঙা) অমা পাললম্মী। মথংদা গৌতমগী শাগৈনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লি। গৌতম শাগৈগী নিংথৌ ১৫ পাল্লম্মী।

গৌতম শাগৈগী নিংথৌরোন ১৫ সুবা অসিদা ইন্দ্রপ্রস্থ কোম্নুংদা পান্বা নিংথৌরোল লোইরে খমলে।

মথংদা দিল্লু নিংথৌনা অনৌবা কোম্নুং শাদুনা পান্নদগী দিল্লী কৌখি। মথং-মথং হিন্দু নিংথৌগী নিংথৌরোন কয়া অমা পাল্লবা মতুংদা খৃষ্টগী চহি ১১৯১ দগী মুসলমান্না নিংথৌ ওইখিবগী রারী, নিংথৌ অমগা-অমগা দিল্লীগী খুডম মুন্নখিবগী রারী, অস্নুয়া নিংথৌরোন কয়াগী রারী য়াওরী।

মমৈথংদা খৃষ্টগী চহি ১৯১২ ওক্টোবরগী তাং ১ দা চিফ কমিশনার লাকখিবগী রারী। চহি অদুগী ডিসেম্বরগী তাং ২৩ দা লর্ড হার্ডিঞ্জ লাক্লনা অনৌবা রাজধানী শেমদুনা নিংথৌগী মহুৎ শিনখিবগী রারী।

শাঁসিন্নাওবা দিল্লী হায়বা রাহৈগী অর্থ রারী ওইনা ইরম্মী। রাফম অসি সরল বাঙ্গলা অভিধানগী লামাই ৬২৮/৬২৯ দা শব্দোক্লা য়াওরি।

মতৌ অসিগুম্না দেশ-দেশ অহুগী খুদম পানখিবা নিংথৌশিংগী মমিং, দেশ অহুদা থোকখিবা থৌদোকশিংগী চাওরাকপা রারী শমলপ্পা রারী ইহুনা তাকপা শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রগী অভিধান্নী।

## কলিঙ্গ দেশ

অভিধান অসিদা কলিঙ্গ শব্দগী অর্থ য়াওরি। শ্রীসুবলচন্দ্রনা কলিঙ্গগী অর্থ ৩ থোক্লা থনম্মী। (১) অহান্বদা পুতিকরঞ্জ; কুটজ; পাকুড়গাছ; শিরিষবৃক্ষ অসিমা। (২) অনিস্সুবা অর্থদা ইন্দ্রযব; ক্লী; অমুম্না অমা।

(৩) অহুমস্সুবা অর্থদা দক্ষিণ ভারতস্থ প্রাচিন দেশ। অর্থ খা ভারতকী কুইরবা দেশ অমনি। অমুম্না ইরগা মখা তানা অহুমস্সুবা অর্থগী রাফম খর ইরম্মী।

মহাভারতে এই দেশের উল্লেখ আছে। তিব্বতের ঐতিহাসিক তারানাথ বলেন, কলিঙ্গ তৈলঙ্গ দেশের বিভাগ বিশেষ। "অর্থ— দেশ অসি মহাভারত লাইরিক্তা ইহুনা লৈ। তিব্বতকী ঐতিহাস ইবা তারানাথনা হায়, কলিঙ্গ অসি তৈলঙ্গ দেশগী থোইদোকপা শরুক অমনি"।

কলিঙ্গগী মখা অয়ম্বুং নোংচুপ্তা অন্ধ্রদেশ (ওরায়াঙ্গল) লৈ, অরাংদা ওড্রদেশ (উরিষ্যা) লৈ। অসি হায়লা হুয়েনথ্-সাংনা হায়খি।

হুয়েনথ্-সাং কৌবা মুপা অসি চিন লৈপাক্কী সম্রাট্ টৈ—সং (Tiatsung) নি। খৃষ্টগী চহি ৬২৯ দা মহাক ভারতবর্ষদা তীর্থ কোইবগীদমক খোংশান্নকখি। (৬৩০ খৃঃ অঃ) দা মহাক কলিঙ্গ য়ৌরকখি। মতম অহুদা রাজমহেন্দ্রিদা রাজধানী (কোম্লুং) ওইরম্মী।

হুয়েনথ্‌-সাংনা কলিঙ্গবু "KIE-LING-KIA" হায়বা মমিং অসি হাযবগী। খৃষ্টগী চহি ৫২০ দা চালুক্য শাগেগী নিংথৌশিংনা বেঙ্গি-পুবদা রাজ্য লিংখৎলমগী। মথোয়না শক ৭৫০ দা কলিঙ্গ দেশ জয় তৌদুনা রাজমহেন্দ্রিদা রাজধানী লিংখৎলমগী।

কালচুবী অমদি হৈহয শাগেগী নিংথৌশিংগী মতমদা মুংদা ইরম্বা ময়েক থেংনখি মতুদি:—মথোয়না কালঞ্জপুর অমসুং ত্রিকলিঙ্গগী মপুনি, অসি হায়বা রারেং ইরম্মী।

অসুম্না কলিঙ্গ শব্দগী অর্থ অসি শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রগী অভিধানগী লামাই ৩২৪ দা য়াওবি। অতুগা চিন লৈপাক্কী হুয়েনথ্‌-সাংনা ভারত-কী তীর্থদা চহি ১৫ চুপ্পা চৎখিবগী রাবীসু অভিধান অসিদা য়াওরি। মতু লাইবিক অসিদা হাপচদবে অভিধান অসিগী লামাই ১২৯০/১২৯১ দা শন্দোক্লা য়াওরি। শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রনা কলিঙ্গ শব্দগী অর্থ তৌবদা কলিঙ্গদা মণিপুর কৌবা রাজধানী (কোনুং) অমা লৈবগী হাযবমদে মরম অসিনা খংলে মতুদি অর্জুনগী মচা বভ্রুবাহন্না কলিঙ্গদা লৈবমদে হায়বা খংলে।

শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রনা কলিঙ্গদা মনিপুর কৌবা রাজধানী (কোনুং) অমা লৈরম্মী হাযনা ইবমদ্রিবা অসি লৈবমদবননি। লৈবমলবদি ইবম-গদবনি হাযবদি পাণ্ডব ৫না লৈরম্বা ইন্দ্রপ্রস্থবু হৌজিক দিল্লী কৌনখিবগুম কলিঙ্গগী মণিপুরসু অতুগুম্বা থৌদোক অতুদগী, অতুগুম্বা নিংথৌতুগী মতমদা মনিপুর কৌবম্বা তোকখিতুনা হৌজিক মমিং অসি কৌনখিবা-সিনি। অসুম্না হায়না ইরমগদবনি। লৈরবদবা ওইবনা ইরমদ্রিবনি।

কলিঙ্গ কৌবা দেশ অসিগী মমিং অসিদি চহি কুইববা মমিংনি। কৌরব পাণ্ডব চামগা মভাগগী লান তৌদ্রিঙৈগী মমাংদগী লৈরক্লবা মিংমি। মতুদগীনা চিন্‌ লৈবাক্কী হুয়েনথ্‌-সাংনা ভারতা লাক্লমগা মরৈবাক্তা হন্নখিবা খৃষ্টগী চহি ৬৪৫ ফাওবা কলিঙ্গ হায়বা মিং অসিদগী সুকহোং হোংদনা লৈরকখি। মণিপুর কৌরম্বী হাক্তবগী রাকমদি সুকপন পল্লমদে।

বিন্দুশারাগী মচা অশোকনা পানবা মতমগী মেপ অসি য়েংশি।
**Bpginners' History of India: the Maurya Empire**




বিন্দুশারা চহি ২০ পালম্মী। খৃঃ মমাং চহি ২৭৩ দা শিথি। খৃঃ মমাং চহি ২৬০/২৬১ অতুরাইদা লান তৌতুনা ভারতবর্ষগী মকম অয়াম্বা লম দেশ কয়া অশোকনা লৌশিন্দুনা সাসন তৌখি। মতম অতুদা ঐখোয়গী লৈবাক মণিপুর অসি ভারত্তা তিন্দবা ওইবনা মেপ অসিদা মণিপুর য়াওত্রিবশিনি। অশোকী মতমগী মেপ অসিদা কলিঙ্গ দেশ, মহেন্দ্র পর্ব্বতগী মখাদা সমুদ্র মপান্দা লৈরিবসিনা অচুম্বনি। মফম অসিদা মণিপুর লৈতে।

Asokavardhan or Asoka came or the throne in 273 B C., but his formal coronation took place in 269 B. C. For eight years he waged war on other kingdoms on every side. His empire extended from Kashmir in the north to Mysore in the south and from Bengal in the east to Sind in the west. In 261 he invaded Kalinga, the territory between the Mahanadi and Godavari rivers. The Kalinga war was a bloody war. Men were killed in thousands and many were made homeless and miserable. The sight of bloodshed and misery moved him much

---

কাংজীয়া গোপাললা ভাবতকী মনুংদা মণিপুর ১০ মুক পিরি। অদুগা শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রনদি ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক অসি মহৌশাগী মহাভারতকী মণিপুর অদুনি হায়না অমখক্তা ওইনা পিরি। অদুনদি পণ্ডিত অনি অসিগী মরক্তগী কনান চুম্মি কনান লাল্লি হায়বা অদু য়েংবা তারে।

শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রনা মাগী অভিধান্দা ইরিবা রাহৈ, রাহৈ অদুগী অর্থ পুম্নমক অসি অরাম্বা ওইবা য়ারোই। মরমদি মাগী অভিধান অসিদা দেশ কয়াগী মমিং ইরি। ভারতকী মফম কয়াদা লৈরিবা জেলা-জেলাগী মনুংদা লৈবা রাজধানী সহর, নিংথৌনা লৈবা কোনুং, দেশ অদুদা পালম্বা নিংথৌশিংগী মথং মনাও, হায়বদি শোক অদুক্তগী অদুক ফাওবদা পালম্বা নিংথৌ। মথংদা শোক অদুক্তগী অদুক ফাওবদা নিংথৌ অদুনা পালম্মী হায়বা, তৌখি তৌখিবা তশেংবা থোক্খি থোক্খিবা থৌদোক অদু শোক তারিক কোম্ন-কোম্ননা মচা থাইনা ইরম্মী। মরম অসিনা মহাক্কী শব্দার্থ অসি লাম্ন ইবা য়ারোই লানমু লান্দে।

শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রনা পিবা মণিপুর কোন্না ইজরক্কে। হৌজিক অহান্নবদা মাগী অভিধান্দা য়াওবা দেশ খবগী মমিং মখাদা থমজরি। ভারতকী মমুংদা লৈবা মতম অতুগী দেশগী মমিংনি। হায়বদি শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রনা মাগী অভিধান অসি ইবা মতমদা কৌনরব্বা দেশগী মমিং ঙাক্কনি।

দেশ খবগী মিং

১) অন্ধ্রদেশ
২) অমরাবতী
৩) অযোধ্যা
৪) আগ্রা
৫) আণ্ডামান
৬) আফগানিস্থান
৭) অবু-পর্ব্বত
৮) আভা
৯) আরকান
১০) আবকট
১১) আলাহাবাদ/এলাহাবাদ
১২) আলিগব
১৩) আসাম
১৪) আহম্মদনগর
১৫) ইন্দোর
১৬) ইন্দ্রপ্রস্থ
১৭) ইবোলা
১৮) উজ্জয়নী
১৯) উরিষ্যা
২০) উত্তকামণ্ড
২১) উদয়পুব
২২) এডেন
২৩) কর্ণাট
২৪) কলিকাতা
২৫) কলিঙ্গ
২৬) কাছাব
২৭) কাঞ্জিভরম
২৮) কাঠমাণ্ড
২৯) কানপুব
৩০) কান্যকুব্জ
৩১) কাবুল
৩২) কাশ্মীর
৩৩) কুচবিহার
৩৪) কুরুক্ষেত্র
৩৫) কুর্গ
৩৬) কোচিন
৩৭) কোলার
৩৮) খান্দব
৩৯) খাণ্ডেশ
৪০) খাসী
৪১) গজনী
৪২) গাড়ওয়াল
৪৩) গুজরাট
৪৪) গোদবরী
৪৫) গোয়া
৪৬) গোয়ালিয়র
৪৭) গোরক্ষপুর
৪৮) গোলকুণ্ডা
৪৯) গৌবদেশ
৫০) গৌহাটি
৫১) চটগ্রাম
৫২) চন্দ্রদ্বীপ
৫৩) চম্পারণ
৫৪) ছোটনাগপুর
৫৫) জব্বলপুর
৫৬) জম্মু
৫৭) জয়পুর
৫৮) ঝাঁসি
৫৯) টঙ্ক
৬০) ডেরাইস্মাইলখাঁ
৬১) ডেরাডূন

দেশ থরগী মিং

| | | |
|---|---|---|
| ৬২) ঢাকা | ৮৩) বদরীনাথ | ১০৪) মাদ্রাজ |
| ৬৩) তাঞ্জোর | ৮৪) বম্বে | ১০৫) মালদহ |
| ৬৪) ত্রিপুরা | ৮৫) বরোদা | ১০৬) মুঙ্গের |
| ৬৫) ত্রিবাঙ্কুর | ৮৬) বৰ্দ্ধমান | ১০৭) মুর্সিদাবাদ |
| ৬৬) থানেশ্বর | ৮৭) বালেশ্বর | ১০৮) মুলতান |
| ৬৭) দক্ষিণাত্য | ৮৮) বিহার | ১০৯) যশোহর |
| ৬৮) দার্জ্জিলিঙ্গ | ৮৯) বিরভুম | ১১০) যোধপুর |
| ৬৯) দিল্লী | ৯০) বৃন্দাবন | ১১১) রঙ্গপুর |
| ৭০) দ্রাবীর, দ্রাবিড় | ৯১) বেনারস | ১১২) রাওলপিণ্ড |
| ৭১) দ্বারকা | ৯২) বেলুচিস্থান | ১১৩) রেঙ্গুণ |
| ৭২) নদীয়া | ৯৩) ব্রহ্ম ( বর্ম্মা) | ১১৪) লক্ষ্ণৌ |
| ৭৩) নাগপুর | ৯৪) ভরতপুর | ১১৫) লঙ্কা |
| ৭৪) নাসিক | ৯৫) ভাগলপুর | ১১৬) লাহোর |
| ৭৫) নেপাল | ৯৬) ভুটান | ১১৭) সিকিম |
| ৭৬) পলাশী | ৯৭) ভুপাল | ১১৮) সিন্ধু |
| ৭৭) পাটনা | ৯৮) ভোজ | ১১৯) সিমলা |
| ৭৮) পানিপথ | ৯৯) মণিপুর | ১২০) সিলেট |
| ৭৯) পুরী | ১০০) মথুরা | ১২১) সুবাট |
| ৮০) পেশোয়ার | ১০১) ময়ুরভঞ্জ | ১২২) হরিদ্বার |
| ৮১) ফতেপুরসিক্রি | ১০২) মহারাষ্ট্র | ১২৩) হায়দারাবাদ |
| ৮২) ফারিদপুর | ১০৩) মাদুরা | ১২৪) হুগলী |

মথক্তা পনত্রিবা দেশশিং অসি লম লম অতুগী দেশ দেশ অতুগী মমিং পানথি পানখিবা নিংথৌশিংগী মথং মনাও মফম মফম অতুদা থোকখিবা খৌদোক রাথোক, মরুওইনা পন্থা য়াবা রাফম কয়াগা লোইননা রারী অশম্বদা শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রনা ইরম্নবা অসি অরানবা

অমত্তা য়াওদে। তশেং তশেংনা থোকখিবা থৌদোক পানখি পানখিবা নিংথৌহুগী মমিং ৱারী ইবনি।

পণ্ডিতনা লৈরমদববু ১দি থোকখিদবা থৌদোকপু, মপুকথোক্লা শজিন্দুনা হেক্তা ইশিন্বা নত্তে। মরম অসিনা মাগী লাইরিক অসিগী ৱাফমশিং অসি অচুম্বা ওাক্তনি হায়বা য়াই।

# দেশগী ৱাফম

শ্রীসুবলচন্দ্রনা পল্লিবা দেশশিং অসি মহৌশা লৈশেমগৈদগী পৃথীবীদা অহুম লৈরম্লবা মফম ওাক্তনি। অহুবু অমগা অমগা মান্নদবা মওং কয়া লৈ। মহুদি:— ত্রেতা যুক্তগী নিংথৌ পান্দুনা লৈবম্বা মফম, দেশ অহুগী মমিং হৌজিক ফাওবদা মমিং হোংদোক্লুনা লৈবম্ব য়াওই।

খুদম ওইন হায়রবদা ত্রেতা যুক্তগী লৈরক্লবা অযোধ্যা কৌবা দেশ শ্রীরামচন্দ্রগী জন্মভুমী অসি হৌজিক ফাওবা অযোধ্যা হায়না অহুম্মক কৌনরি। মরক্তা মমিং ১ কৌরুবা লৈতে।

অতোপ্পা মওং অমনা পাণ্ডব ৫ না পালম্বা হস্তিনা ইন্দ্রপ্রস্থ অহু হৌজিক্তি দিল্লী হায়না মমিং ওনখবে। মসি পৃথীবীগী লৈমাইদি হোংবা নত্তে, দেশ অহুগী মমিংদমক হোংবনি।

অতোপ্পা মখল অমনা, মতম অমদা অশেংবা জঙ্গল বন ওইনা লৈরম্বা মফম অহু কনাগুম্বনা অনৌবা লৈশেম খুনশেমহুনা মফম অহু মমিং অমা থোন্দুনা লৈরকখিবস্ম য়াওরি।

খুদম ওইনা হায়রবদা শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রগী অভিধান্দা লমাই ৩৯৫ দা কোলার হায়বা ৱাহৈ অসিগী অর্থনা শাক্কিনি।

মহুদি :— কোলার—মহীশূর রাজ্যগী অথোইবা জেল্য. অমনি। মফম অহুদা অবনী কৌবা গ্রাম অমা লৈ। মফম হিন্দুশিংগী য়াম্না শেংবা অথোইবা তীর্থ অমনি : মরমদি শ্রীরামচন্দ্রনা সীতা দেবীবু উদ্ধার তৌরবা মতুংদা, সীতাবু লক্ষ্মণনা বাল্মীকিগী বন্দা থনখ্রগী লব-কুশ কৌবা মচা অনি থাইবোক ওইনা ফংখিবা মফম অহু হৌজিক্কী অবনী গ্রাম অসিনি।

মফম অসি মহৌশা শ্রীরামচন্দ্রগী মতমদা জঙ্গল বন ওইরম্মী। মথংদা মতম কয়াগী মমাংদা কোলার অসি পল্লব নিংথৌশিংগী অধিকার ওইরম্মী। মথংদা চোলশিংনা কোলারদা লৈরম্মী। মথংদা বল্লাল নিংথৌশিংনা (শতাব্দী ১২) ফাওবা পালম্মী। মথংদা বিজয় নগরগী নিংথৌশিংনা (শতাব্দী ১৪) ফাওবা কোলারগী মপু ওইখি। মথংদা মতম খর মুসলমান নিংথৌশিংগী সাসন মথাদা লৈখি। মথংদা খৃষ্টগী চহি ১৭৯৯ দা হায়দর আলিগী মচা টিপুরপতনা মহীশূর জেলাগী রাজ্য ভুক্ত ওইখি। খৃঃ ১৮৭৬ তা কোলার জেলাগী মফম কয়াদা সনাগী খনী থিবদা ফংখি। অহুনা হৌজিক মফম অহুদা কোম্পানী কয়ানা সনাগী খনীদা সনা শুংবগী থবক তৌরি।

অসুম্না মহৌশাগী বাল্মিক মুনিগী বন অহু হৌজিক্না মহীশূর রাজ্যগী জেলা হায়রবদি:— সহর অমনি হায়না খংনরি। রাফম অসি শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রনা মাগী অভিধান্দা ইবনি।

অহুগা রাফম অমনা মহাভারতকী মতমদা অর্জুনা মৈ কৌবা লাইবু পেনহৎনবগীদমক মৈ থাখিবা খাণ্ডব কৌবা বন অহু হৌজিকীনা মধ্য প্রদেশগী মফুং চম্বা নিমার জেলাগী লুচিংবা নগর অসিনি। পৃঃ ৪১৪ দা।

অহুগা মহাভারতকী মতমদা প্রাগজ্যোতিষপুর কৌবা দেশ অহু হৌজিকীনা ভারতকী অরাং-নোংপোক্তা লৈবা আসাম অসিনি। মহাভারতকী মতমদা পাম্বা নিংথৌ নরক রাজা, ১সুং মচানিপা ভগদত্ত নিংথৌ অনি অসিগী রাজধানী (কোনুং) দি হৌজিকী গৌহাটি অসিনি। অসুম্না অভিধানগী লামাই ৪৬২ দা ইরি।

শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রনা ইবা কোয অসিগী রাকম ময়াম অসি অরানবা অমত্তা য়াওদে। মহৌশা মহাভারতকী মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা বিশ্বকর্ম্মাগী মকমদা য়াথং পিহুনা, অহিং অমদা শাখিবা দ্বারকা কোম্নুং হৌজিক বোম্বেগী গুজরাটতা লেংদনা লৈরি। লামাই ৬৫৭ তা

পৃথিবীগী লৈমাইদি লেংদনা লৈ অহুবু মতমগী য়াওন মতুংইন্না দেশ অহুগী মওং মতৌ ফিভম মরক মরক্তা অহোংবা হেক্ হেক্ লাকই। হান্নগী কোম্নুং তেকখিহুনা অনৌবা অমা শাগৎপদগী মওং মান্নদবা। ঈশিং ঈচাওনা থুগাইখিহুনা খুক্নং অহু মাংখিবা, অনৌবা খুন্দাহুনা অনৌবা মমিং থোন্নরকখিবা। অসিগুম্বা অসি পৃথিবীগী লৈমাইনা লেংদ্রগম্ব্ লম অহুগী মমিংদি ওনবা ১ সুং ওন্দবা য়াম্না লৈ।

### লমগী মমিং ওনবা-ওন্দবা

(ক) মমিং ওন্দবা লম= ত্রেতা যুগতগী রঘু শাগৈগী নিংথৌশিংনা পালম্বা অযোধ্যা অসি শ্রীরামচন্দ্রগী মবুধৌ পুরোন কয়াগী মতমদগী অযোধ্যা কৌরকখিবনা হৌজিক খৃষ্টাব্দ ১৯৯৩ য়োয়ে হৌজিক কাওবদস্ব শ্রীরাম জন্মভুমী হায়না অহুন খংনরি। মরক্তা মমিং অমা কৌকবা লৈতে।

(খ) মহাভারতকী মতমদা হস্তিনা ইন্দ্রপ্রস্থ কৌরম্বা অহু ভোক্তুনা হৌজিক্তা দিল্লী হায়না কৌনখিবা অসি মমিং ওন্নবনি।

(গ) মমিং ওন্দবা দেশ= দ্বাপুর যুগ মহাভারতকী মতমদা দ্বারকা কোম্নুং অহু হৌজিক কাওবদস্ব মকম অহু দ্বারকা হায়না অহুন্নক লৈরি।

(ঘ) মমিং ওন্দবা লম= মহৌশা ত্রেতা যুক্তগী লৈরক্লবা রাবণ হিংচাবনা পালম্বা মকম অহু হৌজিকস্ব শ্রীলঙ্কা হায়না মমিং হোংদনা লৈরি।

(ঙ) মমিং ওনগ্রবা— মহৌশা মহাভারতকী মতমদা প্রাগজ্যোতিষপুর কৌরম্বা অহু হৌজিক্তি আসাম গৌহাটি হায়না মমিং অমা হোংপ্রে।

(চ) মমিং অনৌবা— শ্রীরামচন্দ্রগী মতমদা বন ওইনা লৈরম্বা নিংথৌ পালমদবা, মমিং লৈতবা বাল্মীক মুনিগী বন অদু হৌজিক্তি কোলার হায়বা অনৌবা মমিং অমা কৌদুনা লৈরে। মফম অদু মহীশূর রাজ্যগী জেলা হায়না খংনরি।

অসুম্না পৃথিবীগী লৈমাইদা লৈরিবা দেশ দেশগী মফমশিং অসি মতম মতমগী মমিং ওল্লি। ওন্দবসু য়াওই, ১স্মুং অনৌবা খুন্দাদুনা অনৌবা মমিং কৌরকখিবসু য়াওই।

মথক্তা পিরিবা মখন ৩ অসিগী মঙ্গুংদা মণিপুরসু অমনি। মরুম অসিনা মহৌশাগী মহাভারতকী মণিপুর অদু হৌজিক মমিং অমা হোংগ্রবরা? মমিং হোংদনা লৈরিবরা? মমিং অনৌবা অমা ওনখিবা তারগনা হৌজিক করি মমিং কৌগ্রবগে? মণিপুর কৌরম্বা তোকখিবনা করি থৌদোক্তগী তোকখ্রিবা? হায়বদি প্রাগজ্যোতিষপুর অদু আহম জাতিনা পান্নদগী আসাম কৌখিবগুম, ইন্দ্রপ্রস্থবু দিলু নিংথৌগী মমিং লৌদুনা দিল্লী কৌখিবগুম, শ্রীরামচন্দ্রগী মতমদা জনক নিংথৌগী রাজধানী ওইরম্বা মফম অদু রামগী লিলা লোইগ্রবদা দ্বাপর যুগকী মতমদা মফম অদু মগধ দেশ কৌদুনা জারাসন্ধ নিংথৌনা পালম্মী। হৌজিক্তি মফম অদু উত্তর প্রদেশকী বিহার অসিনি। বিহার অসি হৌজিক পাটনা, গয়া অমদি সাহাবাদ হায়না জেলা ৩ থোক্না লৈরিবসিনি। (অভিধানগী লামাই ৯০৭/৯০৮ অমদি লামাই ৫৩৩ দা)।

শ্রীরামচন্দ্রগী মতমদা মিথিলা কৌরম্বা মহাভারতকী মতমদা মগধ দেশ কৌবা হৌজিক্তা উত্তর প্রদেশকী বিহার কৌরিবা অসিগুম্না, মহাভারতকী মণিপুর অদুসু, মণিপুর কৌরম্বদগী ওনখিবা মমিং অমদি লৈফম থোকই।

কলিঙ্গদা মহাভারতকী মণিপুর লৈরম্লগাদি, নিংথৌ অদুগী মতমদা অদুগুম্বা থৌদোক অদুদগী লোক অদুদা মমিং অসি কৌখরে হায়না শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রনা মাগী অভিধানদা ইরম্লগদবনি। অদু ইরম্লগ্রিবসি কলিঙ্গদা মণিপুর লৈরমদে হায়বা অসি তশেংনা খংলে।

অহৈঙেগী কংলৈপাক মণিপুর নত্তে। অসি কৌবা লাইরিক্তা তাক্লিবা মণিপুরদি উরিষ্যাগী রাজধানীনি অমুক হায়। অমুকস্মু গঙ্গামগী লমদা তাকই। অমুকস্মু মহেন্দ্র পর্ব্বতকী মনাক সমুদ্র মপান্দা থম্মি। অমুকস্মু দক্ষিনাভাগী "মনলুরদা" থাংদোকই। অমুকস্মু মধ্য প্রদেশগী রতনপুরদা থম্মি। অমুকস্মু সিতাপুরগী "মমুরা" কৌবা মফমদা পুরকই। অমুকস্মু হরিদ্বাররোমদা থাংদোকই। অমুকস্মু স্বামী দয়ানন্দ সরস্বতীনা মণিপুরবু মাইল লিশিং কয়া লাপ্না লংশেকপ্রে হায়রি। কয়া লাপ্নবু লংগ্রিগবা? তাখিবা মফম অহুমদি ইবিরমদ্রে। পাবিরিবশিংনা মণিপুর ময়াম অসিদগী মহাভারতকী মণিপুর অহু অপাম্বা মফমদগী খল্লগা লৌখৎপিগদরা। অইবা ঐগীদি খনফম খংজদরে অমত্তা লৌখৎচররোই।

ঐনা লৌখৎচনিংবা মণিপুরদি শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রনা হায়বা মণিপুরবু লৌখৎচনিংই। মরমদি মহাক্কা পিরিবা রাহৈগী অর্থ পুম্নমক অসি অরাম্বা অমত্তা য়াওদে হায়বা য়াই। খুদম ওইনা হায়রবদা—মহেশা পাণ্ডব শাগৈনা পালম্বা লম হস্তিনাপুর অহু হৌজিকীনা মীরাট জেলাদনি। মফম অহু পাণ্ডব শাগৈনা নিংথৌ ওইরম্মী। মহাভারতকী লান লোইরবা মতুংদা অর্জ্জুনগী মস্মু পরিক্ষিতনা নিংথৌ ওইরে। মথংদা পরিক্ষিতকী মচা জন্মেজয়না পাল্লে। অম্মুম্না মথং মথং যুধিষ্টিরদগী পাণ্ডব শাগে ৩০ না নিংথৌ ওইরম্মী মসিদা পাণ্ডব শাগৈগী নিংথৌ খমলে। ইকোন কোম্না নিংথৌ অহুগী মম্লিনা লৈবাক ভাকহৌই, মম্লি অহুগী মমিং বিশারবা কৌই। মতুংদা মম্লি অহুগী শাগৈনা চহি ৫০০ (চামঙা) দিল্লীগী সাসন তৌখি। মতম অমগী মমাংদা রাজধানী কোল্লুং ওইরম্বা মফম অহু গঙ্গাগী ইচেম্না থুগাইখিহুনা হৌজিক লৈত্রে। মফম অহু হৌজিক অচম্বা খুল্লং অমা ওইনা লৈরি।

হস্তিনা অমদি ইন্দ্রপ্রস্থবু দিল্লী কৌখিবদি—মৌর্য্য শাগৈগী দিলু নিংথৌনা রাজধানী শেমহুনা নিংথৌ ওইখিবদগী দিলুগী মিং লৌহুনা দিল্লী কৌখিবনি।

হস্তিমা কৌখিবগী মরমনা মহাভারতকী মমাংদা হস্তি কৌবা মিংথৌ অমনা কোন্থং শেমহনা পালবদগী হস্তিগী মিং লৌহনা হস্তিনাপুর কৌখিবনি।

ইন্দ্রপ্রস্থ কৌখিবগী মরমনা মতম কুইরবগী মমাংদা ইন্দ্রনা শ্রীবিষ্ণু পুজা তৌখিবা মফমনি ইন্দ্রগী মিং লৌহনা ইন্দ্রপ্রস্থ কৌখি। মহৌশাগী হস্তিনা-ইন্দ্রপ্রস্থ হৌজিক দিল্লীদা খুদম ওইনা "পুরানো কিল্লা" অমদি "ইন্দ্রপথ" কৌহনা লৈরি।

দিল্লী হায়বা রাহৈশিংগী অর্থ য়াম্না শাংই, লোইনা ইরবদি লাইরিক অসি চাওমনপ্রগনি খনবদগী মরু ওইবা খরদং পঞ্জবদনি। পাগুব শাগৈনা পাবদগীনা খৃষ্টাব্দ ১৯১২ দা ইংরাজীনা দিল্লীবু আক্রমণ তৌখিবা অসি ফাওবা চাওনা ইরি। শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রনা হায়বনি। অভিধানগী লামাই ৬২৮/৬২৯ দা।

মরম অসিনা শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রগী রাকমশিংগী অর্থ পিরিবা পুন্নমক অরাম্বা অমত্তা য়াওদে হায়বা য়াই, অতহনা মহাক্না পিরিবা মণিপুর অসিনা অচুম্বা ওইগনি।

# শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রগী মণিপুর।

শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রনা অভিধানগী লামাই ৯৭৫/৯৭৬ তা মণিপুরগী অর্থ অনি থোক্না পিরি। মহু মখাদা থমজরে।

(১) অহাম্বা অর্থদা, "মণিপুর" = নাভি পদ্ম; তৃতীয় চক্র। অমুম্বা ইরি অর্থদি— মণিপুর হায়বদি খোইদৌ থম্বান; অহুমসুবা চক্র হায়বনি। মীওইবগী হকচাং কায়াংতা লৈরিবা ইন্দ্রি মমুংগী অহুমশুবা চক্রবু "খোইদৌ থম্বানবু" মণিপুর কৌই হায়বনি।

(২) অনিম্নুবা অর্থদা=ভারতকী অরাং নোংপোক ওমথৈদা লৈবা ইংরাজীনা চংশিললক্লবা দেশ লৈবাক অমনি। লৈবাক অসি আসাম গভর্ণমেন্টকা লোইননা রাজনিটিদা মরি লৈনৈ। মণিপুরগী নিংথৌনা ইংরাজীশিংদা (কর) খাজনা পিদে। দেশ অসিনা শগোল কাংজৈদা খ্বাই-দগী হেন্নি হায়না অথোইবা মীংচৎ লৈ।

"পোলো" (Polo) শগোল কাংজৈ অসি মণিপুরদগী হৌথিবনি, মথং মথং মীরৈবাক মচাশিংনা তমখিহুনা ভারত অমসুং ইউরোপ য়ৌনা শন্দোকখি।

লৈবাক অসিগী অহানবা হৌরকপা মীওইদি নাগা অমসুং কুকিনি। মণিপুরগী মীওইশিং অসি ক্ষেত্রিগী শাগৈদা পোকপনি হায়না মখোইনা পরিচয় পি।

হৌজিক্তি মণিপুরীশিং অসি বাঙ্গলা দেশগী গোস্বামীশিংগী শিষ্য ওইহুনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎলি।

মহাভারতকী লাইরিক্তা অসুম্না ইরি মহুদি— মণিপুবগী রাজকন্যা চিত্রাঙ্গদবু অর্জ্জুনগা লুহোংখি। মথংদা অশ্বমেধ যজ্ঞগী শগোল ফারুব-দগী চিত্রাঙ্গদাগী মচা বভ্রুবাহনগা অর্জ্জুনগা লান শোক্লখি।

অহুগী মতুংদদি চহি শতাব্দী কয়ামুক ফাওবা মণিপুরগী ইতিহাস মুৎথরে।

পোংদেশগী সান নিংথৌগা মরুপ ওইহুনা পানখি হায়বা মতম অসিগী মণিপুর ইতিহাসগী অহান্বদা য়াওবা উই।

খৃষ্টাব্দ ১৭১৭ তা পামহৈবা (Pamheiba) কৌবা নাগানা সিংহাসন ফংলরদা ১সুং হিন্দু ধর্ম্ম চৎলবদা পরিবনওয়াজ হায়বা মিং অসি কৌখি। মহাক্না ব্রহ্মা দেশগা লোইনহুনা হুম-হুম্না কয়ারক লান শোক্লখি। মহাক্না নোংগাপ্রবা মতুংদা ব্রহ্মানা মণিপুরবু আক্রমণ তৌখি। মতম অহুদা মণিপুর নিংখৌ জয়সিংহনা ইংরাজদগী মতেং লৌখি। (১৭৬২ খৃঃ)

(১৮২৪ খৃঃ) খৃষ্টগী চহিদা ব্রহ্মাদেশগী অহাম্বা লালহৌ লাকখি। ব্রহ্মা তেঙ্গোম্না কাছাড় অমসুং আসাম য়েৌনা আক্রমণ তৌরকখি। মতম অদুদা মণিপুর নিংথৌ গম্ভিরসিংহনা ইংরাজগী মতেংনা য়েক্লবগী তেঙ্গোল তানথোকখি।

খৃঃ ১৮২৬ তা ইংরাজীগা লোইননা ব্রহ্মাদেশগা তাইশিন্নবা য়ানখি অমসুং মণিপুর অসি নিংতম্বা লৈবাক্কি হায়না নিনথোকখি।

খৃঃ ১৮৩৪ দা গম্ভির সিংহনা পরলোক ওইগ্রবদা মহাক্কী মচা চহি অমতা ঙাইরিবা চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহবু মপাগী সিংহাসন্দা ফমহনখি। অমসুং মাগী মথুড়া (গরিবনওয়াজগী) মশু নরসিংহনা ঙাক শেন্বা ওইনা নিংথৌগী থবক্তা মাই ওনশিন্না পুখি। মথং চহিদা ইংরাজীগী কাংবুগী পলিটীকেল এজেন্ট চংলকখি।

খৃঃ ১৮৪৪ দা নরসিংহগী থরাই মাংহন্নবগী থৌরাং অমা তৌরকখি। অমসুং চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহগী মমা ইবেম্মা থৌরাং অসিদা য়াওরুবদবগী "লৈবা" ঙমদত্তুনা মচাগা লোইননা কাছাড়দা চেনখি।

মথংদা মণিপুরগী প্রজা ১সুং মন্ত্রিশিংনা শ্রীনরসিংহবু নিংথৌ ওইবিয়ু হায়জবদগী য়াবিরতুনা সিংহাসন্দা ফম্নে। শ্রীনরসিংহনা খৃষ্টগী চহি ১৮৫০ ফাওবা নিংথৌ ওইরম্মী। হায়রিবা চহি অত্তুদা নিংথৌ য়াম্না কম্না নারে। মত্তুদা মনাও ইবুংঙো দেবেন্দ্র সিংহনা ঐনা নিংথৌ ওইরগনি হায়তুনা ইংরাজীশিংগা য়ানগ্রে। নিংথৌ নোংপাগ্রবদা, থা ৩ গী মতুংদা চন্দ্রকীর্ত্তিনা মণিপুর লৌশিল্লকখি। অমসুং দেবেন্দ্র সিংহ কাছাড়দা চেনখি।

খৃঃ ১৮৫১ গী ফেব্রুয়ারী থাদা চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহনা অমুক হন্না নিংথৌ ওইবা অসি ইংরাজীগা য়ানগ্রে।

খৃঃ ১৮৭৯ নাগা লানগী মতমদা চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহনা ইংরাজগী মতেং কয়ামুক পাংখি। খৃঃ ১৮৮৬ তা মহাক্কা শিরমদাইদা মচা অহন শুরচন্দ্র সিংহদা সিংহাসন পিন্নরে। মনাও কুলচন্দ্রবুনা যুবরাজ পদবী পিরম্মী।

খৃঃ ১৮৯০ দা অভোম্মা মনাও সেনাপতি টিকেন্দ্রজিৎ সিংহনা শুরচন্দ্রবু সিংহাসনদগী তাম্থোক্তুনা যুবরাজবু নিংথৌ খুতম ওইহনখি।

শুরচন্দ্রনা কলিকতাদা লাক্তুনা হায়জরখি। সিংহাসন মুন্নবগী রাথোক অসি কোক্নবগীদমক খৃঃ ১৮৯১ দা মার্চ্চ থাদা আসামগী চীফ কমিশনার কুইন্টন সাহেবনা গুর্খা লান্মী ৪০০ পুত্থনা চৎলি। অনৌবা নিংথৌ শেম্বা অমসুং সেনাপতিবু তাম্থোক্নবগীদমক থৌরাংনি।

অত্থনা সেনাপতিনা সহেপ্তা চংজরক্নবা হায়খি। মথংদা মাবু ফানবা থৌরাং তৌখি; তৌইগুম্বসুং থৌরাং অত্থু মহৈ য়ানখিদে। টিকেন্দ্রজিৎপু ফাবা ঙমহৌদনা নানথোকখি। মনিপুরিশিংনা ইংরাজ রেসিডেন্সিবু আক্রমন তৌখি অমসুং কুইন্টন সাহেপ মতম খরদংগী ওইনা মাগা লোইননা কর্ম্মচারি ৩/৪ গা লোইননা খুৎলাই য়াওদনা রারী শান-নবগীদমক মীয়াম পৈরিবা মফম অত্থদা চংলকখি, অমসুং মফম অত্থদা মুংশিহৈতনা হাংখি।

পাও অসি ফংবা থুদক অত্থমক্তদা গভর্ণর জেনরেল লর্ড ল্যান্স ডাউননা মণিপুরবু আক্রমন তৌনবগীদমক ভেম্লোল থারকখি। মে থাদা টিকেন্দ্রজিৎ অমসুং কুলচন্দ্রনচিংবা ফাখি। বিচার তৌনরবগী অরোইবদা টিকেন্দ্রজিৎ ১দি লুচিংবা মেজরগা ফাঁসি তৌবা তাখি। অত্থগা কুলচন্দ্রবুনা আণ্ডামান দ্বীপ্তা লৈহনবা রায়েপ অসি তাখি।

মথংদা নিংথৌ শাগৈদগী চহি ৫ গী অঙাং ওইবা চুড়চন্দ্রবু মণিপুরগী নিংথৌ ওইরে হায়না পাও চেনথোকখি। অমসুং ইংরাজী সাহেপ্না মণিপুরগী রায়েন বিচার তৌত্থনা নিংথৌগী সাসন পুখি। মতম অত্থু মণিপুরগী মমুংদা তলব পিবগী মরম লৈরমদে।

খৃঃ ১৯০১ দা লর্ড কর্জন মণিপুর য়েংবা লাকখি। খৃঃ ১৯০৭ তা মে থাদা চুড়াচান্দগী মকমদা রাজ্যভার পুন্ন শিন্নখি। মত্থদা ইংরাজীগী

কৰ্ম্মচারী নিপা ৬ না নিংথৌগী মতেং ওইনবা রাজকার্য্যগী লুচিংবা ওইনা লৈবাক্কী থবক পুবা য়াওবা হায়ডুনা রারেপ্পরগা থবক য়াওখি। ইম্ফাল (IMPHAL) মণিপুরগী রাজধানীনি।

মণিপুরগী কৃষ্ণলীলাগী যাত্রাগী মতৌদি অফাওবনি। অসি হায়রগা মখাগী অসি হায়রম্মী।

"কমলে কামিনী" নাটকে দীনবন্ধু মিত্র "রাসলীলা"র অভিনয়ের অবতারনা করিয়া ইহার ইঙ্গিত করিয়াছেন। শেষ রাজবিপ্লবের পরে রাজপরিবার সম্পর্কীয়া মহিলা গণের এমন দুরবস্থা ঘটিয়াছিল যে, তাঁহরা কলিকাতা পর্য্যন্ত আসিয়া কৃষ্ণযাত্রা করিয়া জীবিকা অর্জ্জন করিতে বাধ্য হইয়াছিলেন।

অর্থ

দিনবন্ধু মিত্রগী 'কমলে কামিনী" কৌবা লাইরিক্কী নাটক্তা মণিপুরগী 'রাসলীলা"গী শান্নবগী মরমদা খর উৎলি। খোমযোম লাল মতুংদদি কোন্নুংগী ইবেম্মশিংগা মরি লৈনবা নুপীশিংগী ফিভম য়াম্না ফৎলুত্রে, মতুদা কলিকাতা ফাওবা মখোয়না লাক্লুনা কৃষ্ণগী যাত্রা উত্লুনা হিংনবগীদমক য়াম্না ফজবা মতৌ উৎপা হোৎনখি।

অম্লুম্না শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রনা মণিপুরগী অর্থ অসি মাগী অভিধান্দা বাঙ্গালী লোন্দা ইরম্মী। মহাভারতকী মণিপুর অদু ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক অসিদনি হায়বা ময়েক শেংনা তাক্লি। বভ্রুবাহন্না পালম্বা মরম্না হায়রমলিবনি। পালমত্রগবু শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রগী মপুক থোক্লা হেক্তা ইশিনগদবা নত্তে।

বভ্রুবাহন্না কলিঙ্গদা লৈরম্বা ওইরগদি শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রনা মাগী অভিধান্দা, কলিঙ্গদা মণিপুর কৌবা রাজধানী অমা লৈরন্দ্রী হায়না ইরমকম থোকই। লৈরমদবনা হায়রমদবনি।

রাফম অম্রনা মহৌশাগী পণ্ডিতশিংনা ভারতকী ইতিহাস ইবদা ইরম্লিবা মহাভারতকী মণিপুর অতু তোকথোক্লগা, শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রনা মাগী মবুদ্ধিনা মীগী থৌইনশিন্দগী মহাভারতকী মণিপুর অতুদি মৈতৈ লৈবাক্তনি হায়না হেক্তা ইশিন্বা য়াগদরা? মতু য়ারোই।

শম্না হায়রবদা শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রগী অভিধান্দা ইরিবা রাহৈগী অর্থ পুম্নমক অরাম্বা ইবা য়াদে অতুগা লানস্নু লান্দে। অমনা ভারত-বর্ষদা লৈরিবা দেশ অতৈ পুম্নমক্কী অর্থ রারীদি অসেংবা অচুম্বা ইরগা, মণিপুর অমদি কলিঙ্গ দেশ অনি অম্বিতগী করম্না লান্না ইগনি?

মখা তানা অমুকস্নু খন্নসি, শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রনা মাগী অভিধান অসি ইবা হৌরকপদা সান্তদাস গোষাইনা মঙোন্দা কলিঙ্গদা মণিপুর লৈরম্মী হায়না ইরুগম্নু; মহাভারতকী মতমগী বভ্রুবাহন্না পালম্বা লৈবাক মণিপুর অতুদি মৈতৈ লৈবাক্তনি হায়না ইম্নু। অস্নুম্না ইনশিনলমগদরা?

মতুস্নু ওইথোক্তে মরমদি শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রগা সান্তদাস গোষাইগা অনি অসি হন্দক মপোক অসিমগী ওইনা উনখিদে। মরমদিঃ— সান্তদাস গোষাইনা মণিপুরদা রামান্দি ধর্ম্ম পুশিল্লকপদি ইংশোক ১৭২৫ দগিনি, মহাক্না মণিপুরদা লাকপা অসি মীয়াই চল্লবা অহল ওইরক্লবা মতম্নি। অতুগা শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রনা পোকপদি ইংশোক ১৮৭২ দা পোকই।

অতুগা মণিপুরদা সান্তদাসনা লাকপা মতম অসিদা শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্র পোকদবা চহি ১৪০ হেন্না রাংলি। সান্তদাস গোষাইনা শিঞ্রবা মতুংদা শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্র পোক্কই। অতুনা অনি অসি হন্দক মপোক অসিদ্দদি উনখিদ্রে।

মরম অসিনা মৈতৈ লৈবাকপু মণিপুর থোম্না অসি থাংতপ্রা থোম্না নত্তে, সান্তদাস গোষাইনা থোম্বস্নু নত্তে। মহৌক্না লৈশেমইতদগী মণিপুর হায়না কৌহনা অতুম লৈরল্লবা সমদমনি।

অতুঙ্গা ঐখোয়গী মৈতৈ পণ্ডিতশিংনা "আইচৌশিং"না ইরম্না পুয়াদস্নু ঐখোয়গী ইরৈবাকপু মণিপুর হায়না কৌহনা শিজিন্নরম্বা লাইরিক

য়াম্না লিরবা লৈ। হৌজিক্কগী চহি ৫০০ গী মমাংদা শিজিন্নরম্বা লাইরিক মৈদিংগু ক্যাম্বগী মতমদা লৈরম্বা লাইরিক, 'মুংলোন' কৌবা লাইরিক অতুদা মনিপুর কৌরকখিবগী মৈতৈ ময়েক্না ইবা লৈ। সনা কোনুংগী পণ্ডিত অচৌবনা হায়বনি।·।·।

মরম অসিনা বভ্রুবাহন্না লৈরম্বা মণিপুরতু ঐখোয়গী মৈতৈ-লৈবাক মণিপুর অসি শোইদনা ওইগনি।

রাফম অমনা বভ্রুবাহন্না পালম্বা মণিপুর ওইরগদি ঐখোয় মৈতৈ জাতি অসি বভ্রুবাহনগী চাদা নাওদারা ? হংবা তারবদি মতুদি নত্তে। মরমদি বভ্রুবাহনদি মচা ধার থনমদে। মানা নিংথৌ ওইরম্বা মতমদি দ্বাপর যুগকী অরোইবা মতমনি। মাগী মথংদা পোং লৈবাক্কী মীনা নিংথৌ অহুম মথং মথং ওইরম্বগী রাফম মণিপুর ইতিহাসনা হায়রি।

অতুদি পোং লৈবাক্কী মীনা মণিপুরদা নিংথৌ ওইরমলবদি ঐখোয় মৈতৈ জাতি অসি পোংগী চাদা নাওদারা ? হংবা তারবদি মতুসু মত্তে। মতুগী মরম মনিপুর ইতিহাসদা লৈ মতু কোম্না মখাদা ইজরি।

হৌজিক য়াম্না কুপ্না খন্নগদবা রাফমদি মহাভারতকী মণিপুর অদু ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক অসি নত্রকদি ভারতকী মনুংদা মণিপুর কদায়দা লৈবগে ? হায়রবা অদু হায়নলা থিদোকখিসি।

ভারতকী মনুংদা বভ্রুবাহন্না পালম্বা মণিপুর অদি শোইদনমক লৈরমগনি মসিং হোংথরবসু মফম অদুদি অতুম লৈরমখিগনি। নত্রগা মুহা হাবদা সমুদ্রগী মনুংদা নমথখিত্রুনা লুপখিবা তারগনু থৌদোক অতুগী রারী শোইদনা লৈরমগনি। নত্রগা ইন্দ্রপ্রস্থ কৌরম্বা তোক-খিত্রুনা দিল্লী কৌখিবগুম ১দি মহাভারতকী মতমদা প্রাগজ্যোতিষপুর কৌরম্বা তোকখিত্রুনা হৌজিক আসাম গৌহাটি হায়না খংনরিবা অসিগুম মহাভারতকী মণিপুর অতুসু হৌজিক মমিং অমদি লৈগনি। মণিপুর

কৌরম্বদগী হৌজিক করি মমিং ওনথ্রবগে করি থোৌদোক্কগী করম্বা নিংথৌগী মতমদা ওনখিবগে হায়বনচিংবা অহু কনা অমত্তনা হায়বা গুমদে। হৌজিকস্থু কনাগুম্বা অখংবা লৈরবদি পুথোকপিরকউ চপচাবা প্রমাণ পিবিয়ু।অশেংবা বভ্রবাহন্না পালম্বা মফম অহু অসিদনি, নিংথৌ অহুগী মতমদা শোক্লা অহুক্তা থোৌদোক অহুদগী মণিপুর কৌরম্বা তোক-খিহুনা হৌজিক্লা মমিং অসি কৌরিবসিনি হায়বা পিবিয়ু। অহু ওইরবদি ঐনা ইজরিবা লাইরিক অসি অরান্না ওইজসনু।

শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রনদি কলিঙ্গদা মণিপুর লৈরম্মী হায়দে। মণিপুরদি মৈতৈ লৈবাক্তনি হায়রম্মী। মাগী রাসি অরান্বা ওইবা য়ারোই। মরমদি মাগী লাইরিক অসি ইবা লোইরগা ছাপা তৌগ্রিঙৈ মতমদা অখং অহৈ পণ্ডিত কয়ানা য়েংলগা অচুম অরান শুদ্ধোন তৌরগা পণ্ডিতশিং অহুনা চুমলে য়ারে হায়রবা মতমদা ছাপা তৌখিবা লাই-রিকনি। মাগী লাইরিক অসি মহাক্কী মিংচৎপু নুমিৎ থানা লৈরিবা মথৈ লেংদনা লৈহৌগদৌরি। কনাগুম্বনা মসিমদি লাল্লি হায়হুনা কক্খিবা তারবদি মহাক্কী মিংচৎ মাঙ্গদৌরিবনি। লাইরিক অসিবু শুদ্ধোন তৌরিবা পণ্ডিতশিং অহুস্থু মগুণ মাঙ্গদৌরিবনি। মরম অসিনা মাগী লাইরিক অসি অচুম্বা রাকমমক্তনা ইবনি মসিদা চিংননিঙাই ওইদে।

কৌরব পাণ্ডবকী লান তৌখিবা অহু হৌজিক্কগী চহি লিশিং লিশিং কয়াগী মমাংদা থোকথ্রবনি। মতম অহুগী রাকমবু উহৌবস্থু নত্তনা করম্না অচুম অরান খংরা গুমগনি। মহুগী অচুম অরান খংনম্বিবদি—মতম মতম অহুদা লৈরম্বা পণ্ডিতশিং অহুনা, মতম মতম অহুদা থোকখিবা থৌদোকশিং অহু ইশিন্দূনা থম্বীরম্মী ; অহুম্না ইশিন্বীরম্লিবা লাইরিক অহুগী মতেংনা কোম্ন হৌরকপা মীওইনা খংবা ঙম্নরিবসিনি।

হৌখিবা থৌদোকপু ইরগা 'থম্লমথ্রবদি তুংগী মীরোম্না অস্নুম্না তৌরমবোইরে হায়বা কনা অমতনা খংবা ঙমলম্মোইদবনি। শম্না হা-রবদা মীওইবা ঐখোয় অসি ইশা ইশামক পোকপদগী অঙাং ওইরিঙৈ

মতমদা ইমাগী তম্পাক্তা লৈরিগৈ মতমদা তৌথিবা অদু ঐনা চাও-রক্লগা ইশানা খংবা ঙমদে। অদুনা ঐনা পোক্ত্রিগৈদা তৌথিবা থবক্তি করম্না খংগনি ?

ইত্থুনবু থমহৌরবদি ঐনা পোকখিবগী শোক তারিক, ইপোক থা ১দি থাবান, নুমিৎ. অয়ুক, মুংথিল, নুমিদাংনি হায়বা পুংফম ফাওবা খংবা ঙম্লরি। ইহৌদ্রবদি চহি কুইগ্রবদি ইপা ইমানা ফাওবা কাওখি।

মরম অসিনা মীওইবা ঐথোয়না লম-লমগী কাংলুপ কাংলুপকী মতম মতমত্থুদা লৈরম্বা অফাওবা মীগী মমিং, পালম্বা নিংথৌশিং মতমত্থুদা থোকখিবা মরু ওইবা থৌদোক রাথোক্লচিংবা পুম্নমক অসি মতমত্থুগী পণ্ডিতনা ইরগা থম্মিরম্মী।

অস্নুম্না মীহৌরোনগী রারী ইশিন্না লাইরিকপু হিন্দুশিংনা ইতিহাস (পুরাণ) হায়না কৌই। মুসলিমশিংনা (পাঙন) কোড়ান হায়না কৌই। খৃষ্টানশিংনা বাইবল কৌই। মৈতৈনা পুয়া হায়না কৌমরি।

অসিগুম্বা মীহৌরোন ইবা ইতিহাসগী লাইরিক্তা পণ্ডিতশিংনা, ১দি কবিশিংনা লান্না ইনদে। ওইদবা, থোকখিদবা থবক, অরান্বা অমত্তা ইবা য়াদে অমস্নুং ইশিন্নদে।

অত্থুগা কবি অমনা ইবগা অমনা ইবগা মান্নদবা থরদি য়াওদবা নত্তে। মরমদি অমনা থর শন্দোক্লা ইবা; অমনা থর শম্ন ইবা অসিগুম্বা মান্নদবা থরদি লৈবা য়াওই। অত্থুনা রারী লমফৈ কয়া শন্দোক্লা হাপ্লরুর-বস্নু "ইশিন্নরুরবস্নু" রারী অত্থুগী মপুংদি মান্নদবা য়াদে।

খুদম ওইনা হায়রবদা মণিপুরদগী নুপা অমনা মহাক্লা তীর্থ চৎলুবগী রারী নুপা অমদা তম্মী। পাওদি অস্নুম্না তম্লে :— ঐহাক অহানবদা শান্তিপুরদা থুংই। মত্থুদগী নবদ্বীপ্তা নুমিৎ ৪ নি ফাইত্থুনা লৈরগা লাইফম সুনা থুরুমলকই। ৫নি শুবদা অমুক চৎপত্থুনা রেমুনাদা

ক্ষীরচোরা গোপিনাথ খুরুমলকই। মতুদগী শ্রীক্ষেত্র য়৷োনা চৎলি, শ্রীজগন্নাথ ক্ষেত্রদা মুমিৎ ৫নি ফাইদুনা লৈ, সমুদ্র স্নান তৌই মুতিগী শ্রীজগন্নাথবু অহুম-অহুমলক দর্শন ফংজরকই।

অতুগা মানা তম্বা পাওদা চিংখবদি — নবদ্বীপ্তা উসোব কৎপগী রারী, কটুৱাদা শম্ কোক্লুবগী রারী, মায়াপুরদা মহাপ্রভুগী জন্মস্থান খুরম্মুব, অমসুং মফম অতুদা আমেরিকানা কৎপা ইস্কোন মন্দিরদা শ্রীরামকৃষ্ণ খুরুমলকপগী রারী, আমেরিকা মচা নহা লম্বোইবশিংগা উনরকখিবগী রারী। অসিগুম্বা পাওদি তমদবা, নবদ্বীপ্তা মুমিৎ ৪নি লৈরগা লাইফম মুনবা খুকল্লকই, অমুক্তা শমজিন্না পাও তম্মী।

অতুগা অতোপ্পা মুপা অমগী মফমদা তম্বা পাওদি চিংখদনা য়াম্না মরিক চুন্না তম্মী। পাওদম অনি অসি মরমদি অমতুনি, মান্নদবদি অমনা খর সন্দোকপা। অমনা খর শমজিন্না অসিদনি।

অমুক্তা মহাভারত পুরান অসিমক্তদসু অমগা অমগা মান্নদবা কয়া লৈ। মসিগী হায়ববু কবিশিংনা লাইরিক ইবা মতমদা ফজনব হায়দুনা লৈথেৎ কয়াসু হাপ্তবা নত্তে। অমুক্তা লৈথেৎ কয়া হাপলুববসু রারী মপুংদি লান্না ইশিনবা য়াদে ১সুং ইনদে।

অতুনা জৈমুনিগী মহাভারত, কাশিরাম দাসগী মহাভারত, সঞ্জয়গী মহাভারত লৈরিবা মহাভারত লাইরিক মখলশিং অসি অমনা খরা সন্দোকপা' অমনা খর শমজিন্না লৈরগসু রারী মপুংদি অমতুনি।

মরম অসিনা মীওইবা ঐখোয়না খংকম থোক্তবা রারী মীহোয়োনগী রাকমবু ইতিহাসগী মপান্না ইন্নাই লাইনা খংবা ওন্নরি।

অতুগা কবিশিংনা ইবা লাইরিক্তা, অওইবা নত্তবা, থোকখিবসু নত্তবা, কবিগী রাখল্লা শারগা পুখোকপা। রারীদি য়াম্না ফজবা। লাইরিক অতু পারুরগা য়াম্না কান্নবা পাউতাক কয়া লৌনিংঙায় ওইবা; অসিগুম্বা লাইরিক কয়াসু কবিশিংনা ইনৈ। অতুগুম্বা লাইরিক অতু

পুরাণ কৌদে। চুম্নগী মীওইবা সমাজনা চৎলিবা লিচৎ শাজৎকী অক-ফত্ত খংনবা জ্ঞান ওইনবগীদমক ইবা লাইরিক্তি, মত্তুবু কবিগী কাব্য কৌই। সিনেমা, ড্রামা, যত্রারালি অমসুং স্থুমাং লিলা কয়া ২ মতমগা চুনবা রাই-তরনা ইরগা শান্নবদা (থোকখিবা/থোকখিদবা) কয়া ২ ঐথোয়না হৌজিক ২ উরি।

অত্তুদি কবিশিংনা ইন্নমীবা রারী লাইরিকশিং অসি থোকখিবনা কনানো? থোকখিদবনা কদাইনো? হায়বা খংনবগী থুদম অশেংবদি— "পঞ্জিকা খুপাই" ডাইরী, কেলেন্দর মথোয় অসিনা শাক্সিনি। অত্তুগা থোকখিদবা থৌদোক অমত্তা থুপাইদা হাপলোই।

থুদম ওইনা— রবীন্দ্রনাথগী জন্ম দিন (মপোক নুমিৎ), স্বাধীনতা দিবস, আগষ্টগী তাং ১৫, মহাত্মা গান্ধিগী মপোক নুমিৎ, খৃষ্ট মাশ ডে "রড়দিন" নেটাজী সুভাষচন্দ্রগী মপোক নুমিৎ অসিনচিংবা কয়া খুপাইদা ডাইরীদা ইরিবা অসি থোকখিবা মক্তনি।

লাইগীরোমদা হায়রগা রাম নবমী (শ্রীরামগী মপোক নুমিৎ) কৃষ্ণজন্ম রাধা জন্ম, বলরাম জন্ম, বামন জন্ম, ভিস্ম তর্পণ, বিশ্বকর্ম্ম পূজা, গোবর্দ্ধন পূজা, মহাপ্রভু জন্ম (য়াওশং) অসিনচিংবা মতম মতমগী খুৎপাইদা ইরিবা থৌরমশিং অসি তশেংনা থোকখিবা মক্তনি।

## পঞ্জিকাগী ব্রা

সত্যকৌবা যুক্তগী চহি খুদিংগী শজিবুগী নোংমা পান্নদা চাউরেন হৌরগা ১০ নি পান্নদা পূজা লোইশিন্নগী থৌরম হুর্গাপূজা অসি লাইগী হাক্তক্তগী তৌনরক্লম্মী হায়বা লাইরিক লৈ।

ত্রেতা কৌবা যুক্তা শ্রীরামচন্দ্রনা লংকাগী রাবন হিংচাব হাৎনবগী-দমক মেরা থাদা হুর্গাপুজা তৌবসি শ্রীরামচন্দ্রনা হৌদোক্লম্মী। মত্তুংগী হৌনা হৌজিক ফাওবা ভারত্তা লৈবা হিন্দুশিংনা শ্রীরামচন্দ্রনা হৌদোক্লম্বা মেরা থাগী হুর্গাপূজা তৌনরি।

সত্য যুগকী সুরথ নিংথৌনা হৌদোক্লুনা তৌরম্বা শক্তিবুগী দুর্গা পুজা অদুসু হৌজিক ফাওবা তৌনরি। ঐখোয়গী মণিপুরদসু সনা কোন্নুং অমদি হিয়াংথাং লাইরেম্বীগীদা চহি খুদিংগী শক্তিবুগী বাসন্তী দেবী পুজা কায়দনা তৌনরি।

অদুগা ঐখোয়গী মণিপুর প্রজা অতৈদি মেরাগী দুর্গা পুজাগুম্বা শক্তিবুগী দুর্গা পুজাদি যুমথোং খুদিংগী তৌনদে।

হায়রিবা দুর্গা পুজা মখন অনিমক্কী হৌবা-লোইবগী তারিক্লু-চিংবা মুমিৎ পঞ্জিকা খুপাইদা চহি খুদিংগী য়াওরিবা অসি থোকখিবা থৌদোক ওইবনা খুপাইদা ইরিবনি।

পঞ্জিকা খুপাইদা ইরিবা থৌরম খুদিংমক অসি তশেংনা থোকখিবা মক্তনি। মহৌশা ঐখোয়গী মণিপুরগী কোইরেং যুবরাজনা নোঙ্গাখিবা মুমিৎপু আগষ্টকী তাং ১৩ দা মণিপুরী কেলেন্দর, মণিপুরী ডাইরীদা টীকেন্দ্রজীৎ ডে হায়দুনা হাপ্লিবা অসিসু থৌদোক অদু থোকখিবননি।

অসুম্না পঞ্জিকা খুৎপাইদা ইতিহাস ওইবা পুরান্দা ইরিবা পুম্নমক অসি অশেংবা মক্তনি। কবিশিংনা ইবা ইতিহাস, পঞ্জিকা, অভিধান 'ডিকস্নারী' পুরান হায়রিবা লাইরিকশিং অসি লাম্না ইবা য়াদে ইনু ইনদে। থোক খিদবা থৌদোকপু, খুপাইনচিংবা পুরান ১দি ইতিহাসগী ওইবা রারু ইবা লাইরিক্তা হাপচিন্নদে। হায়বদি কবিগী পুকথোকী রারী ইতিহাসদা অমদি খুপাইদা ইশিনবা য়াদে।

ঐখোইগী মণিপুরগী মন্নুংদা মমিং চৎলবা কবি লমাবম ডাক্তর কমলনা রারী য়াম্না ফজবা উরিরৈ মাধবী লাইরিক অমদি শৈরেং কয়া ইরম্মী। উরিরৈ মাধবীগী রারী পারুবা মীপুম খুদিংমক্না থৌদোক অদু তশেংনা থোকখিদে হায়বা ওমদে। অদুম ওইনমক রারী অদু কবিগী পুকথোকী ওইবনিনা ইতিহাসগী লমাইদদি ইদে। খুপাইদা, ডাইরীদা, কেলেন্দরদা ইশিনফম থোক্তবনা ইদে।

মৈতৈ নিংথৌমচা মশেন নিংথৌ খুভম মুন্নবগী রাথোক বৃটিশ সরকারনা মৈতৈ লৈবাক্তা অকনবা লান তারক্‌লনা খোংজোমদা পাওনা ব্রজবাসীনচিংবা মৈতৈ অকন-অথৌ কয়া লান্দা শিখি। মুমিৎ অদু মণিপুর ইতিহাসদা ময়েক লানা ইরি। চহিগী ওইবা মণিপুর কেলেন্দর ডাইরীদা খোংজোমডে হায়না ইরি। লোইননা চহি খুদিংগী খোংজোমডে পালন তৌনরিবা অসি থোকখিবননি।

## গোবর্দ্ধন পূজা

তাইবংগী মপু ঈশ্বর শ্রীকৃষ্ণনা দ্বাপর কৌবা যুগতা শ্রীব্রজবৃন্দাবনদা গোপগী শাগৈদা নন্দ-যশোদাগী মচা ওইনা শায়োনবিখি। লাইনিংথৌ শোয়ারেননা কৃষ্ণবু গোপমচা মীচম অমনি হায়না খল্লখি ঈশ্বরনি হায়বা খংখিদে।

চান্নীহৈবা শ্রীকৃষ্ণনা মনাই শোয়ারেনবু মুংশিবিহুনা ঐ লাইনি হায়বা খংহন্নীগে খল্লহুনা; গোপগী নিংথৌ নন্দনচিংবা গোপ-গোপী-সিংনা চহি খুদিংগী লাইনিংথৌ শোয়ারেনগী পূজা কৎপা অদু তোক-থোকহল্লগা গোবর্দ্ধনচীংবু পূজা কৎহনখি।

লাইনিংথৌ শোয়ারেননা পূজা ফংদবদগী শাওহুনা ব্রজবৃন্দাবনগী জীব পুমনমকপু তুম্মা হাৎলগে খল্লহুনা অকনবা নোং চুথহনখি।

নোংলৈ মুংশিংকা লোয়ননা চাওর-চাওরবা নেংলিক্তা শাফু কন্না নোংখোং কুংনা ফুথরকপা। মচী পানবা অচৌবা লেন্না মুংহুম লংথরকপগুম, মৈ-রীগা লোয়নবা বজ্রনা তোয়না তারক্লবা, বজ্র তার-কপগী অথাক-অরাও খোঙেননা নাকোং য়ৈশিনবা। মরক মরক্তা নোংথাংগী মঙালমা মিৎ পাংবা ঙমদবা।

অসিগুম্বা মহা প্রলয়গী মতম অসিদা ব্রজবৃন্দাবনগী গোপ-গোপী, অঙাং-অহন, শা-যণ, উচেক্লচিংবা ব্রজগী জীব খুদিংমক শ্রীকৃষ্ণবু লাইনি হায়বা খংদ্রগস্নু কৃষ্ণবু মুংশিজবামক্তনা শিরমদাইদা কৃষ্ণতবু উজরগা শিবা পাম্বদগী প্রলয়গী নোং-মুশিং মরক্তা কৃষ্ণবু কৌ-কৌহুনা কৃষ্ণগী মনাক য়ৌনবা চেন্নরকখি।

মতম অদুদা শ্রীকৃষ্ণনা য়াম্না থুনা গোবর্দ্ধন 'চীং' থাঙ্গৎলগা মুংশিরবা খোঙ্গেম্না ব্রজগী জীবশিংবু কৌনকখি। ঐগী মুংশিজরবা ইমা-বাবা অমদি সখা-সখী মরুপ-মপাং গোপ-গোপী অঙাং-অহন ব্রজগী জীব পুম্নমক মফম অসিদা লাকপিরো। কৃষ্ণ ঐমা গোবর্দ্ধন চীং থাঙ্গৎলিবা অসিগী মখাদা নোং খুপ্‌পীররো করিস্নু তৌরোই কিগনু।

থরাইগুমনা মুংশিজবা কৃষ্ণগী খোঙ্গেন তাবদা ব্রজগী জীব শা ষণ উচেক রায়া ফাওবনা ঐবু কৃষ্ণনা কৌবিরে খংদুনা কৃষ্ণ তম্না চেন-শিন্নরক্লুনা গোবর্দ্ধম মখাদা নোং থুপতুনা কৃষ্ণগী মাইথোং ফজবা য়েংদুনা লৈনখি।

অঙকপনি কৃষ্ণগী মায়া শক্তি গোকুল বৃন্দাবনদা লৈরিবা অদুক য়াম্বা মীয়াম অমত্তা চিথদনা, য়ুমদা লোইবা শা-যণ, লম্নকী শা উচেক পুম্নমকসু অমত্তা চিথদনা গোবর্দ্ধন মখাদা নোং থুপম্নিন্নখি গোবর্দ্ধন চীংবু কৃষ্ণগী ওই থংবা খুৎকী খুৎনিংথৌ মতোন্দ হাপ্লগা খজিক্তকাওবা অরাবা লৈতনা শাতিন য়েনপাক খাম্বগুম মাইথোং মকালাম্না মোমোন নোমোন নোক্ল লেপখি।

গোবর্দ্ধন মখাদা লৈরিবা ব্রজগী জীব পুম্নক কৃষ্ণগী মাইথোং ফজবা উবদা মুংঙাইজখিবনা নোং মুংশিং তৌরি হায়বা খংখিদ্রে। নুমিৎ ৭ নি লৈববু অয়াম্বা, খৌয়াংবা, তুমনিংবা, অরা-অনা খজিক ফাওবা লৈতে। নুমিৎ তরেৎনি অদু ব্রজগী জীবনা নোংমখক্তনি হায়না খংখি।

নুমিৎ ৭নি সুররবদা শোয়ারেননা ব্রজগী জীব তুম্না শিরম্নগনি খন্দুনা নোং খামজিনলে। লৈচিন হায়দোক্লুনা য়েংলকপদা ব্রজগী জীব অমত্তা শিরমদরে। ককচেং অমফাওবা মশিং রাৎলমদবা অদু উবদা লাইনিংথৌ শোয়ারেন পুমঙক ঙকখরে। মুনা রাখন তৌকরগা যোগ ধ্যান তৌদুনা য়েংলকপদা শ্রীকৃষ্ণ অসি তাইবংপান্নগী মপু, মহাকপু শেম্বীবা লাই পুম্নমকপুম্নু শেম্বীবা হুরিনা মীচম অমগুম্না শায়োনবনি হায়বা অদু খংজরকখি।

মমৈথংদা ইকাইবা অকিবা পুন্নমক থাদোক্তুনা স্বর্গগী বণবী সুরভিগা লোইননা শোয়ারেননা গোকুল বৃন্দাবনদা লাকখি। শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা হন্ন। হন্না খুরুমজনা ইয়াল ঙাকপিয়্ হায়জরুবদা শ্রীকৃষ্ণনা লাইনিংথৌ শোয়ায়েনগী ময়াল ঙাকপিখি।

শ্রীকৃষ্ণনা ময়াল ঙাকপিরবদা শোয়ারেননা অমুক হন্না খুরুমজনা কৃষ্ণগী মফমদা সুরভিগী সঙ্গোম্না অভিষেক কৎতুনা গোবিন্দ হায়বা মিংথোল অসি কৎখি। মুমিৎ অতুদগী হৌজনা কৃষ্ণগী মিং অমা গোবিন্দ কৌখি।

গোবর্দ্ধন পুজা অসি তশেংনা থোকখিবা ওইবনা ডাইরেক্টরী পণ্ডিকানচিংবা খুপায়শিংদা চহি খুদিংগী ইতুনা হাপ্পিবা অসিনি। লোইননা ঐখোয়গী মণিপুরদসু চহি খুদিংগী গোবর্দ্ধন পুজাগী থৌরম পালন তৌনরি। মরম অসিনা খুপাইদা ইরিবশিং অসি ইতিহাসগী অচুম্বা রাফম অতুনি। মরম অসিনা ইতিহাসগী ওইবা রারম ইবা লাইরিক্তা থোকখিদবা ওইদবা রারেং ইশিনবা য়াদে।

ঐনা অচুম্বা অসি ফংনবা থিবা মতমদা ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক অসি বভ্রুবাহন্না পালম্বা মণিপুর অতুনি হায়বগী খুদম য়াম্না ফংই। ফংইবা খুদমশিং অসি লাইরিক্তগী ফংবা মক্তনি। ফংইবা লাইরিক অসিসু ছাপা ময়েক্তগী ফংবা মক্তনি। ছাপা ময়েক্তা কোংলবা লাইরিকশিং অতু উংচবা ওন্নগনি। রাফম অসি ঐখোয়গী মৈতৈ পণ্ডিতশিংনসু ইতিহাস ওইবা লাইরিক্তা ইতুনা থনস্রী। মৈতৈ পণ্ডিতশিংনা ইরম্বা মণিপুর ইতিহাসগী রাফম শন্নপ্না মথাদা থমজরি।

---

# মণিপুর ইতিহাস

মণিপুর ইতিহাস মৈতৈ পুয়ান বিজয় পঞ্চালি হায়রিবা লাইরিক অসিগী ইহান হান্না লামাইথী মহোৎদা "মহোদোক" হায়না থারা লামাই অতুদা ইরিবা রাফমশিং অতু মথাদা থমজরি।

## রাহৌদোক

বিজয় পঞ্চালি হায়বা লাইরিক অসি খণ্ড মঙা শুই। অহানবা ফোংজরিবা অসি প্রথম খণ্ডনি। অনিশুবা খণ্ডদা ভাগ্যচন্দ মহারাজগী চরিৎনি। অহুমশুবা খণ্ডদা গম্ভীরসিং, নরসিং নিংথৌ অনিগী চরিৎনি। মরিশুবা খণ্ডদা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী চরিৎনি। মঙাশুবা খণ্ডদা খোংজোম লান, কোইরেং যুবরাজ, থাঙ্গাল মেজোর পাওনা ব্রজবাসি অহুম অসিগী চরিৎনি। খণ্ড মঙা অসি শুনা ফোংবা ঙমজদহুনা প্রথম খণ্ড অসি হান্না ফোংজরি। মথং মথং মথক মখা নাইনা চহি খুদিংগী ফোংজগে মিংজরি।

অহানবা ফোংজরিবা বিজয় পঞ্চালি প্রথম খণ্ডসি মণিপুর গবর্মেন্ট না লাইরিক নম্বগী মতেং লুপা (৩০০) চহুম পিবিরকই। অতুগা লোইননা ননাই ঐখোয়না লাইরিক অসি নমজবনি। লাইরিক অসি পাবিরগা অমসুং তাবিরগা মণিপুর অসি অহানবদা কবি মমিং কৌরবা, লৈশেম খুনশেম লকপদগী পাল্লকপা নিংথৌ মশিং মথং মীনা পাল্লকপা নিংথৌ মশিং শুনা খংবীগনি।

চন্দ্রবংশগী নিংথৌ অর্জ্জুনগী মচা বভ্রবাহন্না পালম্বা মণিপুরনি হায়রি। চন্দ্রবংশদগী পাখংবা নিংথৌনা পাল্লগা সুর্য্যবংশ ওইনা ওনখিবা অসিগী মরম খংবীগনি। পাখংবনা পাল্লকপদগী য়েক সলাই গোত্র সেমলকখিবগী। অতুগা পানা মরি খুরাই ১ বাংখৈ ২ খ্বাই ৩ য়াইস্কুল ৪ হায়রিবা অসিসু খংবিননবা অমসুং মণিপুরগী তীর্থ মশিং মমিং। মথক্তা পানখিবা নিংথৌশিংগী হাক্তক্তা করি করি ধর্ম্ম চৎখিবা। মহাবলি হনুমান ঠাকুরনা কনা নিংথৌগী হাক্তক্তা ফাওরক্তুনা পুজা তৌখিবা। শ্রীহট্টদগী শান্তীদাস গোসাইনা লাক্তুনা রামান্দি ধর্ম্ম চৎহন্দুনা রাম সিতা শোনহনখিবা অমসুং মানা লাকইবা অসিনা কনানা পুরকপা মথন্দগী খুশিনা লাকপরা কনা নিংথৌগী হাক্তকনো অসিসু খংবিগনি।

তখেন্দগী শ্রীমদ্ভাগবত পুরক্তুনা তানরিবা অমসুং পূজা তৌনখ্রিবা কনা নিংথৌগী হাক্তকনো। গৌর ধর্ম্ম চৎলিবা অসিনা কনা নিংথৌ হাক্তকনো খংবীনবা গরিবনীরাজ নিংথৌনা লোই চন্দুনা মপাম্বোম পাঙ্গলনা পালখা লম মণিপুর সীমা খংবীনবা ১সুং মহাক্না মচাগী খুবাক্তা স্বর্গতি ওইখিবা অসি পুম্নমক খংবীগনি

বিজয় পঞ্চালি মৈতৈ পুরান অসি শ্রীযুত চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ স্না হাক্তকা গুরুদেব কীর্ত্তিচন্দ্র কবিনা বীজ সীতারাম ব্রাহ্মণগা তানজহুনা মৈতৈ পুরান ময়েক্তগী বেঙ্গলী ভাষা ময়েক্না পয়ার শেমহুনা লেংলগা খুৎই লাইরিক ওইনা থম্বিরম্মী। পুরাতন ওইরবা লাইরিক অসিবু পাংত্রবা তোল্লবা ননাই মঙ্গী—মনি অনিনা তানজহুনা মৈতৈলোন্দা হন্দোকচহুনা পয়ারগী অর্থ তৌজবনি। অরানবা অসোইবা পুম্নমক শাকপিয়ু। চানবীহুনা মণিপুরগী রারী মৈহৌরোনগী লাইরিক অসিবু অমমম্‌দং লৌবিরগা ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব মুপী অপাং পুম্নমক্না খংননবা তাহৰীয়ু হায়না কোটি প্রার্থনা তৌজরি। অরাব্বা পুম্নমক শাকপিয়ু।

শ্রীলাইশ্রম মঙ্গিসিং, ভক্তিরস চূড়ামণি, রাংখৈ ব্রহ্মপুর।
শ্রীলোংজম মনিসিং, স্বরসিদ্ধান্ত চূড়ামণি, খ্বাই উরিপোক।
ভক্তি শাস্ত্রীয় সমাজ।

---

# মণিপুর ইতিহাস অহানবা শরুক

অমুম হায়না লাইরিক্কী অহৌবা লামাই অহান্নদা রাহৌদোক হায়না খাঘগী রারেং অমুম্না লৈ। অহুগা লাইরিক অসিদা হায়রিবা ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক অসি মহৌসাগী মহাভারতকী মণিপুরনি হায়রিবা অহুগী রাকম মথাদা থমজরি।

মথক্তা হায়গ্রবা ইতিহাস অসিগী লামাই ১০ দা অসুম্না ইরি ঃ মণিপুর হায়বা লৈবাক অসে, অহানবদা অরন্য নগর কৌই, অনি- সুবকপদা মেখলা দেশ কৌই, অহুম সুবকপদা মণিপুর কৌই। মণিপুর থোনবা মতমদা নিংথৌ ওইবসে আনম্বুনা ওই। মথং চিত্র- কেতুদা নিংথৌ ওইজরো পিরম্মী ; চিত্রকেতুগী বংশাবলি হায়গে নম্নাননা ব্রহ্মা পোকই, ব্রহ্মানা মরিচ পোকই, মরিচনা কাশ্যপ পোকই, কাশ্যপনা সুর্য্য পোকই, সুর্য্যনা মমু পোকই, মমুনা ইন্দু পোকই, ইন্দুনা চিত্রকেতু গন্ধর্ব্ব পোকই. মানা নিংথৌ ওইরে। মচা শিখরগদানচিংবা মত্ত মথং মথং নিংথৌ ওইরকপনা চিত্রভানুনা নিংথৌ ওইরে। মচা পোক্নরে মহারানিনা মহাদেববু নিংজে, ইবুঙোগী বরদগী চিত্রাঙ্গদা কৌবী কন্যা অমা পোকই। চিত্রাঙ্গদা কন্যানা অর্জ্জুনবু ইপুরোইবা ওইজগে হায়দুনা মহাদেববু পূজা তৌজে। ব্রহ্মাগী নোংদমদগী অর্জ্জুন গুরু অপরাধী কোক্নবা তীর্থ স্নান লাকপদা চিত্রাঙ্গদা কন্যাগা উনদুনা বিবাহ ওইরে (লুহোংজে)। অর্জ্জুন হনখ্রে, চিত্রাঙ্গদামা মচা ইবুংঙো বভ্রুবাহন কংজহৌরে। মণিপুরদা বভ্রুবাহনা নিংথৌ ওইরে, মপামবোমগী পাঙ্গলনা রাজ চক্রবর্ত্তি নিংথৌরেন ওইরে।

অসুম্না ইতিহাস অসিগী লামাই ১০/১১দা ইবি মসিগী অচুম অরান্দি পাবিরিবশিংনা লেপ্নীরো। ঐগী মত্তদি লাইন্দে মরমদি লাইরিক অসি মণি- পুর গবর্মেন্টনা য়াদুনা সেন ওইনা মতেং ফাওবা পিদুনা লৌথৎপ্রবনি। অদুগা বুধচন্দ্র মহারাজগী মতমদা ইতিহাস অসি ছাপা তৌগ্রিডৈ খুৎই ওইবিডৈদা শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী মন্দিরদা থিবা-হায়বা তৌদুনা শ্রবণ তৌপ্রবা লাইরিক্কি। হৌজিক লাইরিক অসি খণ্ড ৫মক ছাপা তৌবা লোইখিবা চহি ২১রোম সুখরে। হৌজিকুগী চহি ২০ গী মমাংদা মণিপুর ইতিহাস অসি শ্রীগোবিন্দজীগী মান্দোগ্রা চহি খুদিংগী থা অমমম চুপ্পা শ্রবণ তৌদুনা খণ্ড ৫ মক মপুংফাম্না তাপ্রবনি। হায়রিবা লাইরিক অসি মৈতৈ ময়েক্না ইবা পুযাদগী বাঙ্গালী ময়েক্না শিন্দোকপনি। থিবা-

হায়বা তৌবা য়াননবগীদমক বাঙ্গালী লোন্দা শেমদোকপনি। অহুনা য়াঙাং য়াভা লোন্দা পূদা য়াহৈ য়াতাদি অনৌ অনৌবা বাঙ্গালী সংস্কৃতকী য়াহৈ য়াজ য়াম্না হাপচিন্না থেংনৈ।

---

# মণিপুর ইতিহাস ২স্ুবা খন্দ

মণিপুর ইতিহাস ২স্ুবা খণ্ড অসি ফোংনবগীদমক মণিপুর গব-মেন্টনা গ্রান্ট লুপা ১২৫০ পিবিরকখি হায়না য়াহৌদোক্তা ইরি।

অনিস্ুবা খণ্ড অসিগী য়ায়ী মতেক অমতং মথাদা থমজরি মহুদি—মৈদিংগু ক্যাম্বনা নিংথৌ ওইবা মতমদা নোংমা পোং লৈবাকী নিংথৌনা ফিনা য়োমহুনা পোরকপা সালচক্রবু ক্যাম্বা নিংথৌদা য়েংহন্নগা হায়-রকই। মাসে শ্রীবিষ্ণুনি পূজা তৌ, নিংবা পুম্নমক থুংগদবনি হায়হুনা শিন্নরকই।

মতাং অসিদা লাইরিক অসিবু ইবা কবিনা শ্রীবিষ্ণু অসিগী য়ায়ী অমতং ইজরি। অসি হায়হুনা মথাগী য়ায়ী অসি ইরম্মী।

মণিপুরগী বিষ্ণু।

মমাংঙৈ মণিপুর নিংথৌ বভ্রুবাহন্না শ্রীগোবিন্দদা মণিপুরদা লৈবিয়ু হায়জে, শ্রীগোবিন্দনা, হৌজিক ঐনা লৈবা ওমলোই মতুংদদি লৈরকপা য়াই। হৌজিক্তি সালচক্র অসি লৌরো পূজা তৌজো, ঐমক্তি নিংগু পিরম্মী। পূজা তৌহুনা পুন্সি লেনখরে। মাগী থারা থনমদবদগী নিংথৌ লৈত্রবদা, পোং লৈবাক্কগী লাক্কুনা মণিপুরদা নিংথৌ ওইরম্মী।

অহাম্বা পান্না নিংথৌ তৌখাংখু কৌই। অনিস্ুবদা পান্বা নিংথৌ তৌহাংখু কৌই। অহুম স্ুবদা পানবা নিংথৌ তৌহাং পে কৌই। অহুমস্ুবা নিংথৌ অসি মতম খর পালম্নগা, শ্রীবিষ্ণু অসি পুত্রগা পোং লৈবাক্তা লৈগ্রে। মতমনা মরুম ওইহুনা বিষ্ণু অসি পোং লৈবাক য়োবদা অহুমক মাংগ্রে, লোংথরে। দ্বাপুর যুগ লোইরে, কলি হোরে।

মণিপুরদা নিংথৌ মথং-মথং পাল্লকপনা ক্যাম্বা মহারাজনা পাল্লে।

মতম অসি শ্রীধাম নবদ্বিপ্তা শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা অবতার তৌহনা নাম য়েল্লে, হরিধ্বনীনা কাওররুবদা, পোং লৈবাক্তা লৈবা বিষ্ণুনা, মণিপুরদা লেংলগে নিংহনা, মিপা অমনা য়োৎপাক তৌবদা থেংনহনা পোং নিংথৌদা পিররে, নিংথৌনা ফুরী খোংনরুবদা মশাদা লাইথুং ওইথ্রহনা কপ্লে। মসংদা ইবুংঙো লেংঙক্নুনা, ঐহাক মণিপুরগী লাইনি ইমিং বিষ্ণু কৌই। ঐবু মণিপুর নিংথৌদা লাৎহল্লু তাকপিরম্মী। অহনা বিষ্ণুবু ফিনা য়োমহনা পুররুগা, ক্যাম্বা নিংথৌদা শিন্নরবনি।

ফরে হায়হনা নিংথৌনা লৌরে। পোং নিংথৌ হনথরে পূজাদি হংহৌদরে। ফুরা অমা শাহনা বিষ্ণু থমথরে। পূজাদি তৌদে অহুগী তুংদা নিংথৌ নারে, মাইবনা লাইনা খংত্রে শিব তারে। ষানরহনা মহারাণী পাত্র মন্ত্রি তান্নে।

## মণিপুর বিষ্ণু পূজা

পোং নিংথৌনা তারুম্বা বিষ্ণু পূজাবু থন্নয়ে। বিষ্ণু পূজা হায়বা অসি করম তৌবনো থন্নবদা, (পাত্র) অঙম্বা অমনা হাই ব্রাহ্মণনা তৌগদবনি ষারী অসি মমাংঙৈদা তাহৌই, অহুদা ময়াম্না ফরে ফরে হাইনরে। ব্রাহ্মণদি কদাইদা লৈবগে থন্নে। অমনা হায়রকই থুরাই লাইরিকয়েংবম লৈকায়দা লৈ; অহুদি কৌরুরো হায়হনা নিংথৌ সেনবা থারে, পাঙ অসি তাবদা ব্রাহ্মণ লোৎপ্রে। ব্রাহ্মণনা লোৎপগী মরমদিঃ মখোয়না লৈরুবা দেশ অহুদা নিংথৌ অমগা নিংথৌ অমগা লান য়ান্নে। অহ উবদা কিহনা মণিপুরদা চেল্লকপনি, অহুদা অমুক্তা নিংথৌনা থিরে পাও তাবদগী চেকশিন্না লোৎখরে।

মতম অহুদা লৈবা ব্রাহ্মণ ৬ নি মহুদি — (১) গঙ্গারাম শর্ম্ম। (২) দামুদোর শর্ম্ম। (৩) হারিবিত্তালঙ্কার শর্ম্ম। (৪) পরমানন্দ শর্ম্ম। (৫) গুবিনরায়ণ শর্ম্ম। (৬) রাঙাচরণ শর্ম্ম অসিনি।

মিংথৌ সেনবা মী কয়ানা অহিং মুংথিল নাইদনা থিবদা ব্রাহ্মণ ফংড্রে। নোংমদি শুবিনরায়ন শর্ম্ম ইম্ফাল তুরেলদা য়াচংবদা ইরুবৈ। মতম অদুদা নিংথৌ মনাইনা উবে, সন্ধ্যা য়াচংবদা ইরুবা অসিদি ব্রাহ্মণনি খংলতুনা ফারসি হায়রনরে। মী অনি-অহুম চংদুনা ফারে, ব্রাহ্মণনা কিবদগী মশা নিকনা ফিভম কায়না জীব কল্লু, থরাই কল্লু লাউই! ময়াম্না হায় হেং ব্রাহ্মণ হাংকদবা নত্তে কিগনু হায়দুনা লুনা তৌরদুনা, কোনুংদা পুরক্লে ব্রাহ্মণ উবদা নিংথৌ প্রজা হরাওনরে। নিংথৌনা হংই কবি জাতিনো? ধর্ম্মনা কবি চংলি? ব্রাহ্মণনা খুম্মি ঐদি গৌরিয়া ব্রাহ্মণনি। ঐগী কুল দেবতানা শ্রীবিষ্ণুনি, বিষ্ণু পূজা নত্তনা অত্তে তৌজদে।

অদু তাবদা নিংথৌ প্রজা হরাওনদুনা শ্রীবিষ্ণুনা পিবিরবনি হায়নরে। নিংথৌনা হাই হে ব্রাহ্মণ নংবু ফাম্বিবসে শ্রীবিষ্ণুগী পূজাগী দমকনি পূজা হায়বদু করম তৌবগে?

অদু তাবদা কিবা করদুনা নিংথৌদা হংগংলি। হে মহারাজ বিষ্ণু পূজাগী মরমদি তুলসি মনানে, মনম মুংশিবা চন্দননে, লৈনে, থোইদিংনে, চেং খুংনা খোকপনে, অদুগা (ষোড়শ পূজা) পূজা মথন ১৬ অদুগা অওম্বা পূজা কংকদবনি। অদুগা য়াম্না কংপা য়াই, ভমজবা থরদং কংলবসু দোষ লৈতে। সঙ্গোমক্কীর কংকদবনি, মোইবুংনে, শরিকনে, পুংনে, করতাননে অসিনা সংকীর্ত্তন কংকনি। দণ্ডবত তৌনা খুরুমগনি।

অসিনচিংবা পূজাগী থৌরম কয়া হায়রবদা ক্যাম্বা নিংথৌনা শ্রীবিষ্ণুবু শুবিনরায়ন শর্ম্মনা সেবা তৌদুনা পুক্লিং চংনা পূজা তৌদুনা খুরুমজখি। মতম অদুদা বাঙ্গলা দেশদগী লান চেল্লকপা বাঙ্গালী মচা মী অহুম লৈরম্মী। অহুম অসিনা পূজাগী মতমদা পুং য়ৈবা ইশৈ হনবা ইশৈ খুম্বা তৌদুনা আরাতি কংলি। ক্ষীর মহাপ্রসাদি ফংবদা নিংথৌ নাবা ফরে।

অতুদগী হৌনা নিতিগী সন্ধ্যা আরাতি লেপ্তুনা তৌখি। মমৈদদি মী য়ামশিল্লক্লে সংকীর্ত্তন পালা মপুং ফারক্লে। মতুবু বঙ্গদেশগী মীনা হৌদোকপা পালানি হায়জুনা বংদেশ পালা হায়না খংনখি। য়াম্না লিরবা পালানি হায়জুনা অরিপালা হায়নসু কৌনৈ।

ব্রাহ্মণদি য়ুমনাক লৈতে ত্রি পর্ব্বদা চৎলি। অতুবু মণিপুরদদি ব্রাহ্মণ সু য়ুমনাক অমমম লোইনা থোম্নরকখি। ফুরাগী লাই লাংলি হায়-জুনা শুবীনরায়নগী শাগৈবু ফুরাইলাপম হায়না কৌনখি।

শুবীনরায়ন শর্ম্ম ফাখিবা মফম অতু, খুরাই লাইরিকয়েংবম লৈকায়দা হৌজিক ফাওবা বামোন হিদেন হায়না লৈরি। অসুম্না মৈদিংঙু ক্যাম্বগী মতমদা মণিপুরদা শ্রীবিষ্ণু লাৎপা হৌখি হায়বা রাফম অসি মণিপুর ইতিহাস লাইরিক্তা ইতুনা লৈ। হিন্দু ধর্ম্মগী মমি তাবা হৌরকখি, অতুবু তশেংনা হিন্দু ধর্ম্ম মপুং ফানা চৎপদি ভমখিদে।

হায়রিবা মতম অসি হৌজিক্কগী চহি ৫০০ (চামঙা) গী মতম অত্তরাইনি। হায়রিবা রাফমশিং অসি মৈতৈ ময়েক্না ইবা লাইরিক অরিবা পুয়াদা য়াওবা রাফমনি। থাইনগী মাইচৌশিংনা পুয়াদা ইরম্লীবা অসি অরানবা ওইরোই।

ময়মদি য়ুমনাক লৈতবা ব্রাণশিংবু মাগী মাগী থবকী মতুংইন্না য়ুমনাক শেম্বা, শুবীনরায়নগী শাগৈবু ফুরাইলাৎপম থোনবা। বামোন ফাখিবা মফমবু বামোন হিদেন কৌরিবা অসি মণিপুর ইতিহাস মৈতৈ পুরানগী অনিসুবা খণ্ডা য়াওরি। রাফম অসি ইতিহাস ইবা কবিনা থোকখিদবদা হেক্তা ইশিনবা নত্তে।

মত্তৌ অসুম্না মৈদিংঙু ক্যাম্বনা ফম্বাল তোংজুনা নিংথৌ ওইবা চহি ১৮ সুবা কুমদা চৈরাওবদা চৈথোবা হৌদোকখি। শকাব্দা ১৪০৫ সুবদা হিয়াংলোই কৌবা সুপা অমনা চৈরাওবদা চৈথোখি।

-- হিয়াংলোইনা চৈথাবা কুম অতুদগী হৌনা চৈথাবগী মমিং শোক্কা কোম্ননা ইতুনা থম্মি। কুম কুম অতুদা থোকখিবা থৌদোক রাথোক কয়াগা কোম্ননা সনা কোম্মুংগী পণ্ডিতশিংনা মৈতৈ ময়েক্কা ইতুনা থম্মি। অসুম্না ইশিন্না লাইরিকপু কংলৈ নিংথৌ চহি কৌই। ক্যাম্বগী মতমদা চৈথাবা হৌদোকখিবদগীদি চৈথারোন কুম্বাবা হায়না কৌপ্রে। হায়রিবা লাইরিক অসি সনা কোম্মুংগী পণ্ডিতশিংনা চহি খুদিংগী চৈথাবগী মমিং শোক্কা কোম্ননা থোকখিবা থৌদোক রাথোকসু য়াওনা ইশিন্দুনা থম্মিরম্মী। মতু হৌজিক ফাওবদসু সনা কোম্মুংগী পণ্ডিতশিংনা চহি খুদিংগী ইশিল্লি। মতুবু চৈথারোন কুম্বাবা কৌই।

অসুম্না নিংথৌ মথং মথং পাল্লকপনা পাখংবদগী হৌনা নিংথৌরোন ৫০ (য়াঙখৈ) সুবা চৈথারোম্না ২২৬ (চনিকুনতরুক) সুবা থোকাইজম খুনঙমনা চৈথাবা কুমদা মৈদিংঙু পামহৈবনা ফম্বান তোংই। মৈদিংঙু পামহৈবনা ফম্বান তোংবদগী চহি ১৬ সুরকপদা সান্তিদাস গোষাই লাক্কুনা রামান্দি ধর্ম্ম চৎপা হৌখি। পামহৈবগী মিং অমনা গরিবনিরাজ কৌখি। পামহৈবনা নোংগাপ্রবা মতুংদা হিন্দু ধর্ম্ম য়াম্না কনখৎলকখি। অতুগা গৌর ধর্ম্মনা য়াম্না কনখৎলকখিবদি শ্রীযুত ভাগ্যচন্দ্রগী সনা হাক্তক্তনি।

অতুগা শান্তদাশ গোষাই লাক্লিঙৈগী মমাংগী য়াম্না লিরবা মৈতৈ ময়েক্কা ইবা পুরাদা হায়রম্না রা লৈ মতুদি :— মুংগোইবীগা তাইবোংথোংগা অনিগী মরক্তা "য়াই" মণি কৌবা অমা লৈ, মাতু লৈ হায়বগীদমক মফম অসিবু মণিপুর কৌখি। অসুম্ন হায়না "সতিং সকোক" কৌবা পুয়াদা য়াওরি "সতিং সকোক" কৌবা পুয়া লাইরিক অসি সান্তিদাস গোষাই লাক্লিঙৈগী মমাংদা ইবা লাইরিক্তি।

লাইরিক অসি নৌনা অমুক শিন্দোল্লগা কোংখিবদি :— আর্কেলজিকেল বুলেতিন নম্বর ১। লৈখিদ্রবা শ্রীরাহেংবম য়ুমজাও সিংহনা ইবা খৃষ্টাব্দ ১৯৩৫ দা কোংখি।

"Near the Nungoibi and between Taibongthong there is a precious stone known as Mani on account of which the place is known as Manipur.

Archaeological Bulletin No. 1
by W. Yumjao Singh and
Published by
Manipur Government in 1935

অমুম্বা মৈতৈ পণ্ডিতশিংনা পুয়াদা ইহুনা থম্বিরম্মী। মসি ওইদবা ঔরানবা নত্তে। অহুনা হৌজিক তশেংনা ওইবা য়াবা মুবমদি মণিপুর অসি মহাভারতকী মতমদা গন্ধর্ব্ব লৈরম্মী। মথংদা দ্বাপুব যুগকী অরোইবদা পাণ্ডব অর্জুনগী মচা বভ্রুবাহননা মতম খরা নিংথৌ ওইরম্মী। মথংদা পোং লৈবাক্কী মীনা মতম থর নিংথৌ ওইহুনা লৈরম্মী। মথংদা নিংথৌ পান্দবা মরম ওইনা মতম খরু লৈরকে। মথংদা কলিযুগ্ হৌরকপাদা মৈদিংঙু নোংডা লাইরেন পাখংবনা নিংথৌ ওইহুনা পাংদগী মৈদিংঙু বোধচন্দ্র মহারাজ ফাওবদা মণিপুরগী নিংথৌ ৭৬ (হুমফু তরাগা-তরুক) নি। মসি মৈতৈ মরেক্না ইবা লাইরিক পুয়াদা অমদি "নিংথৌ চহিক" চৈথারোল কুম্পাবনচিংবা লাইরিকশিংদা মৈতৈ পণ্ডিতশিংনা ইহুনা থনমলিবা অসিনা অচুম্বা ওইগনি হায়বগী খুদমনি।

মতম মতমগী লোনমু রাজাংমু ধর্ম্মসু হায়গা মায়রক্কবা হোং-দোক্লকপা অসিদি তাইরংমীগী হৌনশানি। হায়বদি অহান্নদা গন্ধর্ব্ব লৈরম্মী, মথংদা পোং লৈবাক্কী মীনা পাল্লরে। জাতি অনি অসি লোন তিংদে ধর্ম্মসু তোঙানবা অহুনা মানা মানা পাম্বা মতমদা মশা মশাগী ধর্ম্ম চৎপা মশানা তাবনি।

ত্রেতা যুগতা শ্রীলঙ্কাদা রাবণ হিংচাবগী থারা হিংচাবা লৈরম্মি, অহুবু হৌজিক শ্রীলঙ্কাদা লৈরিবা মীওইশিং অসি মহৌশাগী হিংচাবশিং অহুংগী থারা চাদা নাওদা অমত্তা নত্তে। অহুনা মতম মতমগী মীশক অহুগী ধর্ম্ম লোন হোংবা তাবনি। শম্মা হায়রবদা মৈতৈনা লৈরম্বা

ইংখোল অমা মচা খারা পান্দবদগী মশ্যা শিগ্রবদা ইংখোল অহু লমহাং ওইরে। মতম অমদা অমুক চীংদগী চীংমী লৈররো, নত্রগা পাঙল লৈররো, অকোনবা লৈররিবা মীওই অহুনা মফম অসি মৈতৈনা লৈরম্বা ইংখোলনি হায়হুনা মৈতৈগী শাজং ধর্ম্ম চংকদবা নত্তে।

অহুনা পাঙন্না লৈবা মতমদা মাগী ধর্ম্ম লমচং শাজং চংপা তাবনি। ইংখোল অহুদা হাওনা অমুক লৈররগস্থ মাগী লমচং ধর্ম্ম চংচবা তাবনি। মৈতৈনা মৈতৈগী ধর্ম্ম লমচং শাজং চংচবা তাবনি।

মরম অসিনা মণিপুর অসিদা মতম মতম অহুদা পান্না মীওইশিং অহুগী মাগী মাগী মনাংকী ওইবা ধর্ম্ম লমচং শাজং চংচবনি।

মণিপুরদা গন্ধর্ব্বনা পান্না মতমদা মনাংকী ওইবা ধর্ম্ম লমচং অমা চংচরমগনি। পোং লৈবাকী মীনা পান্না মতমদা মখোয়গী তোঙানবা ধর্ম্ম অমা চংচরমগনি। মৈতৈ নিংথৌনা পানবা মতমদা মৈতৈ ঐখোয়গী লাইনিং লাইশোন ধর্ম্মহু চংচরকখি।

অহুগা মতমগী য়াওন মতুং ইন্না অনৌবা ধর্ম্ম লৌনরকপা, য়াঙাং শাঙাং লোন্দা পুদা থৈথরকপা, ধর্ম্ম লমচং শাজং মান্নরকবা অসি মতমগী য়াওন মতুং ইন্না অওনবা হেক হেক লাকপা অসিদি তাইবংমীগী ভোকফত্রবা হৌনশানি।

মণিপুরদা ক্যাম্বা নিংথৌগী মতমদা বিষ্ণু লাংপা হৌখি। মথংদা পামহৈবা নিংথৌগী মতমদা রামান্দি ধর্ম্ম চংখি। মথংদা কৃষ্ণভক্তি য়াম্না কনথংলকখি। মথংদা কার্ত্তা মহারাজগী মতমদা গৌর ধর্ম্ম য়াম্না কন্না চংলকখি। হৌজিক অমুক অনৌবা মৈতৈ লাইনিং চংপা, গৌর ধর্ম্ম নত্তবা কাংলুপ অমা অমুক থোরক্লি। মসি মতমগী য়াওল্লি, মতমগী য়াওন মুমিং থানা লৈরিবা মখৈ তস্তনা ওন্নকখিগনি।

## লোনগী মতাং

অহুগ' মীওইবগী লোন হায়বা অসি মতম কুইরগা অসুম অসুম থেংরক্তুনা হান্নগা মান্নরক্কে হোংদোক্লকই। মসিবু কনানা শেমলুবা ইনশিনলুবা নত্তে মতমগী খোংচৎ মতুং ইন্না মতোমদা ওনজরকপা য়াওননি।

খুদম ওইনা হায়রবদা ঐখোয়গী মণিপুরগী মৈতৈ লোন্দা থাইনগী ইপা ইপুশিংনা শিজিন্নরম্না রাহৈদি :— ম্নুংবু=থৌহু, ঈশিংবু=লাইজ, যীবু=চবৈ, ঙাবু=লেমলৈ, লিনবু=তাংজ, হৈবু=তাওজিং, চাকপু=তবা, নম্বীবু=য়ংদৌ, চীংবু লোইবী অসিনচিংবা রাহৈ কয়া শিজিন্নরম্মী। রাহৈশিং অসি হৌজিক কনা অমত্তনা শিজিন্নখিদবে। অরিবা রাহৈশিং অসি সুমংলিলাদা, নিংথৌরোনগী লিলাদা, মোইরাং কংলেরোন লিলা শান্নবগুম্বদা মরক মরক্তা অরিবা রাহৈশিং অসি য়াওবা থেংনৈ। লিলা ড্রামাদা তাধা ফংবা নত্তনা হৌজিক হৌজিক মৈতৈগী য়ুম খুদিংদা অরিবা রাহৈশিং অসি তাবা ফংদে। মসিবু কনা অমত্তনা থিংঙুবা তৌদনা মতমগী য়াওন মতুং ইন্না মতোমনত্তা ওনজরকখি।

> ইমোম্না খোঙদোইরকপদি করি য়ারাগীনো?
> রাংলেন তম্না ঙাইখিয়ো নশানৌগা তবা চিন্দম্মীনৌ
> লোইবীগী য়াংদৌ লম্মখাং পাম্বা ময়োক্লরকখি।

মথক্কী রাহৈ পরেং অহুম অসি মৈতৈ লোন্নি, অসিগুম্বা লোন্দাসি হৌজিক্কী মতমদা কনা অমত্তনা শিজিন্নখিদরে। মসিবু কনানা থিংবদগী তোকপ্লিবনো? কনানসু থিংঙুবা তৌদনা মতমগী য়াওন্না মতোমদা ওনজরকখিবনি।

মতমগী য়াওন কনানা থিংবা তৌবদে, কনানা শেন্নবা তৌদনা মতোমদা ওইজরকই। মহৌশা ঙাংনরক্পা রাহৈ তোক্লখিহুনা অনৌ অনৌবা রাহৈ য়ানশিন্নদুনা শিজিন্নরকই।

নাইরিক লাইস্নু হৈজব্রবী কনাগুম্বী অমনস্নু মচাদা রা ঙাংবা মতমদা— "কৈদৌবগে ইবেন্মা" নুমিৎনা অা— —মৈধ্যান য়ৌরবা ফাওবা আলে জালে তৌহ্না অসুম লৈবশিবো, লাইমা ভাব তামন্দে নংখোয় অসি, রা য়াম্না ঙাংনগনুসি ইঙ্গিৎতা খংনসি।

হায়রিবা রাহৈশিং অসিদা ( মৈধ্যান ) ( আলে-জালে ) ( ভাব ) ( ইঙ্গিং ) রাহৈ মরি অসি মৈতৈলোন নত্তে। অদুবু অসিগুম্বা রাহৈ ময়াংগী লোন য়ানশিনবা অসি মণিপুরদা কয়ামুক ঙাংনরি। মসিবু কনানস্নু হনশিল্লুবা তৌদনা মতমগী য়াওন্না ওইরকখি।

ভাব তারব্রা? জ্ঞান অমা মশ্নি, বুদ্ধি ফৈ, দলিল ইয়ু, যাত্রা ফৈ, পাপ লৈতে, মহা পুন্যনি, ধর্ম্ম কায়গনু, ঈশ্বরদা, পুং বারো তাবদা, অসিনচিংবা রাহৈ কয়া মপান নাইদবামখৈ মণিপুরদা লৈরিবা মীওই খুদিংমক্না; চীংমী, তম্মী, মৈতৈ, পাঙল, নাগা, কুকিনচিংবা পুম্নমক্না মণিপুরী লোন ঙাংনবদা ময়াংগী লোন য়ানশিন্দুনা ঙাংবা চৎনরকখি।

—০-

# মণিপুর থিবা ২শুবা শরুক

অসিদস্থ নত্তনা হৌজিক হৌজিক ইংলিসকী ৱাহৈ য়ানশিন্দুনা কয়া অমা ঙাংনরক্লি। নৈতৈলোন ঙাংবদা ইংলিস য়ানগদবনি হায়বা কনানস্থ হায়দে, অদুবু ইংলিস য়ানশিন্দবা য়াদবা মরমস্থ লৈ।

মরমদি কণ্ডেক্টরকী থবক তৌরি, গাড়ি এক্সিডেন্ট থোকই, ডিসিপ্লিন লৈতবা, প্রাইভেট, তাউন, ড্রাইভর, পুলিস অসিনচিংবা মৈতৈলোন নত্তবা ইংলিসকী ৱাহৈ মশিং লাকঙমদনা হৌজিক মৈতৈ পাঙল হাও ময়াং পুন্নমক্না মৈতৈলোন ঙাংবা মতমদা হিন্দি ইংলিস বেঙ্গলীগী লোন য়ানশিন্দুনা ঙাংনরিবা অসিনি।

মসিবু কনানা মৈতৈলোন ঙাংবা মতমদা ইংলিস য়ানশিন্দবা য়াদে হায়দুনা ইনশিনলুবা তৌদে। অদুগা ইংলিস ময়েক মশক খংদবা অহল অমনস্থ ৱা ঙাংবদা ইংলিস য়াওই, য়াওদবস্থ য়াদে। মরমদি গাড়ি ড্রাইভরবু ড্রাইভর কৌবা তাবনি, ডাক্তরবু ডাক্তর হায়বা তাবনি। পুলিসপু পুলিস হায়বা তাবনি, মেনেজরবু মেনেজর হায়বা তাবনি। অদুনা মতমগী য়াওন মতুং ইন্না মুপা মুপী অঙাং অহল থাক্তনা ৱা ঙাংবা মতমদা ইংলিস য়াওনরক্লিবা অসিবু কনানা থিংলুনি। মতমগী য়াওন কনানস্থ থিংবা ঙমলোই।

মণিপুর ঐখোয়গী মৈতৈলোন থক্তগী ৱাস্থ নত্তে। দেশ খুদিংমক্কী লোন খুদিংমকস্থনি। আসামদা আসামী লোন ঙাংবা মতমদা বেঙ্গলী হিন্দি ১দি ইংলিস য়ানশিন্নগা ঙাংনরি। বেঙ্গোলদা বাঙ্গালী লোন্দা হিন্দি ইংলিস য়ান্নবা ঙাংই। মসি য়ানশিন্দবা য়াদ্রবা ৱাকন্নী।

মীওইবা ঐখোয়গী মতমগী য়াওন মতুং ইন্না ফিজেৎ, চাকচা, ৱাঙাং; লোন, ধর্ম্ম, লমচৎ শাজৎ লোইনা হোংদোক্লবা ঙাক্তনি।

কনাগুম্বা জাতি অমত্তনা মুকহোং হোংদনা লৈবা য়াওদে। ধর্ম্মগী মতাংদা হায়রগম্বু গৌতম বুদ্ধদেব পোক্লিঙৈদা বৌদ্ধ ধর্ম্ম লৈরমদে। শ্রীরাম পোক্লিঙৈদা রামান্দি ধর্ম্ম লৈরমদে। যিশুখৃষ্ট পোক্লিঙৈদা খৃষ্টান ধর্ম্ম লৈরমদে। গৌরাঙ্গ মহাপ্রভু পোক্লিঙৈদা গৌর ধর্ম্ম (বৈষ্ণব ধর্ম্ম) লৈরমদে। হায়রিবা মখোয়শিং অসি ঈশ্বরগী মশক্তি হায়বদি লাইনি। অহুনা মখোয়না মতম মতমগী ধর্ম্ম শন্দোকু্না মীওইবা জীবশিংগী ফননবা তৌবিরিবনি। মখোয়শিং অসিনা পোক্লিঙৈ মতমদম্বু তাইবংমীগী লমচৎ শাজৎ ধর্ম্ম কাংলুপ কাংলুপকী ওইবা অমমম লৈজরম্মী। ঈশ্বরনা মতমগী ধর্ম্ম শন্দোকলকপদা পামজবা মীনা হান্নগী ধর্ম্ম থাদোক্লগা অনৌবা ধর্ম্ম অহু লৌনরকপনি।

খুদম ওইনা হায়রবদা "ব্রহ্মদেশ" কবোগী মীওইশিংনা গৌতম বুদ্ধবু লাতুনা বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎলি। মখোয়না হান্নগী মপা মপুনা চৎলম্বা ধর্ম্ম থাদোক্লগা অনৌবা ওইনা বৌদ্ধ ধর্ম্ম লৌনখি।

## বুদ্ধদেব

বুদ্ধদেব ভারত্তা পোকপনি, মহাক খৃষ্ট পোকদবা চহি ৫৫৬ কী মমাংদা পোকই। অপোকপগী মিং শুদ্ধোদন কৌই মমাগী মিং মহামায়া কৌই। মহাক পোকপদগী নুমিৎ ৭ নি শুবদা মাগী মমা মহামায়া নোঙ্গাখি। অহান্নদা মাগী মমিং সিদ্ধার্থ কৌই, মিং অমনা শাক্য শাগৈদা পোকই হায়নহুনা সাক্যসিংহ কৌই। মহাকী পোক্লফম মতম অহুদা কীকটদেশ কৌই। মগদথ দেশদনি। হৌজিক্তা ভারতকী অরাং উত্তরপ্রদেশ বিহারগী মন্নুংদনি। •

( অভিধানগী লামাই ৯১২/৯১৩ দা )

বুদ্ধদেবগী পুন্সিগী রারী য়াম্না শাংই মহু লোইনা ইজদরে। অম্নুম্না বুদ্ধদেবনা ভারতকী মফম কয়াদা ধর্ম্ম শন্দোকখি। বুদ্ধদেবনা

থুপগ্রবা মতুংদা মাগী শিষ্যশিংনা ভারত্তা অমদি অতৈ দেশ কয়াদা ধর্ম্ম শন্দোরকখি, অদুবু বৌদ্ধ ধর্ম্ম ( বুদ্ধিজম ) হায়না কৌখি। ধর্ম্ম অসি ভারতকী দেশ কয়াদা শন্দোরকখি অদুবু মপুং ওইনা চংনখিদে। অপাম্বা মীওই কয়না ধর্ম্ম অসিনা কৈ খন্দুনা লৌনখিবসু য়াওই। ভারতবর্ষদদি হিন্দু ধর্ম্মনা হেন্না চংনরকখি। হৌজিকসু হিন্দু ধর্ম্মনা মপুং ওইনা চংনরি।

বৌদ্ধ ধর্ম্ম অসি মণিপুরদসু য়ৌরকখি। অদুবু মৈতৈ মচা কনা অমত্তনা লৌনখিদে। ধর্ম্ম অসিনা ভারত্তগী মণিপুর য়ৌরক্লগা মণিপুর ফাওদুনা চংপ্রগা ব্রহ্মাদেশদা মপুং ওইনা চংনখি। ব্রহ্মাদেশগী মীওই-শিংনা হায়রগী মপা মপুশিংনা চংনরম্বা ধর্ম্ম অদু থাদোক্লগা ভারত্তগী লাকপা বৌদ্ধ ধর্ম্মবু লৌখি। মখোয়না ধর্ম্ম অসি লৌবা মতমদা ভারত্তগী লাকপা ধর্ম্মনি ঐখোয়গী ইপা ইপুশিংনা চংলম্বা ধর্ম্ম নত্তে হায়দুনা লৎনখিবা তৌদে।

অসিগুম্না হৌজিক খৃষ্টান ধর্ম্ম চংনরিবা অসিসু যিশুখৃষ্ট পোক্লিবৈ মতমদা খৃষ্টান ধর্ম্ম লৈরমদে।

## যিশু খৃষ্ট

যিশু জুডিয়া কৌবা লমগী ন্যাজারেথ কৌবা খুঙ্গংদা মেরী কৌবী লৈশাবী অমনা মপা য়াওদনা পোকপনি। যিশুগী অকুপ্পা ম্নারী খৃষ্টানশী কাইবদদা শন্দোক্লা য়াওরি। মকম অসিদা ইজদরে।

যিশুনা চাউরক্লগা শন্দোকপা ধর্ম্মবু খৃষ্টান ধর্ম্ম হায়না কৌই। যিশুনা ভারত্তসু ধর্ম্ম শন্দোকপা য়ৌরকখি। অদুবু অপাম্বা মীওই খবদংনা লৌনখিবা য়াওই। ভারত মচা অয়াম্বদি খৃষ্টান ধর্ম্ম লৌন-খিদে। হৌজিক ঐখোয়গী মণিপুরদসু কনা কনাগুম্বনা খৃষ্টান ধর্ম্ম চংপা য়াওরক্লে। অদুনা হৌজিক খৃষ্টান ধর্ম্ম চংলিবা মীওইশিং অসিগীসু যিশু পোক্লিবৈদা মপা মপুগী লাইনিং লিচংকী ধর্ম্ম অমদি লৈজরম্মী। মদুবু থাদোক্লগা খৃষ্টান ধর্ম্ম অসি কোম্না চংলকখিবনি।

রাম নিংববু রামান্দি ধর্ম্ম, গৌতমগী ধর্ম্মবু বৌদ্ধ ধর্ম্ম (বুদ্ধিজম), যিশুগী ধর্ম্মবু খৃষ্টান ধর্ম্ম বেদগী মোত্ চৎপা কৃষ্ণ নিংববু হিন্দু ধর্ম্ম, চৈতন্যদেবগী ধর্ম্মবু গৌর ধর্ম্ম, মুসলমানশিংগী ধর্ম্মবু ইস্লাম ধর্ম্ম অসিনচিংবা ভারতা ধর্ম্ম কয়া লৈবি। মসিদগী হেন্না পৃথিবীদা লৈরিবা মীওইবা জাতী কাংলুপ কয়াগী ধর্ম্ম মথল ২ কয়া অমসুং লৈরি।

হায়রিবা ধর্ম্ম মথল ময়াম অসি ঈশ্বরনা তাইবংপান্দা (সংসার) শেমগ্রিঙৈগী মমাংদগী হায়না লৈরম্লবা নত্তে। অদুগা তাইবংপান্দা শেম্লক-পদা য়াওরকপা লোইনরকপসু নত্তে। ঈশ্বরনা তাইবংপান (সংসার) শেম্লবা মতুংদা তাইবংমী শেম্লে অদুগা মতুংদা মতম মতমগী ধর্ম্ম মথল মথল শেমলকখি, হায়বদি ঈশ্বরনা শায়োন্দুনা চৎকদবা ধর্ম্ম পুথোকপিদুনা শন্দোকপিরকখি। অদুগুম্বা ধর্ম্ম অদু মীওইবনা লৌরগা চৎনবকখি।

বেদনা মতমবু মরিথোক্না থাইদোকই মদুবু যুগ মরি কৌই। যুগ খুদিংগী লমচৎ শাজং লাইনিং লাইশোন, ধর্ম্ম কর্ম্ম, ফিজেৎ চাক্চা, রাভাং রাত্তা, মওং মতৌ মতমগী ওইনা অমত্তা মান্নদে! যুগ খুদিংগী মীওইবগী পুন্সি শাংবা তেন্না মান্নদে। মীওইবগী হকচাং চাওবা, পিকপা, নেম্বা রাংবা যুগ খুদিংগী মান্নদে। যুগ খুদিংগী মান্নদবগী রাফম অসি পত্রিকা লাইরিক্তা ১দি ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণচিংবা লাইবিক্তা য়াওরি। রাফম অসি কোন্না লাইরিক অসিগী অরোইবা ওইনা ইজরগে, হৌজিক মণিপুরগী রাফমদা হায়না ইজখিগে।

মণিপুর ইতিহাস লাইরিক্তা হায়বা রাফমদি :— মণিপুরদা দ্বাপুর যুগতা পান্বা নিংথৌ গন্ধর্ব্ব জাতিনি অদুবু হৌজিকী ঐখোয় মৈতৈ মচা অসি গন্ধর্ব্বগী থারা চার্দ-নাওদারা হায়বদি নত্তে।

মথংদা দ্বাপুর যুগকী অরোইবদা পাণ্ডব শাগৈগী বভ্রুবাহন্না পালম্মী। অদুবু ঐখোয় মৈতৈ মচাশিং অসি পাণ্ডবকী শাগৈ চাদা-নাওদাসু নত্তে।

# মণিপুরগী নিংথৌরোন

মথংদা পোং লৈবাকী মীনা মতম থর মণিপুরদা নিংথৌরোন ৩ পাললম্মী। অহুবু হৌজিক ঐখোয় মৈতৈ মচাশিং অসি পোংগী শাগে চাদা-নাওদাসু নত্তে।

হৌজিক কলি যুগ মতম অসিদা ঐখোয়গী মৈতৈ নিংথৌশিং অসি তশেংনা পাখংবগী ধারা চাদা-নাওদানি হায়না মণিপুর ইতিহাস লাইরিক্তা ময়েক শেংনা ইহুনা লৈরিবসিনা অচুম্বা ওইগনি।

মণিপুরদা গন্ধর্ব্বনা পাল্লিঙৈদা মখোয়গী জাতিগী লোন লমচৎ শাজৎ ফিজেৎ চাকচা তোঙান্না ধর্ম্ম অমা লৈজরমগনি। পোং লৈবাকী মীনা পান্না মতমদা মখোয়গী লোন লমচৎ শাজৎ তোঙানবা ধর্ম্ম অমা লৈজরম্মী।

পাখংবনা নিংথৌ ওইহুনা পান্নদগী মৈতৈ ঐখোয়গী লোন তোঙান্না লমচৎ শাজৎ ধর্ম্ম অমা লৈরকখি। মসি গন্ধর্ব্বগী লোন ধর্ম্ম নত্তে। পাণ্ডব শাগৈন চৎনরম্বা ধর্ম্মসু নত্তে লোনসু নত্তে। পোং লৈবাকী মীনা চৎলম্বা ধর্ম্মসু নত্তে লোনসু নত্তে।

হৌজিকী মৈতৈ ঐখোয়না চৎনরিবা ধর্ম্ম অসি তোঙাম্বা অমনি, লোনসু তোঙাম্বা অমনি। মসি ইহান হাম্বা নিংথৌ মৈদিংঙু নোংডা লাইরেন পাখংবদগী হৌরগা, নিংথৌ ৭ (তরেৎ) সুবা মৈদিংঙু নাওখম্বা ফাওবা অসি লাইগী শিংদা চল্লি! মতম অহুগী লমচৎ শাজৎ অহুবু লাইগী লিচৎ কৌই। মতম অহুদা ঙাংনরম্বা রাবু লাইরা কৌরে। অহুগুম্বা লাইরা অহু হৌজিকী মীরোন ঐখোয়না খংবা ঙমদ্রে। লাইরা অহু ওজা গুরু নাইনা তমদ্রবদি খংবা ঙম্মদ্রে। মথংদা নিংথৌরোন ৮ শুবা নাওফংবা নিংথৌদগী মী তারে মতম অহুগী লোন লিচৎ শাজৎ হান্নগা মওং মান্নদবা ওইরকখি।

অসুম্না নিংথৌরোন খুদিংগী লমচৎ শাজৎ রাঙাং লোন থর থর থৈরকপা হোংলকপনা পাখংবগী নিংথৌরোন ৩১ সুবা মৈদিংঙু কোং-য়াম্বনা পাম্নদগী লমচৎ শাজৎ ধর্ম্ম অনৌবা মওং অমা পুমহোং হোংখরে।

শম্না হায়রবদা হৌজিক ঐনা ভাংলিবা য়া 'লোন' অসি ইমা ইপানা ভাংবা য়াহে লোন অমুনি ইপানা ভাংবা লোন অমুসু ইপুনা ভাংবা অমুদগী তমহৌবনি। ইপুনা ভাংলম্বা লোনসু ইপু অমুবু পোকপা ইবুধৌনা ভাংলম্বা অমুনি। অমুবু হৌজিকগী চহি ১০০০ (লিশিং) গী মথক্তা লৈরম্বা ঐগী ইপুশিংগী পুকোক অমুনা ভাংলম্বা লোন্দি পুরোন খুদিংগী থৈথরকপনা হৌজিকদি য়াহে অমা কাওবা য়াওদবগুম লৈরে। অসুম্না মতমগী য়াওন মতুং ইন্না অওনবা অসি তঙনা লাকখি।

মতমগী য়াওন মতুং ইন্না লোনসু ধর্ম্মসু লমচৎ শাজৎ রাঙাং য়াম্না ফিজৎ চাকচা হিরম খুদিংমক নিংথৌরোন খুদিংগী থর থর অসুম থৈথরকপনা মমৈথংদা পুমহোং হোংবা ওইরকখি। অদুম্না ঐথোয়গী মণিপুরগী নিংথৌরোনশিংদা লাকখিবা অওনবা অদু শম্নপ্না মথাদা থম জরি।

## মণিপুরগী নিংথৌরোন

কলি যুগকী কুমশিং ৩১৩৫ (লিশিং অহুম চাম্রগা কুম্থ্রামঙা) শুবদা মৈদিংঙু নোংডা লাইরেন পাখংবনা নিংথৌ ওইবা হৌখি। কুম অদু খৃষ্টাব্দ ৩৩ সুবনি। শকাব্দদি হৌদ্রি চহি ৩৫ রাংলি।

১। পাখংবনা লাইম্না পান্নমুনা নিংথৌ ওইরকপদগী চহি ৪৫ সুরকপদা শকাব্দ অমা হৌই। মৈদিংঙু পাখংবনা কংলা ফম্বান্দা চহি ১২০ পালম্মে। খৃষ্টাব্দ ১৫৩ কাওবা, অমসুং শকাব্দনা ৭৫ কাওবা পালম্মী।

২। মথংদা শকাব্দা ৭৬ তা মৈদিংঙু খুয়োই তোমপোকনা নিংথৌ ওইরে। মাগী হাক্তক্তা পুং তিংহুনা য়ৈবা হৌখি। চহি ১১০ পালম্মী।

৩। মথংদা শকাব্দা ১৮৬ তা মৈদিংঙু তাওথিংমাংনা নিংথৌ ওইরে। মহাক্কী মতমদা য়োইমোম্বগা লোয়নদুনা মণিপুরগী তুরেন কয়া তৌথখি। মহাকনা চহি ১০০ পালম্মী।

৪। মথংদা শকাব্দা ২৮৬ তা মৈদিংঙু খুইনিংঙোনবনা নিংথৌ ওইরে। মহাক চহি ১৫ নিংথৌ ওইরম্মে।

৫। মথংদা শকাব্দা ৩০১ দা মৈদিংঙু পেংশিবনা নিংথৌ ওইএ। মহাকস্থ চহি ১৫ নিংথৌ ওইরম্মে।

৬। মথংদা মৈদিংঙু কাওথংবনা শকাব্দা ৬১৬ তা নিংথৌ ওইরে। মহাক চহি ১৭ পালম্মী।

৭। মথংদা শকাব্দা ৩৩৩ দা মৈদিংঙু নাওখম্বনা নিংথৌ ওইরে। মহাক চহি ১৭ পালম্মী। অসি ফাওবা অসি লাইগী শিংদা চল্লি। মখোয় ৭ অসি মাংখিবা শিখিবা মফম থংদে, মালেমদা মখোয় ৭ অসিগী মংলেন লৈতে। মরম অসিনা মখোয় ৭ অসি লাইনি হায়না মণিপুরগী ইতিহাস লাইরিক্তা হায়রি।

৮। মথংদা শকাব্দা ৩৫০ দা মৈদিংঙু নাওকংবনা নিংথৌ ওইএ। মসিদগী মী তারে; কাইরৈমাগা ময়েংবম য়াওরৈবা চন্নুগা অনি অসি পান্নদুনা কাইরৈমানা সমৈরাং পোকএ। অদুগা য়াওরৈবনা থমংলাং পোকএ, নাওকংবনা কংলা ফম্বান্দা চহি ৯০ পালম্মে।

৯। মথংদা শকাব্দা ৪৪০ দা মৈদিংঙু সমৈরাংনা নিংথৌ ওইরে। অদুগা থমংলাংনা এংখোম নিংথৌজাগী মুয়াক তাবা হৌখিয়ে। সমৈরাংনা চহি ৫০ পালম্মে।

১০। মথংদা শকাব্দা ৪৯০ দা মৈদিংঙু উরাকোন্থৌবনা নিংথৌ ওইরে। মহাক্না চহি ৯০ পালম্মে।

( উরাকোন্থৌবগী মথংদা চহি ৫ নিংথৌ পান্দে )।

১১। মথংদা শকাব্দা ৫৮৫ দা মৈদিংঙু নাওথিংখোংনা নিংথৌ ওইরে। মহাকথক্তা পোং নিংথৌগী মনাও সামলুংনা অপোং ইংখোন্দা চহি ১০ লৈরম্মে। নাওথিংখোংনা চহি ১০০ পালম্মে।

১২। মথংদা শকাব্দা ৬৮৫ দা মৈদিংঙু খোংতেকচানা নিংথৌ ওইএ। মহাকথক্তা ফমদৌ ৬৪ গা শা তাল্লুবদা ঙম্না লাইনা লৌহুনা ঈশিংদা শিখি। লোং পাইবা অমতং হিংহুনা মাগী ধারা মখৈ লোংজম ওইখি। খোংতেকচানা চহি ১০ পালম্মী।

( খোংতেকচাগী মথংদা চহি ১১ নিংথৌ পান্দে। )

১৩। মথংদা শকাব্দা ৭০৬ তা মৈদিংঙু কৈরেনচানা নিংথৌ ওইরে। কৈরেনচানা চহি ১৫ পালম্মী।

১৪। মথংদা শকাব্দা ৭২১ দা মৈদিংঙু য়ারাবনা নিংথৌ ওইরে। য়ারাবনা চহি ২২ পালম্মী।

১৫। মথংদা শকাব্দা ৭৪৩ দা মৈদিংঙু অয়াংবনা নিংথৌ ওই। মহাকথক্তা অয়াংপল্লি থোলম্মে। অয়াংবনা চহি ৮৯ পালম্মে।

১৬। মথংদা শকাব্দা ৮৩২ দা মৈদিংঙু নিংথৌচেংনা নিংথৌ ওইরে। মহাক্না হাওগৈদা লান্দারুই, যণ, ওক্ য়াম্না খোমলকখি। চহি ৩৯ পালম্মী।

১৭। মথংদা শকাব্দা ৮৭১ দা চেংলৈ ইপান লান্থাবনা নিংথৌ ওইরে। মহাকথক্তা লুরাংয়িদা হি তোংলকপা লুরাংগী মখৈ ঙম্না ফারকই। চেংলৈ ইপান লান্থাবনা চহি ২০ পালম্মী।

১৮। মথংদা শকাব্দা ৮৯১ দা মৈদিংঙু য়াংলৌ কৈফাবনা নিংথৌ ওইএ। মাগী হাকতক্তা লাংথবান্দগী কৈ কাইএ। অহুগা কনেক ফিবান্দা খোই লোনবা হৌদোকলমএ। য়াংলৌ কৈফাবনা চহি ১৫ পালম্মী।

১৯। মথংদা শকাব্দা ৯০৬ তা মৈদিংঙু ইরেংবনা নিংথৌ ওইরে। মহাকথক্তা ইথাইদা মোইরাংগা লান শোক্লবদা ঙমএ। ইরেংবনা চহি ৯০ পালম্মী।

২০। শকাব্দা ৯৯৬ তা মৈদিংঙু লোইয়ুম্বনা নিংথৌ ওইরে। মহাকথক্তা লাইগা মীগা লান্নুপ কামিন্নরম্বদগী মীনা লাকচল্লনা লাইগী মখে মাংখরে। মীদনা শিলহৌরে পানা ৩ থোক্লা লান্নুপ কারে।

লোইয়ুম্বনা নিংথৌ ওইবা মতমদা ঔগ্রিহঙ্গেল শক্পা হৌরোকই। অতুগা মোইরাংগী খম্বা থোইবী পোকপম্ব মৈতৈ নিংথৌ লোইয়ুম্বগী মতমদনি হায়না শ্রীশ্রীহরিসঙ্কীর্ত্তণ কৌবা লাইরিকী লামাই ১৭ তা য়াওরি। লোইয়ুম্বনা চহি ৪৮ পালম্মী।

২১। শকাব্দা ১০৪৪ দা মৈদিংঙু লোইতোংবনা নিংথৌ ওইরে। মাগী হাকতক্তা কাং শান্নবা হৌএ। লোইতোংবনা চহি ২৮ পালম্মী।

২২। শকাব্দা ১০৭২ দা মৈদিংঙু অতোম য়োইরেম্বনা নিংথৌ ওইরে। মনাওনা তাম্বোক্তনা খুমন্দা চেনখিয়ে। মহাক চহি ১৩ পালম্মী।

২৩। শকাব্দা ১০৮৫ দা মৈদিংঙু ইরানথাবনা নিংথৌ ওইরে। মাগী হাকতক্তা খুমনগা লান শোক্লখি, ঙমএ। মহাক চহি ৩২ পালম্মী।

২৪। শকাব্দা ১১১৭ তা মৈদিংঙু থরানথাবনা নিংথৌ ওইরে। মহাকথক্তা লান য়াম্না থৈংনৈ মানা লোইনা ঙম্মী। চহি ৩৬ পালম্মী।

২৫। শকাব্দা ১১৫৩ দা মৈদিংঙু চিংথাং লান্থাবনা নিংথৌ ওইরে। মান খুমনগা লান শোক্কে, ঙম্মী। কামুদা লান শোক্কে মানা ঙম্মী। চহি ১১ পালম্মী।

২৬। শকাব্দা ১১৬৪ মৈদিংঙু থিংবাই শেলহোংবনা নিংথৌ ওইএ। মহাক্না চহি ৫ পালম্মী।

২৭। ১১৬৯ দা মৈদিংঙু পুরানথাবনা নিংথৌ ওইএ। মহাক্না খুমনগা লান শোক্কে, লান ঙম্মী। মহাক্না চহি ১৬ পানখি।

২৮। শকাব্দা ১১৮৫ দা মৈদিংঙু খুমোম্বনা নিংথৌ ওইরে। থাঙ্গালগা লান তৌনৈ হাওখুন ঙম্মি। কবোগম্ভ লান তৌনৈ মৈতৈনা ঙম্মি। খুমোম্বনা ফম্বান্দা চহি ১৫ পালম্মী।

২৯। শকাব্দা ১২০০ দা মৈদিংঙু মোইরাম্ব নিংথৌ ওইরে। খুমনগা লান শোক্লৈ লান ঙম্মী। মোইরাম্বনা চহি ২৪ পালম্মী।

৩০। শকাব্দা ১২২৪ দা মৈদিংঙু থংবী লান্থাবনা নিংথৌ ওইরে মরিং নাই ঙম্মী। মোইরাংগম্ভ লান শোক্লৈ, ঙম্মী। মহাক চহি ২২ পালম্মী।

৩১। শকাব্দা ১২৪৬ তা মৈদিংঙু কোংয়াম্বনা নিংথৌ ওইরে। ময়াংনা লান হৌরকই মৈতৈনা ঙম্মী। কোংয়াম্বনা চহি ১১ পালম্মী।

৩২। শকাব্দা ১২৫৭ তা মৈদিংঙু তেলহৈবনা নিংথৌ ওইরে। মহাক-থক্তা চিংমীগা লান শোক্লৈ, ঙম্মী। তেলহৈবনা চহি ২০ পালম্মী।

৩৩। শকাব্দা ১২৭৭ তা মৈদিংঙু তোনাবনা নিংথৌ ওই। চহি ৫ পালম্মী।

৩৪। শকাব্দা ১২৮১ দা মৈদিংঙু তবুংবনা নিংথৌ ওইরে। অরাং হাও চিংশোং নিংথৌনা হাংখি, লান্দা শিখি। চহি ৩৫ পালম্মে।

৩৫। শকাব্দা ১৩১৬ তা মৈদিংঙু লাইরেম্বনা নিংথৌ ওইরে। চহি ৫ পালম্মী। (মাগী মথংদা চহি ৫ নিংথৌ পান্দে।)

৩৬। শকাব্দা ১৩২৬ তা মৈদিংঙু পুনসিবনা নিংথৌ ওইরে। মানা থাঙ্গা, মোইরাং, চীংমীগম্ভ লান য়াম্না শোক্লৈ, লোইনা ঙম্মী। চহি ২৮ পালম্মী।

৩৭। শকাব্দা ১৩৫৪দা মৈদিংঙু নিংথৌম্বনা নিংথৌ ওইরে। মোইরাংগা লান শোক্লৈ; ঙম্মি। শকাব্দা ১৩৬৫ দা ক্যাম্বা পোকই। ক্যাম্বা পোকপা কুমদা নিংথৌখোম্বা অকলাদা লান চৎলি, ঙমলকই। শকাব্দা ১৩৮৯ দা নিংথৌখোম্বা নোঙ্গাখি। ফম্বান্দা চহি ৩৫ পালম্মী।

৩৮। শকাব্দা ১৩৮৯ দা মৈদিংঙু ক্যাম্বনা মশাগী চহি ২৪ দা কংলা ফম্বান তোংই। কবোদা লান চৎলি, লান ঙম্মী। শকাব্দা ১৩৯২ দা পোংগী নিংথৌ চৌফা খেক খোম্বাগা লম য়েন্নখি। কুম অতুদা লমক্যাম্বা পোকই। শকাব্দা ১৩০৬ তা চৈরাওবদা চৈথাবা হৌই। চৈথাবগী মমিং হিয়াংলোই কৌই। শকাব্দা ১৪১০ দা কোইবেম্বা পোকই। মৈদিংঙু ক্যাম্বগী হাকতা শ্রী বিষ্ণু লাৎপা হৌখি, হিন্দু ধর্মগী মমী তাবা হৌরকখি। মৈদিংঙু ক্যাম্বা মশাগী চহী ৬৭ সুবদা শকাব্দনা ১৪৩০ দা নোঙ্গাখি। ফম্বান্দা চহি ৪১ পালম্মী।

৩৯। শকাব্দা ১৪৩০ দা মৈদিংঙু কোইবেম্বনা মশাগী চহি ২০ সুবদা নিংথৌ ওই। চহি ৪ পালম্মী মশাগী চহী ২৪ দা নোঙ্গাখি।

৪০। শকাব্দা ১৪৩৪ দা লমক্যাম্বনা নিংথৌ ওইবে। শকাব্দা ১৪৩৬ তা নোংইনফাবা পোকই। শকাব্দা ১৪৩৮ দা তাংজাম্বা পোকই। লমক্যাম্বা মশাগী চহি ৩৮ দা শকাব্দা ১৪৪৫ দা নোঙ্গাখি। চহি ১১ পালম্মী।

৪১। শকাব্দ ১৪৪৫ দা মৈদিংঙু নোংইনফাবনা মশাগী চহি ১০ সুবদা নিংথৌ ওই। অঙোপাম্বা ক্যাম্বনা তাথিহুনা নোংইনফাবা মমা মচাবু হাৎখি। নোংইনফাবা চহি অমা নিংথৌ ওইবম্মী।

৪২। শকাব্দ ১৪৪৬ তা মৈদিংঙু কবোম্বনা ফম্বান তোংই। শকাব্দা ১৪৫১ দা মৈতৈবৈমা সেবেম্বী লুহোংই। শক ১৪৫৩ দা লাইচৌ থোকখি। শক ১৪৬৩ দসু লাইচৌ থোকখি। কবোম্বা চহি ১৮ নিংথৌ ওইবম্মী। মশাগী চহী ২৪ দা নোঙ্গাখি।

৪৩। শকাব্দা ১৪৬৪ দা মৈদিংঙু তাংজাম্বনা মশাগী চহি ২৬ তা নিংথৌ ওইবে। মশাগী চহি ২৯ দা নোঙ্গাখি। চহি ৩ পালম্মী।

৪৪। শকাব্দা ১৪৬৭ তা মৈদিংঙু চলাম্বনা নিংথৌ ওইরে। মশাগী চহি ৩২ সুবদনি। শক ১৪৬৮ দা মুঙ্গল পোকই। শক ১৪৬৯

দা মুংয়াম্বা পোকই। শক ১৪৭৭ তা লৈশাংখোং ভৌই। মতুগী কুম অতুদা মুংশিং য়াম্না কন্না শিংখি। য়ুম কৈ তুম্না তেকখি। শক ১৪৮০ দা কৈথেল মুং চিংএ। চলাম্বা চহি ১৭ পালম্মী। মশাগী চহি ৪৮ সুবদা শকাব্দা ১৪৮৪ দা নোঙ্গাখি।

৪৫। শকাব্দা ১৪৮৩ দা মুংয়াম্বনা মশাগী চহি ১৮ দা ফম্বান তোংই। শকাব্দা ১৪৮৬ তা মৈদিংঙু মুংয়াম্বগা মৈতৈ লৈমা সেরেম্বীগনা মৈদিংঙু চলাম্বগীদমক (উক্রোং হোংবিএ)। শক ১৪৯৪ দা অতিয়াদা লাইরেন পাইএ। শক ১৪৯৮ দা খাগেম্বা পোকই। মুংয়াম্বনা মশাগী চহি ৫২ সুবদা শক ১৫১৯ দা নোঙ্গাখি। চহি ৩৫ নিংথৌ ওইরম্মী।

৪৬। শকাব্দা ১৫১৯ দা মৈদিংঙু খাগেম্বনা মশাগী চহি ২২ দা ফম্বান তোংই। মাগী হাক্তক্তা দোলাই ভোংবা হৌখি। কৈশাম ময়াংগী কুম শক ১৯২৭ তা মৈদিংঙু খাগেম্বনা দোলাই তোংবসু অতুঙৈ হৌএ। খাগেম্বগী হাক্তক্তা ময়াংগা লান শোক্লে মৈতৈনা ভম্মী। ময়াং লাম্নীদগী নোংমৈ শামুনচিংবা খুৎলাইগা কোম্বনা লাম্মী য়াম্না ফাহৌই। লাম্মী পাঙন মখৈ খুন ভাতুনা লৈহনখি। শগোল কাংজৈ শান্নবসু হৌখি। থাং শাবা, কোন শাবা, পেরে, পুং তোং, কাপৈ শাবা অমসুং ধোবীনচিংবা ময়াং লাম্নীদগী ফাহৌবা মণিপুরদা লৈখি। (সভী খোংনাংগী থৌদোক খাগেম্বগী হাক্তক্তা থোকখি।) শকাব্দা ১৫৩৮ দা মৈদিংঙু খাগেম্বনা মৈতৈ লাইরিক থোকহন্দুনা ভম্বা হৌখি। খোং কাংজৈ শান্নবসু শক ১৫৪৩ দা হৌখি। মৈদিংঙু খাগেম্বা মশাগী চহি ৭৬ সুবদা শাইরোম মিংশেংনা চৈথাবা কুম শক ১৫৭৪ দা ইঙেন থাগী লংমাইজিংদা শিখিয়ে। চহি ৫৫ পালম্মী।

৪৭। শকাব্দা ১৫৭৪ দা মৈদিংঙু খুঞ্জাওবনা নিংথৌ ওইরে। শকাব্দা ১৫৮৬ তা লাংবন মেরা থা অনিদা থৌরানমিচাক মমৈ পান্না

থোকএ। থোনলাং নাত্থুনা মী য়াম্না শিএ। ( মী ৫৬ শিএ ) খুগ্গাওবা মশাগী চহি ৪৫ দা শকাব্দা ১৫৮৮ গী হিয়াঙ্গেগী ২৭ নি পান্না লৈবাকপোকপা মুমিত্তা নোঙ্গাখি। ফম্বান্দা চহি ১৫ পালম্মী।

৪৮। শকাব্দা ১৫৮৮ গীদা মৈদিংঙু পাইখোম্বনা রাকচিংগী ৫ নি পান্না ইরাই মুমিত্তা ফম্বান কাইএ। শক ১৫৯৫ দা ইঙাগী ৫ নি পান্না থাংজদা নিংথেম চরাইরোংবা পোকই। পাইখোম্বগী মতমদা শা-লান য়াম্না কল্লি। কৈ য়াম্না চল্লি, য়াম্মসু ফাই। মশাগী চহি ৫৩ দা শকাব্দা ১৬১৯ দা রাকচিংগী ২৮ নি শগোনসেন্দা নোঙ্গাখি। চহি ৩২ পালম্মী।

৪৯। শকাব্দা ১৬১৯ দা মৈদিংঙু চরাইরোংবনা মশাগী চহি ২৫ সুবা মতমদা ফম্বান ভোংই। মাগী হাক্তক্তা শা-লান য়াম্না থোকখি। কৈসু চংনা কয়া ফাখি! মশাগী চহি ৩৭ সুবা মতমদা শক ১৬৩১ গী ইঙেন থাগী ৭ নি পান্না নোংমাইজিং মুমিত্তা নোঙ্গাখি। চহি ১২ নিংথৌ ওইরম্মী।

## রামান্দি ধর্ম্ম

৫০। শকাব্দা ১৬৩১ দা মৈদিংঙু পামহৈবনা ( গরিবনিরাজ ) মশাগী চহি ২০ সুবদা থরান থাগী ২৩ নি পান্না য়ুমশাকৈশা মুমিত্তা ফম্বান কাই। মাগী হাক্তক্তা শক ১৬৪২ দা ইঙা থাদা নোংচুপলোমদগী গোষাই ১১ থোকলকখি। শকাব্দা ১৬৪৪ দা কালেনগী ৫ নি পান্না নিংথৌকাবদা কৃষ্ণগী কিয়োং ( লাইশং ) শাবা হৌএ। পামহৈবগী মতমদা হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা হৌরকখি। রাম নিংবা রামান্দি ধর্ম্ম চৎনবা হৌরকপদা পুরান মৈ থাত্থুনা রাথোক কয়া থোকখি।

শকাব্দা ১৬৪৫ দগী ওক্-য়েন লোইবা থিংখি। লমহেন্না মীওই রাকোংহনখি। শকাব্দা ১৬৪৮ দা য়েংকোকপম লেংহাননা চৈথাবা কুমদা নিংথেম পুত্রী ভৌখি। শকাব্দা ১৬৫১ দা ইশৈ শকপা, পেনা খোংবা হৌদোকখি।

নিংথৌসিগী মতমদা রাম নিংবা হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা হৌখি ১ম্নুং নিংথৌ প্রজা পুম্নমক (লুকুন) নগুণ থাংনখি। মতম অহুদা মৈতৈগী য়েক সলাইগী মতুং ইন্না গোত্র শেমখি। অমস্নুং মী শিরগা মৈ থাহুনা পোংলোইবা হৌদোকখি।

শকাব্দা ১৬৫৮ দা অমুক ময়াং নিংথৌগী গুরু ব্রহ্মচারী খোকলক্তুনা রামান্দি ধর্ম্ম চৎপা মৈতৈশিংবু রাকোংহনখি। উমংলাই ময়াম মহাবলি উমংদা কুমখি। মথংদা শকাব্দা ১৬৫৯ গী হিয়াঙ্গৈ থাদা নিংথৌ গরিবনিরাজনচিংবা মী ৩০০ (চহুম) অমুক হন্না নগুণ থাংখি।

শকাব্দা ১৬৬১ দা ইঙা থাগী ৫ নি পান্না শগোনসেনদা পরমানন্দ ধর্ম্মবু লৌনখি। (হায়বদি রামান্দি ধর্ম্ম নত্তবা কৃষ্ণ ভক্তি কৌবা ধর্ম্ম লৌনখি) রামান্দি ধর্ম্ম চৎপা মথৈ রাকোংহন্দুনা থিংখি। গৌর ধর্ম্ম চৎপা হৌরকখি।

মৈদিংঙু পামহৈবনা পানবা মতম শকাব্দা ১৬৬৩ দগী হৌনা চৈরাওবগী হুমিৎ থাবানগা কোন্নরা চৈথারোল কুম্বাবা লাইরিক্তা ইরমলে।

মৈদিংঙু ক্যাম্বগী মতমদগী হায়বদি হিয়াংলোইনা চৈথাবা হৌখিবদগীনা চৈথারোল মশিং ২৫৭ সুবা মোইরাং কোইরেংনা চৈথাবা কুম শকাব্দা ১৬৬২ ফাওবদি শোকা কোন্নরা চৈথাবগী মিংতমক ইরম্মী। হুমিৎকা থাবানগদি ইরমদে।

চৈথারোল ২৫৮ সুবা শকাব্দা ১৬৬৩ দগীদি চৈরাওখিবগী হুমিৎ ১দি থাবান য়াওনা মচা থায়না ইরমলে। মহুদি :—

কবো লাশোংগী কুম শক ১৬৬৩ শজিফু থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ২৪ নি নিংথৌকাবদা শজিফুগী পালোক ওইএ।

মথং চহিগী চৈথারোল ২৫৯ সুবদা-শুগ্ন্ ক্যাম্বগী কুম শক ১৬৬৪ শজিফু থাদি ইরাইনা হলএ। ৬ নি লৈবাকপোকপদা শজিফুগী পালোক ওইএ।

অস্থুম্না চৈরাওখিবগী মুমিৎকা থাবানগা কোম্বনা মচা খায়না চৈথারোল কুম্বাবা লাইরিক্তা ইবা হৌরকখি। মরম অসিনা ঐখোয়না খংলে মতুদি :—মণিপুরদা মৈতৈ ঐখোয়না চৈরাওরক-খিবা মুমিৎ অসি চহি খুদিংগী থাবান অমখক্তা চৈরাওরকখিদে। শজিফু থাগী পানখৎলকপদা অমুক, মথং চহিদা থায়াইদা অমুক, মথং চহিদা থামৈদা অমুক চৈরাওরকখি।

শকাব্দা ১৬৭০ দা কালেন থাগী ১০ নি পাম্বা মুমশাকৈশদা মহারাজনা মচা ইবুংঙো চিংশাইদা কম্বান শিন্নখি। মতম অতুদা নিংথৌমচা কাংবূ খরনা গৌরিয়া চৎচবা খিবিকপু য়াম্না তাথিনা ওৎ নৈতুনা লাক্লখি। মতম অতুদা গৌর ধর্ম্ম মপাঙ্গল শোলম্মী।

শকাব্দা ১৬৭৩ হিয়াঙ্গৈ থাদা গরিবনিরাজ নিংথৌনা অরাদগী হল্লকপদা নহাকপম থরোই, কৈক্রনবা হিদং, অয়াংহনবম হোংবা ইরোম লানচিংবা, মখোয় মরিনা লুমতুনা লৈরগা লোম্না নিংথৌগী থরাই মাংহনখি। পামহৈবা নিংথৌগী পুন্সি রারীদি য়াম্না শাংই লোইনা ইজত্রে। মশাগী চহি ৬৩ দা নোঙ্গাখি, চহি ৩৯ নিংথৌ ওইরম্মী।

৫১। শকাব্দা ১৬৭০ দা মৈদিংঙু চিংশাইনা নিংথৌ ওইরে। মাগী মতমদা নিংথৌ গরিবনিরাজনা চিংবা গৌরিয়া চৎপা মী কয়া তোনফাং হিগ্গাথেন মপান্দা হাৎখি। খুদক্তা য়ুহার হাখি। চিংশাই চহি ৪ পালম্মী।

৫২। শকাব্দা ১৬৭৪ দা মৈদিংঙু ভরত শাইনা নিংথৌ ওইরে। মাগী মতমদা আমন্ত শাইনা তোনফাং হিদেন্দগী মপা ইবুংঙোগী লুং লৌরুই শ্রাদ্ধ তৌরম্মী। ভরত শাইনা চহি অনি নিংথৌ ওইরম্মী।

৫৩। শকাব্দা ১৬৭৫ দা মৈদিংঙু মোয়াম্বনা হিয়াঙ্গৈ থাগী ২০ নি পানবা নিংথৌকাবদা ফম্বান কাখি। শক ১৬৮০ দা ঔরাগা অকনবা লান থেংনখি। ঔরানা ঙমহুনা ঔরা মুমিং ৯ নি লৈরম্মী। মোয়াম্বনা চহি ৬ নিংথৌ ওইরম্মী।

৫৪। শকাব্দা ১৬৮১ দা মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা শজিবুগী ৭ নি পাম্বা শগোনসেন মুমিত্তা থরানমিচাক পুষ্যানা পানবদা অখাম চন্দ্র মহারানিগা কংলাফম্বান তোংখি। মাগী হাকতক্তা শকাব্দা ১৬৮২ দা মৈতৈ লৈবাক্কী শক অমা লিংহুনা পাম্বী থোকএ। শক মহাক্তি ৯৭১ নে। সনা কোম্বুংগী পাজীবু লৌশান চাহনখি।

৫৫। শকাব্দা ১৬৮৩ দা ব্রহ্মচারিবু তাংখমদা মনাইনা হাংখি হায়হুনা কুম অহু চিংথংখোম্ব ফম্বান থাদোকখি। মহুদা মোয়াম্বনা অমুক হন্না নিংথৌ ওই। শকাব্দা ১৬৮৫ গী থুরান থাগী ২৯ নি পাম্বা লৈবাকপোকপদা মৈদিংঙু মোয়াম্বা নোঙ্গাখি। ফম্বান্দা পুম্না চহি ৭ পুরম্মী।

৫৬। শকাব্দা ১৬৮৫ দা মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা অমুক নিংথৌ ওইএ। শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী ইতিহাসদি য়াম্না চাওথ্রে মপুং ওইনা ইজররোই। শকাব্দা ১৬৮৬ তা ঔরাগী লানজাওদা নিংথৌ থাংবা ঙমদহুনা তেখাও লৈবাক য়োনা লানচেন্নগী রারী লৈখরে। নিংথৌনা শামু ফাবগী রারী লৈখরে।

শকাব্দা ১৬৯১ দা অরা লানগী ২ রক সুবা লাঞ্জাওদা ময়াং লৈবাক্তা মুমিং ২০ নি লৈরুবগী রারী ।।০।। শক ১৬৯৮ দা হিয়াঙ্গৈ থাগী ১২ নি পানবা ইরাই মুমিত্তা শ্রীগোবিন্দবু অভিষেক

ভৌতুনা সেবা হৌখিবগী ৱারী। শ্রীগোবিন্দদা জগোই ৱাস কতুনা মণিপুরগী জগোই রাস হৌদোকখিবগী ৱারী। মণিপুরগী সঙ্কীর্ত্তন পালা নটকী ঈশৈ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা হৌদোকপিরম্বনি।

শকাব্দা ১৭১৫ দা নিংথৌনা লৈবাকী অঙম্বা থৈবিকপু কংলাদা শ্রীমদ্ভাগবত তাহনখি। লাইরিক থিবা অমা, হায়বা অমা, ২ ফমি লাইরিক অসি শ্রীযুৎ কার্ত্তা মহারাজনা শ্রীগোবিন্দ নিরুপন তৌরবা মতুংদা হৌদোকখিবনি। মতুদা লাইরিক থিখিবা খুম্রাকপম দামুসিংহ, লাইরিক হায়খিবা শ্রীপুরশ্বম শেলুংবা ওঝা অনি অসিনা নিংথৌগী য়াথংদগী ইহান হাম্না পুথোকখি। শম্না হায়ববদা হৌজিক মণিপুরদা চৎনরিবা গৌরিয়া বৈষ্ণব ধর্ম্ম অসি কার্ত্তা মহারাজগী মতমদা হৌদোকলম্বা মক্তনি।

মণিপুরগী জগোই ৱাস সঙ্কীর্ত্তন অমসুং নট পালাগী মহাসঙ্কীর্ত্তন তৌরিবা অসিগুম্বা অসি পৃথিবীগী মফম অমদা লৈতে, শকলিবা ঈশৈশিং অসিসু লাইরিক্না লেংবা মত পুম্নমক য়েংলগা লাইগুম্ববা ওঝাশিং অতুনা অমুক সাধক সিদ্ধক হাপচিন্দুনা ভজন শরনি পণ্ঠদা শকলিবা, শারিবা জগোইনি মৈতৈগী নট কীর্ত্তনগী অসিদা তৌরমলিবা অসি শাস্ত্রগী মতুংইন্না তৌবা ঙাক্তনি। প্রমাণ লৈতবা ১সুং মপুকথোক্না তৌবা অমত্তা নত্তে। শ্রীশ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তনগী লামাই ২৩ দগীনা ২৮ ফাওবদা য়েংলগা খংগনি।

(অরিবা পালা)— গরিবনিৱাজ মহারাজনা অরিবা নট পালা হৌদোকখি। নট পালা অরিবসিবু বংদেশ পালা হায়না মিংথোনখিবগী ৱারী য়াম্না চাওনা লৈখ্রে। ঈশৈ হৌদোকপা ওঝাদি কোঙ্খৌজাম্বা ওঝানি হায়নৈ। পুংগী ওঝাদি ধনীরাম, ওঝা লাংলেনহবা, ওঝা কিতনা ৱাধা কীতনা রুপা ওঝা অসিনচিংবনা নট পালা অরিবা হৌদোকখি।

(নট পালা অনৌবা) — শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী স্না হাক্তক্তা নট পালা অনৌবা হৌদোকখি। মতুগী প্রমান শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা হৌদোকপিরম্বা রাস কীর্ত্তন্দা মহারাজনা পুং থোল্লুনা, পুং তুংইনবা

ঙাংবম ওঝা প্রেমানন্দ, মতোন ইবুংঙো ভৌত্রাম শাইনা ঈশৈ হল্লগা শ্রীধর শাইনা দুহার চত্নুনা রাস কীর্ত্তন নিপা পালা শকখি।

অসুম্না শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌববা মতুংদা নট পালা অনৌবা হৌদোকখি। ঈশৈগী রাগ রাগীনী হৌদোকখিবা ওঝা, অখাম ওঝা পুরেন রসানন্দ রাগ হৈবনা রাগ পুরুষ ৬। রাগীনী ৩৬ অসি ওঝা-সিনতা শেম্বনি।

রাজমেনগী চোলোম গঠন হৌদোক্লম্বা শ্রীহাওরোকচম ওঝা নুংশুং শোরোংখাইবম ওঝা শেংগুম্বা পুরেন অসিনচিংবা ওঝাশিংগী মমিং মানা মানা পুথোকলম্বা ছন্দ পুথোকলম্বা তান ওঝাশিংগী মমিংগা কোম্বনা লৈরি।

রাগ রাগীণী ময়াম অসিনা রস ৬৫ থোক্লা শেম্বদুনা মণিপুরগী ওঝা ৬৪ না ওঝা অমমমনা রস অমমম শকুদুনা শ্রীগোবিন্দদা রস ৬৪ গী ঈশৈ ওঝা ৬৪ না শকুনা কৎখি। ওঝা ৬৪ গী মিং ৬৪দু রসগা কোম্বনা লাইরিক্তা লৈরি।

মণিপুরগী জগোই জগোইরাস ঈশৈ নট পালা সঙ্কীর্ত্তননচিংবা অসি অতোপ্পা জাতিশিংদগী পুংতোপ তোপ্পা মওংনি: ঈশৈগী ময়েক্তি বেঙ্গোলী সংস্কৃতিদগী ওইদুনসু ঈশৈগী রাগ রাগীণী সা রি গম গী সুর ছন্দ তান পুংলোন চোলোম গঠন করতাল মরোলনচিংবা পুম্নমক অসিদি মণিপুর ঐখোয়গী ওঝাশিং শ্রীকৃষ্ণগী কৃপা ফংলবা লাইগুম্নবা ওঝাশিংনা শেমলম্বা তোপ তোপ্পা জগোই ঈশৈনি। সঙ্গিত মণ্ডলগী আধুনিকী ছন্দ সুর তান সা রি গমগী মওংগসু মাম্নদে। পৃথিবীগী কালাকার অতৈগা মাম্নদে, ময়াংনসু নট কীর্ত্তন জগোইরাস অসি হৈতে। মরম অসিনা ময়াংদগী তাম্নবসু নত্তে

তশেংনা হায়রবদা মণিপুর ঐখোয়গী পুং ঈশৈ জগোই নট সঙ্কীর্ত্তন অসি অতৈ জাতি অমদগী তমলুবা লৌরুবা নত্তনা মণিপুর গৌরধর্ম্ম চৎপশিংগী তশেংবা মপোৎ মরম্নি। মণিপুরদা লৈবা মী ওইদুনসু হায়রিব্বা ঈশৈ জগোইশিং অসি গৌরধর্ম্ম চত্তবা মীগীদি মহাক্কী শরুক য়াওদে মাগী মপোৎ নত্তে।

মরমদি মণিপুরদা থাইনদগী লৈরক্লবা মী ওইহুনস্থ গৌরধর্ম্ম চক্তবা খুরুখুল সেকমাই ফয়েংনচিংবা গৌরিয়া তৌদবা মখোয়শিং অসি নট সঙ্কীর্ত্তন পালা য়াওবা হৈতে। মরম অসিনা মণিপুব গৌরধর্ম্মগী তশেংবা মপোৎ মরম্নি।

গৌরধর্ম্ম চৎপা ওইহুনস্থ নোংচুপলোমগী ময়াংশিংগী বেঙ্গলিশিংগী মপোৎ মরনস্থ নত্তে। মরমদি ময়াং অমতনা নট সঙ্কীর্ত্তন পালা য়াওবা হৈতে ঙমদে। ময়াংনুপী অমতনা মণিপুরগী রাসগী জগোই য়াওবা হৈতে ঙমদে। মরম অসিনা মণিপুরগী পুং ঈশৈ জগোই অসিদি মণিপুর গৌরধর্ম্মগী মপোৎ মরন অশেংবনি।

মণিপুরদা লৈবা মীওইনা হান্না গৌরিয়া তৌদবা ওইরবস্থ পানা থোক্লনা গৌরধর্ম্ম চৎলবদি নট সঙ্কীর্ত্তনচিংবা পুং ঈশৈ জগোই মহাক্কীস্থ শক্লক অহুমমক য়াওবে। নট সঙ্কীর্ত্তন ঈশৈ অসি মৈতৈ গৌরধর্ম্মগী-দমক শেম্বনি। ঈশৈ অসি শকপা মফমদি শ্রীকৃষ্ণবু, শ্রীগৌরাঙ্গবু, শ্রী গোপালদেববু ইরাৎ পূজা তৌবা মফম, মনম মুংশিবা লৈ তুলসী পত্র ঘী বর্ত্তী মনম মুংশিবা ধুপ দ্বীপনা ইরাৎ পূজা তৌবা মফমদা নট সঙ্কীর্ত্তন অসি শক্লরকই।

তাইরেন মনানা পুংফাইনা লাংথৈ্রনা খোইরু থাংমৈনা ইরাৎ পুজা তৌবা মফম, উমংলাইগী মফমদা লাই হরাওবগী লাইফমদা নট সঙ্কীর্ত্তন ঈশৈ অসি শকপা শোন্না চংনরকখিদে। মরম অসিনা মণিপুরগী পুং ঈশৈ জগোই অসি মণিপুব গৌবধর্ম্মগী মপোৎ মরন অশেংবনি।

অস্থুম্না ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী স্না হাক্তক্তা ভাবতকী মনুংদা হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা কাংলুপ কয়াগী মনুংদগী মণিপুবগী গৌরিয়া বৈষ্ণব ধর্ম্মনা খ্বাইদগী থাক রাংবা অথোইবা, খ্বাইদগী ফজবা লু হেনবা অথোইবা ওইরি। হৌজিক ফাওবদস্থ মণিপুরগী জগোই ঈশৈনা ভারত অমদি পৃথিবীদা অথোইবা মিংচৎ ওইরি। মীরৈবাক মচাশিংনা মণিপুরগী গৌরিয়া বৈষ্ণব ধর্ম্মবু অথোইবা ধর্ম্মনি হায়না ইকাই খুম্নবা উৎলি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী পুন্সি রারিদি য়াম্না শাংই অতৈদি ইজদরে।

শকাব্দা ১৭২০ গী লাংবন থাগী ৩নি পাম্না ইরাই মুমিত্তা শ্রীলশ্রীযুক্ত মৈদিংঙু চিংথংখোম্বা ( ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ ) নোঙ্গাখি। শ্রীযুত কার্ত্তা মহারাজ ফম্বান্দা চহি ৪০ পালম্মী।

# শ্রীশ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তণ

অইবা— শ্রীকোঞ্জেংবম ধন সিংহ

পুং, ইশৈ, জগোই, রাস, নট পালাগী কীর্ত্তণ, লাই হরাওবা অমসুং ত্রাইবেলগী জগোইনচিংবা মণিপুর ১দি ভারতকী মফম পুম্নমক্তা শাল্লিবা জগোই শক্লিবা ইশৈ পুম্নমক অসিগী হৌরকফমদি মফম অমতদগী হৌরকপনি হায়রি। শ্রীশ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তণগী লামাই ২ দা।

ব্রহ্মানা স্বষ্ঠী লোইরবদা লাই পুম্নমক্না হায়জে; লাই ১সুং মী, ক্ষেত্রি, বৈশ্য শুদ্রনচিংবা পুম্নমক্না মুংঙাইবা য়াবা কুঙ্গো অমা শেম্বীয়ু। অসি হায়জরবদা ব্রহ্মানা নাট্য বেদ শেমই। পৃঃ ৩।

ব্রহ্মাগী নাট্য বেদ জগোইবু মচা ভরত্তা তম্বিহ্না ভরতনা অপ্সরাশিংগা লোইননা মহাদেবগী মমাংদা শাবা অহু উরগা মহাদেবনা উদ্ধ্যত কৌবা জগোই শাহ্না মনাই তণ্ডুদা তম্বী। মহু ভরতনা তণ্ডুদগী তম্নগা মুনিশিংদা তম্বীখি, মুণিশিংনা মহু ভারতত্তা মথং মথং শন্দোকখি। পৃঃ ৩।

পার্ব্বতীনা লাস্যগী জগোই শাখি। মহু বান নিংথৌগী মচানুপী উষাদা তম্বিখি। উষানা দ্বারিকাগী নুপীশিংদা তম্বিখি। দ্বারিকাগী নুপীশিংনা সৌরাষ্ট্রগী নুপীশিংদা তম্বীখি। সৌরাষ্ট্রগী নুপীশিংনা ভারতকী নুপীশিংদা তম্বীখি। অস্নুম্না মহাদেবগী তাণ্ডব জগোই পৃথিবীদা লাকখি। তাণ্ডব জগোই মখল ২ থোক্লা খায়দোক্কুনা পৃথিবীদা শন্দোকখি। দেশী জগোই কৌখি।

ব্রাহ্মনা হান্না পুথোকখিবা নাট্য বেদ জগোয় অহুদি স্বর্গগী লাইশিংনা শাখি মহুবু মার্গ কৌখি। পৃঃ ৪।

পার্ব্বতীনা তম্বীবা লাস্য জগোয়না নুপীশিংনা শারিবা জগোয় অসিনি। নুপাশিংনা শারিবা জগোয়না মহাদেবগী তাণ্ডব জগোয়নি। অম্নুম্না জগোয় অনি অসিনা পৃথিবীদা শন্দোকখি।

মণিপুর জগোয়।

মণিপুরগী অহানবা জগোয়দি লাই হরাওবনা হাল্লি। মহুগীসু প্রমাণগা লোইননা মখাদা খরদং ইজল্লি। পৃঃ ১৫।

মণিপুরগী অহান্না নিংথৌদি চিত্রবাহননি। মহাক্কী মমিং প্রভঞ্জনসু কৌই। নিংথৌ অসি উমাপতি মহাদেব পূজা তৌই। মহাদেবগী বরদগী চিত্রসেন পোকই। চিত্রসেন্না চিত্রাঙ্গদা পোকই। চিত্রাঙ্গদাবু অর্জ্জুননা লৌহুনা বভ্রুবাহন পোকই। বভ্রুবাহন্না নিংথৌ ওইহুনা পাল্লে। চিত্রাঙ্গদা জগোয় হৈবীনি। মপা মপুদগী হৌনা মহাদেব পূজা তৌরকখি অহুনা মহাকসু মহাদেব পূজা তৌবনি। মথক্তা পৃথিবীগী জগোয় অসি মহাদেবদগী তাণ্ডব দুর্গাদগী লাস্য জগোয়না পৃথিবীদা শন্দোকখিবগী রার্কম ইজল্লে। মরম অহুনা লাই হরাওবা জগোয় চিত্রাঙ্গদানা হৌদোকখবনি।

মচানিপা বভ্রুবাহন্না ব্রাহ্মণগা লোইননা মপাদা শগোল কংলুবদা অর্জ্জুননা হাঁয়খি। নংদি জগোয় শাবীগী মচানি নওক্তা মাদল কৌবা পুং থাংজিল্লু জগোয় শাও হায়খি। রাহৈ অসিনা, মতম অদুগী মাদল কৌবা পুং ১ম্পুং ব্রাহ্মণসু লৈরে হায়বা তাক্লে। মসি মহাভারতকী অশ্বমেধ পর্ব্বদা হায়বনি। মতৌ অম্নুম্না মপা মচা লান তৌরে। অর্জ্জুন শিরে, অর্জ্জুন শিবদা কুন্তীগী মংদা কাওই। কুন্তীনা কৃষ্ণদা তম্মী, করি হায়না— অর্জ্জুনগী মশাদা থাও তৈশিল্লগা লৈ অভাংবা

পরেং শিন্থনা উট তোংন্থনা মখারোমদা পাংনা চংখি হায়না কৃষ্ণদা তম্মী। পৃঃ ১৫।

কৃষ্ণনা অর্জ্জুন শিরে খংলন্থনা কুন্তীনে, ভীমনে, সুভদ্রানে, দেবকীনে গরুর তোংন্থনা মণিপুরদা লেংলকই। অর্জ্জুন্না তুবা মুমিং কার্ত্তিকী শুক্লা নবমীদনি। শ্রীকৃষ্ণ লেংলক্লে অর্জ্জুন হিঙ্গংলে। শ্রীকৃষ্ণনা চিত্রাঙ্গদাদা নংনা পাম্বা বর অমতং নিজৌ হায়বিরবদা চিত্রাঙ্গদানা, ইবুংঙোগী চুডা ধরা লৈতেংবা বনমালা থোনবা বৃন্দাবনগী সখাশিংগা লোইনন মন শেনবা রূপ অদু অমুক্তং দর্শন ওইজগে পিনবিয়ু হায়জরবদা শ্রীকৃষ্ণনা নোংপোক ফুরাচীংদা হায়রিবা মুত্তি অসি দর্শন পিরিখি। নোংপোক ফুরাচীং হায়বদি নোংমাইজিং চীংবুনি হৌজিক ফাওবা ফুরা অদু লৈরি অমসুং নোংমাইজিং চীংদা শান্থোক হায়ন্থনা শল থোকই হায়বা মকম অদু লৈরি। মসি মৈতৈ পুরান খুন্থোক লৈশেমলোনদা হায়বনি। খুন্থোক লৈশেমলোন হায়বা পুরান অসি হৱিওক হায়বদি সভাদগী হৌনা লৈরক্লবা পুরান্নি। শ্রীকৃষ্ণনা মণিপুরদা লেংলকই হায়বগী সাত্রগী প্রমাণ অশ্বমেধ পর্ব্বদা য়াওরি মতুদি মখাগী অসিনি। পৃঃ ১৬।

আজগামাথ গরুড় স্তমারুরো জগৎপতিঃ।
কুন্তংচ মাতরং ভীমং দেবকীং গোপ কন্যকাং।
সমারোপ্য যযৌ তত্র যত্রাস্তে পতিতোহর্জ্জুনঃ।
জৈমীনীয়াশ্বমেধ পর্ব্বাণি।

মসি খংন্থনা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা শ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌখিবা কার্ত্তিকী শুক্লা দ্বাদশীদা অভিষেক তৌখিবনি। মসিগী শ্বারী মণিপুর ইতিহাসদা চাওনা লৈপ্রে।

মরম অসিনা মণিপুরদা হৌজিক হৌজিক চংনরিবা পুং ঈশৈ জগোয় নট পালা সঙ্কীর্ত্তন জগোয় রাসনচিংবা পুন্নমক অসি গৌরধর্ম্ম চংলবা মতমদা লাইগুবা ওঝাশিংনা শেম্লবা তোপ তোপ্পা জগোয়

ঈশৈনি। মসি অতৈ জাতিশিংদগী তম্লবা লৌরুবা নত্তে কনাগীস্থু মপোৎ নত্তে। মৈতৈ গৌরিয়া চৎপশিংগী তংশংবা মপোৎ মরম্নি। সংস্কৃত বেঙ্গলিগী লাইরিকশিংগী লৌথোকউবা ওইত্নুনস্থু ছন্দ, সুর, তাল, মাত্র পুংলোন চোলোম গঠন রাগ রাগীনীগী স্নুরনচিংবা পুম্নমকশিদি মৈতৈ গৌর ধর্ম্মগী তোপ তোপ্পা মপোৎনি।

পৃথিবীগী মফম অতৈদা শক্লা শোন্নরিবা ঈশৈ শানরিবা জগোয় অসিদগী মৈতৈ গৌরিয়াগী ঈশৈ জগোয়না ইতৈপ তোপ্লা অতুম্মক লাকখি।

অত্তুবু হায়রিবা ঈশৈ জগোয় অসিস্থু মত্তমগী য়াওন মতুংইন্না হান্নদগী অনৌবা মওং ফজবা লৈথেৎ হ'প্তুনা চৎনরকখি। মৈতৈগী লাই হরাওবগী জগোয় নারদকুত সঙ্গিত মকরন্দদা য়াওই। পেনা হায়বা যন্ত্র অসি বিনা—পেনা। সারঙ্গ দেবকৃত সঙ্গিত রত্নাকরদা পিনা কীবীনা কৌই। মৈতৈগী অসিগুম্বা লাইহরাওবগী ঈশৈ জগোয় অসি হৌজিক্কী ওঝাশিংনা হান্নদগী অনৌ অনৌবা রচনা তৌত্নুনা মমাংতৈদগী অফবা হেনগৎপা অমনি। য়াম্না ফবনি হায়না লৌগনি। মত্তুদি কালিদাসগী শ্লোকনা হায়রি—(পুরাণ মিত্যেবন, সাধু সর্ব্বন, শ্চাপি কাব্যং নবমিত্যবদ্যম। অস্তঃ পরিক্ষন্যে তবদ্ভজনে মুঢ়পর প্রত্যয়নেয় বুদ্ধি।)

অর্থ = অরিবনি হায়বা মখৈ লোইনা ফবা নত্তে, অনৌবনি কাব্যনি হায়বগী লোইনা ফত্তবা নত্তে। অরিবা ওইত্নুনস্থু তারিবা য়েংলিবা মতমগী পুক্লিংবু মুংওাইহন্না ভমদবা অত্তু ফবা নত্তে। অনৌবা কাবা ওইত্নুনস্থু মীগী পুক্লিংবু স্নুমৎপামখৈ মুংওাইহন্না ভম্বা অত্তু লাইগী য়াথংনি খন্দুনা অচুম্বা ওইনা লৌগনি। পৃঃ ২০।

## মণিপুর রাস

শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাবন্দা শান্নখিবা রাসগী জগোয় অত্তুদি মহাদেবগী তাণ্ডব জগোয়স্থু নত্তে। পার্ব্বতীগী লাস্য জগোয়দস্থু নত্তে। থাংলৈশংবা মার্গগী জগোয় শান্নখিবনি।

মহাদেবনা মণিপুরদা রাসলিলা শানৈ হায়বা অদুদি মৈতৈ লাই হরাওবা হায়বা জগোয় অদুনি। লাই হরাওবগী জগোয়দা, অশিবু হেন্না হরাওবা লৈবনে হায়বা প্রমাণ লৈবা ইশৈনা তাকপা, অসিদগী হেনবা শ্রীকৃষ্ণগী রাস লিলা হায়বা অমা লৈবনি লৈবনি হায়না লৌনফম থোক্লে। পৃঃ ৪৬।

মণিপুরগী রাস কীর্ত্তন অসিদি থাঙ্গৈশেংবা, শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা, মহাক্কী হুদি বৃন্দাবন্দা শান্নবা, শ্রীকৃষ্ণনা শাঙ্কাৎনা তাক্কুনা হৌদোকলম্বা, রাস কীর্ত্তননী। অতৈদা লৈতে।

মণিপুরদা শ্রীগোবিন্দ নিরুপন তৌবা মতম অসি মমাংঙৈদা অর্জ্জুন তুবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা ভীম, কুন্তী, সুভদ্রা, দেবকীগা লোইননা মণিপুরদা থুংলবা মুমিং অদুদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা অদুগী মুমিং থাবান অদুমক্তদা শ্রীগোবিন্দ নিরুপন তৌই।

শ্রীযুত ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা হৌদোকলম্বা রাসবু মণিপুর রাস কৌই। ভঙ্গি জগোয় শারবতদা রাস কৌই। ভঙ্গি শাদ্রবদি মণিপুর রাস কৌদে। অসিগুম্বা কুঞ্জরাস. মহারাস, বসন্তরাস অদুম অসি শ্রীযুক্ত ভাগ্যচন্দ্রনা শ্রীগোবিন্দজীউদা কৎলম্বনি।

মণিপুরগী জগোয় হায়বা অসিদি শ্রীবৃন্দাবন্দা শ্রীকৃষ্ণনা শান্নখিবা রাসলিলা জগোয় অদু শ্রীভাগ্যচন্দ্র মহারাজদা শ্রীগোবিন্দনা তাক্লগা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা অমুক শ্রীযুক্ত ওঝা রূপানন্দনচিংবদা তাক্লগা শ্রীরূপানন্দ জগোয় হৈবা ওঝানা জগোয়গী ওঝা ওইদুনা তম্বীরগা শ্রীগোবিন্দদা জগোয় রাস কৎখি। পৃঃ ৬৪।

## পৃথিবীদা জগোয় ৪

হৌজিক পৃথিবীদা কাওরিবা জগোয় মরি শুরি। মদুদি ভারত নাট্যম, কথাকলি, কথক অমসুং মণিপুরী জগোয় মরি অসিনি।

(১) ভাৰতনাট্যম — তামিলনা ভাৰত নাট্যম জগোয় শাবা হাল্লি। ৮। (১) কথাকলি — কন্যাক্লিসনা কথাকলি জগোয় শাবা হাল্লি। ।। (৩) কথক জগোয় হায়বা অসিদি কেরলাদা পোকপা বলাখোন কৌবা কবি অমনা লঙ্কাগী কণ্ঠায়ন কৌবা রাক্ষস মুদ্রাদগী জগোয়দু লৌরুগৰা সেতুবন্ধ রোমদা ত্রিপঙ্কুরদা কথক জগোয় হৌদোকখি। উত্তর ভারতনা কথক জগোয় শাবা হাল্লি। মসিগী অশেংবা প্ৰমাণ লাইরিক লৈ। পৃঃ ৬৪

(৪) মণিপুরী জগোয়গী মৱমদা মথক্তস্থু হায়খরে। মণিপুরগী জগোয় রাস অসিদি পৃথিবীগী মফম অতৈদা লৈতে, তশেংবদি শ্রীবৃন্দাবন্দা শ্রীকৃষ্ণনা শান্নখিবা রাস লিলা জগোয় অদু শ্রীজয়সিংহ ভাগ্যচন্দ্র মহা-রাজনা শ্রীগোবিন্দনা তাক্লগা নিংথৌনা শ্রীযুক্ত ভাংবম ওঝা রুপানন্দন-চিংবদা তাক্লগা, ওঝানা তম্বীরগা শ্রীগোবিন্দদা জগোয় রাস অসি কংখি।

মসিনা অহানবনি নট পলা সঙ্কীর্ত্তন অনৌবস্থু মতম অসিদা হৌদোকখিবনি। অদুনা হৌজিক হৌজিক মণিপুরদা শরু শোন্নরীবা নট পালা সঙ্কীর্ত্তন অসি গৌর ধর্ম্ম চংলবা ওঝাশিংনা হৌদোকপিরম্বনি।

অদুগুম্বা ওঝাশিংনা হৌদোকপিরম্বা অসিস্থু পুকথোক্কী নত্তে। বেদ শাস্ত্রগী মট কয়াদগী শাইরিক্তগী লৌথোক্লগা শেমদোকপিরম্বা ভাক্তনি। পুংগী, ঈশৈগী, ৰাগ, ছন্দ, তাল, মাত্ৰ, চোলোম, গঠনন-চিংবা পুম্নমক শাস্ত্রদগী লাইরিক য়েংলগা ওঝাশিংনা পুথোকপিরম্বনি। ওঝাশিংগী পুকথোক নত্তে। পৃঃ ২৫।

৫৭। শকাব্দা ১৭২০ দা মৈদিংগু লোইয়েন খোম্বা (লাবন্যচন্দ্র) না নিংথৌ ওইরে। মশাগী চহি ৪৪ দা ফম্বান কাইএ। শকাব্দা ১৭২২দা পোইন্নুগী ২৭ নি পান্বা থাংজদা মশাগী চহি ৪৬ তা নোঙ্গাখি, চহি ৩ পালম্মী।

৫৮। শকাব্দা ১৭২২ দা মৈদিংগু ভমজেন খোম্বা (মলাও ইবুংঙো) মোধুচন্দ্রনা মশাগী চহি ৩৬ সুবদা পোইন্নুগী ২৭ নি পান্বা থাংজদা

ফম্বান কাই। মহাক চহি ৩ নিংথৌ ওইরবা মতুংদা শকাব্দা ১৭২৫ দা ময়াং লৈবাক্তা চংখি।

৫৯। শকাব্দা ১৭২৫ দা মৈদিংগু রাইরং পামহৈবনা নিংথৌ ওইরে। "মহাক মধুচন্দ্রগী মনাওনি চৌরজিৎ যুবরাজনি"। মশাগী চহি ২৭ যুবদা ফম্বান কাই। চৌরজিৎ মহারাজগী হাকতা শকাব্দ ১৭১৬ তা ময়াম্বা মধুচন্দ্রনা ময়াং লাম্মী কয়া পুরক্লুনা মন্নাংগা মৈতৈগা যায়না কন্না লান শোক্লখি। ময়াং লাম্মী ১০০ হাৎখি অচংবা লাম্মী ৬০০ ফাহৌই। নবোং কৌবা পুংলোন য়ৈবা কুম অহুমগী হৌখি।

শকাব্দা ১৭১৮ দা মনাও ইবুংঙো মারজিৎ যুবরাজ্গা নিংথৌ খুভম মুন্নবদগী অকনবা লান থেংনখি। মারজিৎ অরাদা চেনখি। শকাব্দা ১৭৩৫দা লমতা থাদা শ্রীমারজিৎ যুবরাজগা অমুক হন্না লান থেংনবদা মারজিৎনা ওয়ে। চৌবজিৎ (রাইরং পামহৈবা) ময়াং লৈবাক্তা চেনখি। মহাক মণিপুরদা চহি ১০ নিংথৌ ওইরম্মী। চৌবজিৎ শকাব্দা ১৭৪৯দা নবদ্বীপুরা নোঙ্গাখি।

৬০। শকাব্দা ১৭৩৫ দা মৈদিংগু মারজিৎনা নিংথৌ ওইরে। ফম্বানগী মিংনা "নোংপোক রাইরং পামহৈবা" কৌই। মশাগী চহি ৩৪ যুবদা লমতাগী ১৭ নি পাম্বা যুমশাকৈশা ভুমিন্তা ফম্বান কাই। শক ১৭৪১ দা পোইম্বু থাদা অরা লান লাক্লুনা শোক্লবদা লৈবাক কায়হুনা মারজিৎ নিংথৌ ময়াং লৈবাক্তা চেনখরে। মহাক চহি ৭ পালম্মী।

অমুম্না মারজিৎ নিংথৌনা ময়াং লৈবাক্তা চেনপ্লবদা মণিপুর অসি চহি ৭ নিংথৌ ৭ না পাল্লী। মতুং চহি ৭ খুন্তাকপা কৌনখি। চহি তরেৎ খুন্তাকপদা পাম্বা নিংথৌ ৭ কী মমিং মথাদা থমজরী।

চহি ৭ খুন্তাকপা।

৬১। শকাব্দা ১৭৪১ দা হেরাচন্দ্র (তাকুনিংথৌ) চহি ১ পালম্মী।

৬২। শকাব্দা ১৭৪২ দা যুমজাওতাবনা নিংথৌ ওইরে চহি অমা পালম্মী।

৬৩। শকাব্দা ১৭৪৩ দা গম্ভিরসিংহনা নিংথৌ ওইরে। চহি ১/২ (তংখাই) পালম্মী।

৬৪। শক ১৭৪৩ দা জয়সিংহনা নিংথৌ ওইরে। মহাক অসি অরা নিংথৌনা থারক্লনা ওইহন্বনি। শ্রীযুৎ গম্ভিরসিংহদি ময়াং লৈবাক্তা চংখি। শকাব্দা ১৭৪৪ দা জয়সিংহ থরান থাদা অরানা কৌশিন্দুনা অরান্দা অমুক চংখি। জয়সিংহ চহি অমা পালম্মী।

৬৫ শকাব্দা ১৭৪৪ দা হিয়াঙ্গৈ থাদা যদু সিংহবু মণিপুরগী নিংথৌ ওইহনখি''মশাগী চহি ৩৩দা কম্বান কাই, কম্বান মিংনা নোংপোক চিংলেন খোম্বা কৌই। শকাব্দা ১৭৪৫ দা মেরাগী থাশি মুমিত্তা নোংমাইজিংদা শ্রীযুৎ মহারাজ নোংপোক চিংলেন খোম্বা মশাগী চহি ৩৫ দা নোঙ্গাখি। চহি ১ পালশ্মী।

৬৬। শকাব্দা ১৭৪৫ দা হিয়াঙ্গৈগী নোংমা পাম্বা নিংথৌকাবাদা মচাইবুংঙো রাঘবসিংহনা মশাগী চহি ১৬ তা নিংথৌ ওইরে। শকাব্দা ১৭৪৬ কী রাকচিং থাদা নিংথৌ খুভম থারগা অরাদা চংখি। রাঘব সিংহ চহি অম থর হেম্না নিংথৌ ওইরম্মী।

৬৭। শকাব্দা ১৭৪৬ কী লমতা থাদা শ্রীযুৎ মহারাজ নোংচুপ লমগাই ওম্বা (ভদ্রসিং)-না মশাগী চহি ৭১ সুবদা নিংথৌ ওইরে। শকাব্দা ১৭৭৭ কী কালেন থাদা শ্রীযুৎ গম্ভিবসিংহ থোক্লক্লনা মণিপুবদা লৈরম্বা অরা ময়ামগা লান থেংনবদা মৈতৈনা ভমতুনা অরা মখৈ চেনখ্রে. খরসু ফাহৌই। ফাহৌবদি শমশোক নিংথৌগা, চৌরিখম কালেন পানে অনি অসিনচিংবা মী ২৪ ফাহৌই। ভদ্রসিং "নোংচুপ লমগাই ওম্বা" চহি ১ পালম্মী। মশাগী চহি ৭৬ সুবদা শকাব্দা ১৭৫১ দা নোঙ্গাখি।

মথক্কী নিংথৌরোন ৬১ সুবা হেরাচন্দ্রদগী— নিংথৌরোন ৬৭ সুবা ভদ্রসিং ফাওবা নিংথৌ ৭ অসি চহি ৭ খুন্তাকপগী নিংথৌনি।

৬৮। শকাব্দা ১৭৪৭ কী কালেন থাদা ২৬ নি পান্বা নোংমাইজিং নুমিত্তা শ্রীযুৎ গম্ভিরসিংহ "চিংলেন নোংভ্রেনখোম্বা" মশাগী চহি ৩৯ দা ফম্বান কাহুনা নিংথৌ ওইরে। শকাব্দা ১৭৫০ দা ঙগ্রূল লমগী হাও-খুল কয়াগা লান থেংনৈ, লান লোইনমক ভমহুনা হাও য়াম্না ফারকখি। শকাব্দা ১৭৫১ দা পুকচত্তুনা মী য়াম্না শিখি।

শ্রীযুৎ গম্ভিরসিংহ মহারাজগী হাক্তক্তা লৈশাংখোং থিঙেন কাইবদা য়াইরিপোক থম্বালমু কোবী লুপ্রাবী মচা লৈশাবী অমা থিঙেন খিংবদা হাপখি। শকাব্দা ১৭৫৫গী পোইন্নু থাশি শগোনসেন নুমিত্তা মশাগী চহি ৪৭ সুবদা শ্রীযুৎ গম্ভিরসিংহ নোঙ্গাখি। চহি ৯ নিংথৌ ওইরম্মী।

৬৯। শকাব্দা ১৭৫৫ গী পোইন্নু থাশি শগোনসেন নুমিত্তা মশাগী চহি অনিদা ভাইরিবা অঙাং চন্দ্রকীর্ত্তিবু নিংথৌ হাপ্পি। গম্ভিরসিংহগী মনাও ইবুংঙো নরসিংহনা লৈবাক ভাকই। শকাব্দা ১৭৬১ ইঙেনগী ৫ নি পান্বা নিংথৌকাবা নুমিত্তা লাইরেনলাকপা চাওবা পাল্লিগী মফমদা অঙাং ওইরিবা নিংথৌনা অঙকপা রা হংখি।

মহুদি :— মমাংঙৈদা ফংখিদ্রিবা কামধেনু ষম্বীবু ময়াং লৈবাক্তগী লাক্লে হায়বা পাও তাবা ফংই! মসিবু চুম্বরা কৈদৌঙৈ য়োরকনি? পাঙ্গিনা খুদক্তা সনা ম্যাংদা হোৎলগা খুমজরকখি।

ইনিংথৌ ইবুংঙো, নিপাননি পান্বা ইরাই নুমিৎকী নুমিৎয়ুংবা মতুং পুং অমা তাপ্রগা মতুংদগী পুং অনিগী মমুংদা শ্রীযুৎ স্নাখানা উবা ফংবী-গনি। হায়রিবা নুমিৎ অহুগী হায়রিবা পুং অহু কাইদনা ষম্বী অহু থুংলখি। শ্রীকামধেনুবু সঙ্গোম শুমহুনা লৌরগা শ্রীগোবিন্দজী অমদি শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্রদা কৎলগা ; নিংথৌ প্রজা ময়াম প্রসাদি থর থর ফংনখি।

শকাব্দা ১৭৬৫ দা পোইন্নুগী ৮ নি পান্বা থাংজ নুমিৎকী সন্ধ্যা মতমদা লাই খুরুমলিঙৈদা শ্রীনরসিংহবু অমম্বদা লোম্না নবিননা থাংনা য়াননি। রাথোক অহুগা মন্নি লৈনহুনা চন্দ্রকীর্ত্তি ঙম্না শিজপা

ময়াং লৈবাক্তা চেনখি। শ্রীগোবিন্দগী থৌজাল্লা নরসিংহ য়াম্না থিনা শোকপা তৌখিদে। চন্দ্রকীর্ত্তি চহি ১০ নিংথৌ ওইরম্মী।

নিংথৌ পান্দ্রবদা ব্রহ্মণ বৈষ্ণব পাত্র মন্ত্রি প্রজা মীয়াম পুম্নমক্না ফম্বাল হাংফদে নিংথৌ ওইবীয়ু হায়জবদগী নরসিংহনা য়াবিরকখি।

৭০। শকাব্দা ১৭৬৫ দা শ্রীযুৎ নরসিংহ মহারাজ রাকচিং থাগী ১৯ নি পান্না শগোনসেন নুমিত্তা মশাগী চহি ৫১ দা নিংথৌ ওইরে। শকাব্দা ১৭৭১ দা য়িয়াঙ্গেলী ৫ নি পান্না নোংমাইজিং নুমিত্তা রাবগাইদা মরেংবা কৈঙম্না নূ-থুম্বদা শরেং মৈয়োংবা অমা চংলম্মী। হাংতোক্লগা ভুংগোল্দা হাপ্লি শরেংনা রা ভাংলকই। কৈঙম. মংনা ঐব্ চাপে নিংলি, ঐদি য়োইমোংবা তাওথিংমাংনে।

কৈঙমনা ঐদি খংদতুনা ৈচ থাকরে ভাকপিয়ু হায়জরবদা, শরেংনা হায়, নং কিগন্নু করিস্নু তৌরোই, নবুংঙোদা হায়ক লৈপাক নিংথৌগী নুংঙাইনবা ইরাৎ থৌনিজৌ হায়রম্লগা ঈশিংদা চোংথখি। অসি হায়না মহারাজদা হঙ্গংখি। কুম অতুগী শজিবুগী ২৮ নি পান্না য়ুমশাকৈশা নুমিত্তা মৈদিংঙু লৈবেন নোংলেন সেন্ত্রেং মনিক খোম্বা "নরসিংহ মহারাজ" মশাগী চহি ৫৮ চংবদা নোঙ্গাখি। ফম্বানদা চহি ৬ নিংথৌ ওইরম্মী। মথংগী নুমিৎ ২৯ নি পান্না শগোনসেনদা শজিবু চৈরাওই। ৩০ নি থাশি নুমিৎ ইরাইদা শচিফোইকী পালোক ওইএ (চহি হৌই) নোংমা পান্না থাজদা মলমাসগী কালেন হৌই মথং ২স্নুবা কালেন অশেংবা নোংমা পান্নদা নোংমাইজিং ওইএ।

৭১। শকাব্দা ১৭৭১ গী চহিগী অরোইবা থা শজিবুগী ২৮ নি পান্না য়ুমশাকৈশা নুমিৎকী নোংঙানগদবা পুং ৩ রাংলিঙৈদা নরসিংহ মহারাজনা নোঙ্গাখিবা খুদক্তা মনাও ইবুংঙো দেবেন্দ্র সিংহ যুবরাজনা মশাগী চহি ৪৭ তা নিংথৌ ওইরে।

দেবেন্দ্র সিংহ ফম্বান্ন মিংদি নুংলেন খোম্বা কৌই। নিংথৌ ওইরা থা ৩ স্নুবদা ময়াং লৈবাক্তগী নিংথেম চন্দ্রকীর্ত্তিনা হৌরক্লুমা

অহিং ৩ লাল থেংনবদা মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্তিনা লাল্ ভমহনা মৈদিংঙু মুংংলেনখোম্বদি ময়াং লমদা চেনখিএ। কম্বাল্লা থা ৩ প্নালম্নী।

৭২। শকাব্দা ১৭৭২ দা ইঙেন থাগী ৩ নি প্নাম্বা ইরাই মুমিত্তা মৈদিংঙু জয়মান চন্দ্রকীর্তি সিংহ মশাগী চহি ১২ দা অমুক হন্না নিংথৌ ওই। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী হাকতঙ্গা মেরা থাগী দুর্গা পূজা কাক যাত্রা (কাক তাবা) নৌকাখেলানচিংবা নখন মখনগী কুম্মৈ মৈতৈ লৈবাক্তা হৌদোকখি। ইঙেন থাদা কাং চিংবসু খুঙ্গং লৈকায় খুদিংদা তেনরকখি।

থরান থাদা মাগুব খুদিংদা ঝুলোন যাত্রা তৌবা, ঝুলোন পেরে কাপ্পা ঝুলোনগী ঈশৈ মুপাপালা মুপাপালা লিংখৎনহনা শকপা শোনবা, ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা মাগী মতমদা তৌরমদবা থৌরম কয়া অমসু চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা ময়াং লৈবাক্তা চহি ৬/৭ লৈরুরবগী মতুংদা অমুক হন্না নিংথৌ ওইরবা মতমসিদা, ধর্ম্ম কর্ম্ম লাইগী থৌরম কয়া অমা মণিপুরদা অনৌবা মতৌ হায়দা হাপচিল্লগা চংনরকখি।

মতৌশা হিয়াঙ্গৈগী নিনি পান্বদা তৌবা থৌরম (ভ্রাতৃদ্বিতীয়া) মবুং-মোপ্নাবু নিঙোম্না চাক্কৌবা অহু চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী হাকতঙ্গা নিঙোনবু পিবানা চাক্কৌবা মণিপুরগী মথৈ ওনথোকখি। ময়াংগীদি হৌজিকসু পিবাবু নিংঙোননা অহুমমক কৌরি।

শকাব্দা ১৭৮৪ দা ময়াং লৈবাক্কগী পৈশা চংনৌ হায়হনা পিরকখি। মহুদা চংনরোই হায়হনা হন্দোকখি। মতম অহু মণিপুর অসি নিংথৌ-তবা ওইরি কনাগী মথা পোলমদে।

শকাব্দা ১৭৯০ দা রাকচিংগা ফাইবেনগা লোম্নবদা মৈতৈ লৈবাক মণিপুরদা মুমিৎ ৮ নি চুপ্পা (ভূমী কম্প) যুহার হাখি। মী কয়া শিখি যুমকৈ কয়া মাং তাকখি। শকাব্দা ১৭৯১ দা ময়াং সাহেবশিংগা কাংলৈ শাম্নৈ মণিপুরনা অনিরক থোইএ। পাগুন ১৩ গী মসুংদা মাহে প্না অমুকসু চম্বা ভমদে। হায়বদি পাগুন ১৩/০ দা মণিপুরনা খোইখি।

শকাব্দা ১৭৯৬ তা ইঙেন থাদা লাট সাহেপ্না কৌহুনা জিলা দারবার চৎলুই। শকাব্দা ১৭৯৮ দা ইঙা থাদগী মেরা থা ফাওবা থা ৫ পুকচত্তুনা মী য়াম্না শিখি। জিলা দারবারগী রারী য়াম্না শাংই, লাইরিক অসি চাওমনগ্রগনি খনবদগী শন্দোক্না ইজদরে।

শকাব্দা ১৭৯৯ দা মৈতৈ প্রজা পুম্নমক্কী ষণ সঙ্গোন শাহুনা লাংবন মেরাদগী ষণ পুন্‌নহনখি। শকাব্দা ১৮০৮ দা কালেনগী ১৭ নি পান্না শগোনসেন মুমিত্তা মৈদিংঙ্‌ নাওজিংলেন নোংদ্রেন খোম্বা "চন্দ্রকীর্ত্তি" মহারাজ মশাগী চহি ৫৫ দা নোঙ্গাখি; অকোন্বগী ফম্বানদা চহি ৩৬ পালম্মী।

৭৩। শকাব্দা ১৮০৮ দা মৈদিংঙ্‌ সুরচন্দ্র সিংহনা মশাগী চহি ৩৫ দা নিংথৌ ওইরে। মাগী হাক্তক্তা সাহেপনা তেলিগ্রামগী যোৎলি তিংবা হৌখি। শক ১৮১১ দা পোইন্নু থাদগী লরাই ইম্ফাল খাই-দোকপা হৌখি। শ্রীযুৎ সুরচন্দ্র মহারাজগী মতমদা মাইন্নু পেমচা কৌবী লৈশাবী অমা থৌরী য়ান্দুনা শিখি।

শকাব্দা ১৮১২ গী লাংবন থা পানখলকপদা মনাও ইবুংঙো কোই-রেংনচিংবা নিংথৌ মচা ৩ না মান্নহুনা কোন্নুং থুগাইবখি। শ্রীযুৎ চিং-লেন লান্থাবদি নিংথৌ খুভম থাখি। চহি ৪ নিংথৌ ওইরম্মী।

৭৪। শকাব্দা ১৮১২ দা শ্রীযুৎ কুলচন্দ্র সিংহনা মশাগী চহি ৩৭ সুবদা লাংবনগী ৯ নি পান্না লৈবাকপোকপা মুমিত্তা নিংথৌ ওইরে। মহাক্কী মতমদা লৈকায় ৪ দা থানাসুমারী ইবা হৌখি। অদুগা শকাব্দা ১৮১৩ দা ইংরাজী সাহেপশিংগা খোংজোমদা অকন্বা লান থেংনহুনা মৈতৈ অকন অথৌশিং থরাই পোন্থা ওইনখি।

শ্রীযুৎ কুলচন্দ্র মহারাজনা নিংথৌ ওইখিবগী মতম, পুংকম, মুমিৎ, থাবান অসি নিংশিংলুরগা মণিপুরগী মৈতৈ প্রজা কয়ামা নিংঙমদবা ওইনরি। বৃটিশ সরকারগা মৈতৈ মচাগা খোংজোমদা অকন্বা লান

শোক্লবদা পাওনা মেঙ্গরনচিংবা মণিপুরগী অকন-অপৌ কয়া ইমা লৈবাক্নীদমক থরাই পোন্থা ওইখিবগী রাকম. নিংশিংলুরগা নিংঙমদবা পোক্লরী।

কুম অদুদা বৃটিশ সরকারনা লান ঙমদুনা মণিপুরগী সাসোন সাহেপ্না ওাইখ্রে। অদুগা লোইননা কোইরেং যুবরাজ ১দি কাঙভবা তুলিনহা মেঙ্গরগা অনিবু ফাঁশি তৌখি। শ্রীযুৎ কুলচন্দ্র নিংথৌবুনা থিবোম্মরোমদা পুখি।· শ্রীযুৎ কুলচন্দ্র সিংহ চহি অমা নিংথৌ ওইরম্মী।

৭৫। শকাব্দা ১৮১৩ দা শ্রীযুৎ চূড়াচান্দ মশাগী চহি ৮ সুরকপদা সাহেপ্না নিংথৌ ওইহল্লে। মহাকথক্তা সাহেপ্না য়ুম চাম-চামদা চৌকিদার অমমম হাপখি।

শ্রীযুৎ চূড়াচান্দ মহারাজগী মতমদা বৃটিশ সরকারগী মতেক, পাই, পৈশা, অনা, শিকি, মখাই, ১সুং লুপা চান্দী ময়েক্তী সেন চৎনহনখি। হায়গী মৈতৈ ঐখোয়গী সেমখাইগী সেন চৎলম্বা অদু তোকখি। লৌ ইংখোলগী খাজনা খিবা হৌখি। পানা মরিগী যণগী শনকোক্ ইবসু হৌখি। মতম অদুদা ডিমাপুরদা চৎপা যণগাড়িনা পোং চিংবা চৎনরম্মী লম্বী কোয়লাস থারমদে।

শ্রীযুৎ চুড়াচান্দ মহারাজগী মতমদা ডিমাপুর-মণিপুরগী পোং-চৈ চিংবা অসি যণনা চিংবা গাড়ি নত্তনা মী ২ না মাংদা চিংলগা মী ২না তুংদা ইল্লগা খোং গাড়ি কৌবা মখন অমসু পোং চৈ চিংনরম্মী। মতম অদুদা মণিপুরদা হরাগাড়ি লাক্তরিঙৈদা চিঠি পাও পুবা অসি মীনা মাইল ১২।১২ নোমজেন চেন্দুনা শিন্ন-শিন্নন৷ ডিমাপুর মণিপুর হঙ্গৎ হন্দা চিঠি নম্বো পোহনা পুহল্লম্মী। মতুবু ডাক পুবা কৌই। ডাক পুাবশিং অদু সরকারনা তলব পি।

শকাব্দা ১৮২০ দা পুকচত্নুনা মী য়াম্না শিখি। কুম অদুদা পুকচত্নুনা শিবা মী ৬,০৫৩ (লিশিং তরুক্তা য়াম্খৈহুমদোই) শিখিরম্মী। শক ১৮৩০ দা অমুকসু পুকচত্নুনা মী য়াম্না শিখি, য়ুম ইংখোল মুৎনবা

য়াওই। থা অনি কৈমেল কাদে, চৈরাপ পকাই লোইশঙ পুম্নমকস্ু কাদে। য়ারেঙ বিচার লেপখি।

শ্রীযুৎ চুড়াচান্দ মহারাজগী মতমদা মণিপুরগী মীওই কয়া লাইজাও থোক্পদা শক কঞ্জরগা মুমাই চামহুনা কজবা শক মাংনখিবা কয়া কয়া য়াওখি। লাইজাও থোকপা অসি চহি ১০ নগ্রগা ৭/৮ কা্নরগা মরক মরক্তা য়াম্না ভেইনা তৌরম্মী। অতুদা অহল-লমন। হায়নবা বাকৈদা শক কঞ্জে হারিহুনা মাপন্ন তৌগনু লাইথোক অমুত্তা মাংবনি অস্কুম্না হায়নরম্মী।

শকাব্দা ১৮৩৩ গী ইতাদী ৬ নি পান্না লৈবাকপোকপা মুমিত্তা হয়াগাড়ি অনি থুংলে। মসিনা মণিপুরদা হয়াগাড়ি পুশিনকপা অহানবনি। কুম অতুদগী হৌহুনা জঙ্গোল পুম্নমক নিলাম তৌই। পাং, পাংতুপ, তুরেন, তুরেন ইতুপ পুম্নমকস্ু নিলাম তৌবা হৌখি।

শকাব্দা ১৮৩৮ দা মেরা থাদা ঈশিং য়াম্না চাওখি। য়াংথৈ হাক-তম্বী ঈশিংদগী থুনিং অমা হেল্লি। কুম অতুদা তেলিগ্রাম য়োংলী তিংবা অতু খিবোইদগী সনা কোয়ুং য়োরকখি।

শকাব্দা ১৮৫৫ দা শ্রীযুৎ চুড়াচান্দ মহারাজ কে, সি, এস, আই, ফংখি। কুম অতুগী লমতা থাদা শ্রীযুৎ চুড়াচান্দ সিংহনা শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র মহাপ্রভুগী শ্রীবিগ্রহ ও অমি মণিপুরদগী পুশিলগা মন্দির, য়ুম্নন সান্নানচিংবা শাহুনা দেবালয়গুনা কন্তুনা লিংখৎলে।

শকাব্দা ১৮৫৬ তা ক্যালেন থাদা মৈতৈ লাইরিক ময়েক ছাপা নমখি। শকাব্দা ১৮৬১ দা মৈতৈ মুপী ময়াম্না পোইনু থাদবু চাক তাংই চেং ফংবে হায়হুনা অচৌবা মুপিল্লান অমা থোকখি। মতম অতুদা মৈতৈ মুপীশিংগী ঈং লৈবাক্তা তাখিবগী য়ারী মৈতৈ ইতিহাসদা ময়েক লানা লৈরি।

শ্রীযুৎ চুড়াচান্দ মহারাজগী মতমদা মণিপুরদা অনৌবা য়াওন কুম্না লাকখি। থৌদোক্ য়াথোক কয়া থোকখিবশিং অতু লোইনা ইরবদি লাইরিক অসি চাওমনগ্নগনি কিবদগী লোইনা ইজদরে।

শকাব্দা ১৮৬৩ গী হিয়াঙ্গৈ থাগী ১৭নি পান্বা শগোলসেনগী লুমিদাং পু: ৯ মিঃ ২০ দা শ্রীধাম নবদ্বীপতা শ্রীযুৎ চুড়াচান্দ সিংহ স্বর্গপ্রাপ্তি ওইখি। চুড়াচান্দ মহারাজ ফম্বান্দা চহি ৫০ নিংথৌ ওইরমী। পুন্সিদি চহি ৫৮ নি।

৭৬। শকাব্দা ১৮৬৩ হিয়াঙ্গৈ থাগী ১৮ নি পানবা ইরাই চুমিত্তা শ্রীযুৎ বুধচন্দ্রনা নিংথৌ ওইবে। শ্রীযুৎ বুধচন্দ্রগী মতমদা শকাব্দা ১৮৬৪ দা কালেন থাগী ২৫ নি পান্বা নোংমাইজিং চুমিত্তা ইম্ফালদা বোম তাই।

ইংশোক ১৯৪৩ এপ্রিলগী তাং ২০ দা জাপান্না তিলিপান্বাদগী হৌনা খোম্ভিতোক মশাংদা বোম থাদৈ। চিংগাগম শুলাপকী মাঙোপ্তা উয়োব চাবা মী ১০০ রোম শিখি। য়ুম য়াম্না মৈ চাকখি শাবণ য়াম্না শিখি।

শকাব্দা ১৮৬৭ কী থয়ান থাদা জাপানগী লান লোইখি। শকাব্দা ১৮৬৯ দা বৃটিশ সরকারনা শ্রীযুৎ বুধচন্দ্র মহারাজদা মণিপুরগী সাসোন শিন্নরম্মী। বৃটিশ সরকার চৎখি।

শকাব্দা ১৮৭১ দা মণিপুব প্রজাগী জাপান লান্দা মাং তাকখিবা য়ুম কৈ শঙ্গোইনচিংবা মাংখিবগী বৃটিশ সরকারনা খত্তিপুরন পিখি। শকাব্দা ১৮৭২ দা পোইন্নুগী ১৪ নি পান্না থাংজ চুমিত্তা পিত্তম খোংদা লৈবা হিদংমন্নুমগী লৈশাবী অমা থৌরি য়ান্নুবা শিরম্মী। শিরাত্তে হায়ত্নুনা মৈ থাত্নুনা পোৎলোইখি, খোরাংতি খোন্দে।

শকাব্দা ১৮৭২ কাইরেন থাগী ১২ নি পান্বা নোংমাইজিং চুমিত্তা শ্রীযুৎ বুধচন্দ মহারাজ থা চাইরেন্দা পাঙ্থোইবী পূজা তৌবা লেংই। ১৩ নি পান্বা নিংথৌকাবা চুমিত্তা সনা খোগন মণি পণ্ডিত, মুরাই পণ্ডিত, মাইমুপেনা, রজনী মাইবী অসিনা চিংনা পাঙ্থোইবী পূজা তৌই।

শকাব্দা ১৮৭৫ দা মেরা থাগী ১৩ নি পাম্বা লৈবাকপোকপা মুমিংগী গোবিন্দা ইতিহাস তাবা হৌই।

শকাব্দা ১৮৭৬ কী ইঙেন থাদা পামহৈবা চরিৎ পুরান মৈথাবা হায়বা লিলা শান্নবদা পণ্ডিত লোইশংগী রাদগী কমিশনার সাহেপনা থিংখি। কুম অহুগী লমতা থাশিদা খুম্বোংদা মতৈ মনাও হু চাহুনা শিবা মৈ থাহুনা পোৎলোইখি অম্বী লোই।

শকাব্দা ১৮৭৭ কী থরান থাগী ৭ নি পাম্বা লৈবাকপোকপদগী মণিপুর ইতিহাস বিজয় পঞ্চালি শ্রীগোবিন্দগী মাঙোপ্তা তাবা হৌই।

শকাব্দা ১৮৭৭ কী হিয়াঙ্গৈগী থাদা বারুণীদা উসোব কংলুবদা শ্রীযুৎ বুধচন্দ্র মহারাজগী সনা মুহোর ১০ না শাথা লীক সোরী মাংহৌববু মাইবী ইবুংঙোহনগা রাজমনি মাইবীগা অনিমক্তা শেল হ্বদা কংলরোই সনা নাক্ত লৈবা বামোন অমগা নিংথৌমচা অমগা মান্নহুনা মৈতৈ অরাম্ব অমদা পিহুনা লৈরোন চনখ্রে হায়না কাওরে।

খুদক অহুমক্তদা অরাম্বম বিধু জমান্দারগা, লোংজমগী পোতোম্বীগা অনিদা সনা য়াপং থাহুনা বারুণীদা য়েংহনবদা লৈরমলে হায়হুনা পুরক্কুনা সনা খুত্তা কংলরে। মহুদা শ্রীযুৎনা মাইবী মচিন থি, মতুং কাওবা মাইবীগী মরা লৌরোই হায়না সনা য়াথং তাপ্রে।

শ্রীযুৎ বুধচন্দ্র মহারাজগী মতমদা মণিপুর অসি পৃথিবী অমদি ভারতনা চাওখৎলকপগা লোইননা অনৌবা য়াওন কয়া ওল্লকখি। রাজনিতি ধর্ম্মনিতি অমদি অর্থনিতিনচিংবা হিরম খুদিংদা অওনবা কয়া লাকখি। মহু পুম্নমক অহু লোইনা ইরবদি লাইন্নিক অসি চাওমনপ্রগনি থনবদগী ইজদরে।

শকাব্দা ১৮৭৭ কী হিয়াঙ্গৈ থাগী ২৬ নি পাম্বা ইরাই মুমিংকী অয়ুক পুং ৯ তাবদা শ্রীযুৎ বুধচন্দ্র মহারাজ শ্রীবৃন্দাবন যাত্রা ওইএ। কম্বান্দা চহি ১৪ নিংথৌ ওইরম্মী।

মৈদিংগু নোংগদা লাইরেন পাখংবনা পাম্বদগী হৌরগা নিংথৌরোন ফম্বান মশিং ৭৬ সুবা শ্রীযুৎ বুধচন্দ্র মহারাজ অসি ফাওবদা মণিপুরগী নিংথৌরোন লোইরে থমলে।

অসুম্না মণিপুরদা পানখিবগী নিংথৌরোন ইবা লাইরিক অসি সনা কোন্নুংগী পণ্ডিত লোইশংগী পণ্ডিতশিংনা মথং মথং মৈতৈ ময়েক্না ইশিন্দুনা থম্মী। হৌজিক ফাওবদসু লেপ্তুনা ইশিন্দুনা থম্মী। হৌজিক নিংথৌ পান্দ্রে, অদুবু নিংথৌ পাম্লিবৈগী মতৌগুমনা সনা কোন্নুংগী শ্রীগোবিন্দজিউগী জাগাদা মহৌশাগুম থৌরমশিং কায়দনা তৌরী। মণিপুরগী থৌদোক রাথোক কয়াসু পণ্ডিত লোইশংগী পণ্ডিতশিংনা লেপ্তুনা ইশিল্লি।

চৈথারোন কুম্বাবদা ইরিবা অসি পাখংবদগী হৌরগা বুধচন্দ্র কাওবদা নিংথৌ ফম্বান মশিং ৭৬ অসিদি য়েৎননিংঙাই লৈতনা চুমলে। য়েৎনরিবা রাফমদি মৈতৈ লৈবাক অসি পাখংবনা শায়োনম্লিবৈ মতমদা দ্বাপুর কৌবা যুগতা কনান পালম্মী, অমসুং ব্রভ্রুবাহননা পালম্মী নত্রগা পালমদে হায়বা রাফমদা য়েৎনবনি। অদুবু হৌজিক্তি মদু য়েৎনদবা য়ারে অচুম্বা খুদম কয়ামুক ফংলে খুদম অদু মথাগী অসিনি।

# মণিপুর তাকপা

১। অহান্বা খুদম মণিপুর ইতিহাস মৈতৈ পুরান লাইরিক্তা মৈতৈ লৈবাক মণিপুর অসি মমাংঙৈ মতম অমদা বভ্রুবাহন্না পালম্মী হায়বা শাক্তি চাওনা পিরি।

২। অনিশুবদা শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রগী বাঙ্গলা অভিধান্দা মৈতৈ লৈবাক মণিপুর অসি মমাংঙৈ মতম অমদা বভ্রুবাহননা পালম্মী হায়বা শাক্তি চাওনা পিরি।

৩। অহুমশুবদা কাংজীয়া গোপালনা ইবা বল্লাল চরিতকী রাক্ষমদা ইরিবা বল্লালসেন নিংথৌমা পানবা বাঙ্গলা দেশগা থ্বাইদগী নক্লবা মণিপুরদি ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক মণিপুব অসিনা ওইরি। মসিনসু অচৌবা থুদম শাক্কিনি।

৪। মরিশুবদা শ্রীযুক্ত কোঙ্গেংবম ধন সিংহনা ইবা "শ্রীশ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তন" কৌবা লাইরিক্তা, ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক মণিপুব অসি মমাংঙৈ মতম অমদা গন্ধর্ব্বনা পালম্মী মথংদা অর্জ্জুনগী মচা বভ্রুবাহননা নিংথৌ ওইরম্মী হায়না থুদম— শাক্কি চাওরবা ইহুনা লৈ। পৃঃ ১৫

৫। মঙাশুবদা শ্রীযুক্ত অতোম্বাপু বিদ্যাবত্ন শর্ম্মা পণ্ডিতরাজ অসিনা ইবা "মণিপুর ইতিহাস" লাইরিক অসিনা ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক অসি বভ্রুবাহননা পালল্লা মণিপুর অহুনি হায়না মথেক লানা ইহুনা তাক্লি।

৬। তরুকশুবদা মৈতৈ মরেপ্পা ইবা য়াম্না লিববা লাইরিক "সতিং সকোক" কৌবা পুয়াদা মৈতৈ লৈবাক অসি মণিপুব হায়না মিংথোনখিবগী মরমদা য়াম্না শেংনা ইহুনা তাক্লি।

৭। তরেৎশুবদা মহাভারত পুরানগী অশ্বমেধপর্ব্বগী মমুংদা ১দি, আদিপর্ব্বগী মমুংদা পাণ্ডবকী অর্জ্জুননা মৈতৈ লৈবাক মণিপুরদা গন্ধর্ব্ব জাতিনা পাল্লিঙৈগী মতমদা লাক্লম্বা, চিত্রাঙ্গদাগা লুহোংখিবগী রারী। মথংদা বভ্রুবাহননা অর্জ্জুনগা মপা-মচা লান শোক্লবদা অর্জ্জুন শিররদা শ্রীকৃষ্ণ লেংঙকপা, অর্জ্জুন হিংগৎপগী রারী। অসিগা লোইননা বভ্রুবাহন্না মণিপুরদা পালম্মী হায়রগী লেংত্রবা থুদম শাক্কি চাওনা ইহুনা লৈরি।

অদুম্না লাইরিকশিং অসিনা মৈতৈ লৈবাক মণিপুর অসিদা বভ্রুবাহনন্না নিংথৌ ওইরম্মী হায়না পাওথুম, থুদম, শাক্কি চনা মাংনা যোত অমথক্তা ওইনা তাক্লি। মরম অসিনা ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক

মণিপুর অসি দ্বাপুর যুগকী মমৈদা বভ্রুবাহন্না নিংথৌ ওইনা পালন্মী হায়বা অসি চিংননিংঙাই লৈতনা চুম্লে। অমুক য়েংননিংঙাই লৈব্রে। হৌজিক হৌজিকসু ভারতকী মনুংদা মণিপুর হায়না খংনরিবা লম অসি ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক অসিমথক্তনি। অতৈ মীরৈবাক্না মৈতৈ লৈবাকপু কংলৈপাক হায়না খংনদে, মণিপুর হায়না খংনৈ।

কনাগুম্বনা মৈতৈ লৈবাকপু পামহৈবা নিংথৌগী মতমদা সান্তীদাস গোযাইনা মণিপুর হায়না থোনজিনখি হায়বছু অচুম্বা রাকম নত্তে। ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাকপু মণিপুর কৌখিরম্বদি দ্বাপুর যুগতগী অহুম কৌরম্লে। মৈতৈ ময়েক্না ইবা লাইরিক কয়াদসু ঐখোয়গী লৈবাকপু মণিপুর হায়না ইরম্বা অসি মৈদিংঙু ক্যাম্বা নিংথৌগী মতমদগীসু লৈরম্মী হায়না হৌজিক্কী সনা কোম্বুংগী পণ্ডিত লোইশংগী পণ্ডিত অচৌবনসু হায়রি।

( পণ্ডিতকী মফমদা হংজবা রাহং অমসুং পাওখুম )

রাকম অসিদগী খংলে মহুদি— মৈদিংঙু ক্যাম্বাগী মতমদসু মৈতৈ ময়েক্ন ইবা লাইরিক্তা মণিপুর কৌবা মিং য়াওরবনিনা মৈদিংঙু পামহৈবগী মতমদা নৌনা থোনজিনবা নত্তে। লোইননা উরাঙাংজুবনা পরাঙাংঙোইবা পোকই হায়বা অসিনসু ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক্তা চিত্রাঙ্গদানা বভ্রুবাহন পোকখি হায়বা অসিসু খংলে।

খুদম ময়াম অসিনা মরম ওইহুনা দ্বাপুর যুগকী মমৈদা বভ্রু বাহন্না পালম্মী হায়রিবা মণিপুর অহু ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক মণিপুর অসিনা চুম্লে।

## কংলৈপাক

কংলৈপাক হায়বদি— "অকংবা লৈপাক" হায়বনি। অকংবা লৈপাক মফম খুদিংমকপু কংলৈপাক নত্তে। কংলৈপাক কৌবদি—

নিংথৌনা লৈবা কোন্নুং অকংবা লৈফম, হায়বদি চোত্তবা ঈশিং পক্তবা লৈফম কোন্নুংতুগী অকোইবা ঙমখৈ অতুগী মখৈতবু কংলৈপাক কৌই।

মণিপুরগী মন্নুংদা কংলৈপাক মফম য়াম্না লৈ। মতুদি—মোইরাংদা খুমন্দা, মৈতৈদা, অঙোমনচিংবা নিংথৌশিংনা লৈরম্বা অকংবা লৈফম কোন্নুং ওইবগী ঙমখৈ ঙমখৈশিং অতু কংলৈপাক কৌই।

মোইরাং নিংথৌনা লৈবা কোন্নুংবু মোইরাং কংলৈপাক কৌই। মাগী মরমদা ইবা লাইরিকপু মোইরাং কংলৈরোন কৌই।

খুমনগী কোন্নুংবু খুমন কংলৈপাক কৌই। খুমন কোন্নুংগী রারীবু খুমন কংলৈরোন হায়না খংনৈ।

মৈতৈ নিংথৌগী কোন্নুংবু কংলা হায়না খংনৈ। মৈতৈ নিংথৌগী কোন্নুংদা পণ্ডিতশিংনা চহি খুদিংগী নিংথৌগী থৌদোক রাথোক ইশিন্দুনা থম্মী, লাইরিক অদুবু কংলৈ নিংথৌ চহি হায়না কৌই। মৈদিংঙু ক্যাম্বা নিংথৌগী মতমদা চৈরাওবদা চৈথাবা চৎনরকখি। মতম অদুদগী হৌদুনা লাইরিক অতুগী মমিং চৈথারোন কুম্বাবা হায়না কৌখি।

মরম অসিনা কংলৈপাক হায়বদি কোন্নুং অতুগী পাকচাওবা ঙমখৈ খরতুগী মখৈতবুনি। কংলৈপাক হায়রগা মণিপুরগী লমখৈ পুম্নমকপু ওইগদবা নত্তে। মণিপুর হায়রগা মৈতৈ লৈবাক পুম্নমকপু খংনৈ। কংলৈপাক হায়রগা নিংথৌগী কোন্নুং অতুতমক খংনগনি।

রাফম অসি সাং শগোলবন্দ মোইরাং লৈরক্তা লৈবা শ্রীযুক্ত রাহেংবম গৌরচন্দ্র সিংহ "গৌরোলাকপা" ওঝানা হায়বিরকখি। (তাং ১৮/৯/৯২ দা) ইরাই মুমিত্তা হায়বিরকখিবনি।

অসুম্না ঐখোয়গী মণিপুরগী অখং অহৈ পণ্ডিত ওঝাশিং কয়ানা মাগী মাগী খংজবা মোট পিনরকপদা ঐখোয়গী লৈবাক মণিপুর অসি মহাভারতকী মণিপুর অতুনি হায়না ময়াম্মক মোট চপ মান্নবা পিরি।

লাইরিক মখল কয়াদা ইহুনা লৈরমলিবা পুম্নমকন্থ চপ মান্নবা মোঙ্ডা ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক মণিপুর অসি বভ্রুবাহননা পালম্বা মহাভারতকী মণিপুর অহুনি হায়না পিরিবা অসিনা অচুম্বনি অমুক য়েৎননিংঙাই ওইদে।

তৌবদি মহৌশা দ্বাপুর যুগতা ওইরম্বা মণিপুর অহুগা হৌজিক ওইরিবা মণিপুর অসিগা চাংদম্নহুনা য়েংলুরবদি খজিক্তং কাওবা নক্কবা য়াদ্রে। করি অমত্তা মরি লৈনদবগুম্না হিরম খুদিংমক্তা পুমওন ওনথ্রে। মসিস্থ মতমগী য়াওন্নী মণিপুরদগী নত্তে, ভারত খণ্ডগীস্থ নত্তে পৃথিবী পুম্নমক্কী ওইনা যুগ যুগকী ওইবা মতমগী য়াওনদি তাইবংপান্বগী হৌন-শানি।

মতমগী য়াওন মতুং ইন্না মহৌশা মহাভারতকী মতমদা ওইরম্বা মণিপুর অহুগা হৌজিক্কী মতমদা ওইরিবা মণিপুর অসিগা মওং মতৌ মান্নদ্রগস্থ লৈবাক লৈফমদি হোংবা নত্তে যুগকী অওনবনা মশক মতৌ মওং মান্নদনা উবতনি। বেদনা হায়বা তাইবংপান্বগী ওইনা যুগকী অওনবা মওং শমলপ্না মখাদা থমজরি।

# যুগ মরি।

## ১—সত্য যুগকী মপোক

বৈশাখ কৌবা থাগী পানখৎলকপা হুমনি পান্বা নোংমাইজিং হুমিত্তা সত্য যুগ পোকই (হৌই)। যুগ অসিগী মতম চহি ১৭,২৮,০০০ (লাক্ক তরাতরেৎ লিশিং কুনগা নিপান) না শাই।

যুগ অসিদা ঈশ্বরনা অবতার "শায়োন" মরি তৌই। মহুদি ১—অহান্বদা ঙা ওইনা, ২—অনিস্থবদা থেঙ্গু ওইনা, ৩—অহুমস্থবদা ওকলাবা ওইনা, ৪—মরিস্থবদা 'নরসিংহ' হায়বদি হকচাংনা মীগী মশক

কোক্লা নোংশা ওইবা মরি অসিনি।

যুগ অসিদা পাম্বা নিংথৌদি বৈবস্বত মনু, ইক্ষ্বাকু, বলি, পৃথু, মান্ধাতা পুরুরবানচিংবা নিংথৌ কয়া পানখি। মীওইবগী পুন্সিদি চহি (লাক্ষ) ১,০০০০০ অমনি। যুগ অসিগী মীওইবগী ৱাংবা খুত্থুপ ২১ নি। থরাইনা শরুগী মনুং তিংদা লৈ ইচ্ছা মৃত্যুঃ নি, শিনিংদ্রিবা মখৈ হিংবা য়াই। মতমত্থুগী মীওইবনা শিজিন্নবা পাত্রদি চানবা থকুবা পুখম তেঙ্গোৎ খুজাইনচিংবা সনাগী পাত্রদা ভাক্তা শিজিন্নৈ।

মতম অত্থু সাম বেদনা অথোইবা লাইরিক্নি। পুষ্কর তীর্থনা অথোইবা তীর্থনি। ধর্ম্ম খোংফম ৪ মপুং লৈ, পাপ অমত্তা য়াওদে।

## ২—ত্রেতা যুগকী মপোক।

কার্ত্তিক কৌবা থাগী পানথংলকপা নিংথৌকাবা সুমিত্তা ত্রেতা যুগ পোকই (হৌই)। যুগ অসি চহি ১১,৯৬,০০০ (লাক্ষ তরানিথোই লিশিং মরিফুতরাগা তরুক) না শাবনি। ত্রেতা যুগ অসিদা বামন; পরশুরাম, শ্রীরামচন্দ্র ৩ অসি অবতার তৌই, "শায়োল্লি"।

যুগ অসিদা সুর্য্যবংশগী নিংথৌ ব্রহ্ম, মরীচি, কশ্যপ, সাবর্ণিক, মনুঃ, ধনুঃ, সুষেণ, হরিদাস, যৌবনাশ্ব, মুচুকুন্দ, শতবাহু, বেণ, পৃথু, ইক্ষ্বাকু, দ্যোতকর, বৎসপ, শ্রেষ্ঠধর, কবুৎস্থ, শতঞ্জীব, দণ্ড, হরিব, বিজয়, হরিশ্চন্দ্র, রোহিতাশ্ব, মৃত্যুঞ্জয়, মহাপদ্ম, ত্রিশঙ্কু, উচ্চাঙ্গদ, মরুৎ, অনরন্য, বিকর্ণবাহু, সগর, অংশুমান, অসমঞ্জা, ভগীরথ, অশ্বঞ্জয়, রঘু, মনিদীলিপ, অজ, দশরথ, শ্রীরাম অমসুং লব কুশনচিংবা নিংথৌ পালম্মী।

যুগ অত্থুগী মীওইবগী পুন্সি চহি ১০,০০০ (লিশিং তরা) পুন্সি। ৱাংবনা খুত্থুপ ১৪ ৱাংই। থরাইনা শরুদা লৈরে। মতম অত্থুগী পাত্র চান থরুবা পুখম তেঙ্গোৎ খুজাইনচিংবা লুপাগী পাত্রদা শিজিন্নরম্মী। যুগ অত্থুগী লাইরিক্তি ঋগবেদনা অথোইবনি। নৈমিষারণ্যনা অথোইবা তীর্থনি। মীওইবনা দান ধর্ম্ম তৌবদা পুক্নিং চঙ্লরম্মী। যুগ অসি পাপ খোংফম অমা য়াওরে পুন্না খোংফম ৩ লৈরি।

## ৩—দ্বাপুর যুগকী মপোক

ভাদ্র কৌবা থাগী শিথরকপা ১৮ নি পাম্বা শগোনশেন সুমিত্তা দ্বাপুর যুগ পোকই (হৌই)। যুগ অসি চহি লাক্ষ নিপানগা লিশিং হুমফু-মরিনা শাই (৮,৬৪,০০০)। যুগ অসিদা ঈশ্বরনা বলরাম কৃষ্ণ ১দি বুদ্ধদেব অনি অসি অবতার তৌই (শায়োল্লি)। যুগ অসিদা পাম্বা নিংথৌদি :— শাল্ব, বিরাট, হংসধ্বজ, কংসধ্বজ, বভ্রুবাহন, রুক্মাঙ্গদ, শান্তনু, দুর্য্যোধন, যুধিষ্ঠীর, পরিক্ষীৎ, জন্মেজয়, বিষ্বকশেন, শিশুপাল, জরাসন্ধ, উগ্রশেন ১দি কংস অসিনচিংবা নিংথৌ পানখি।

মতম অসিগী মীওইবগী পুন্সী চহি ১০০০ অমনি। রাংবনা খুতুপ ৭ রাংই। থরাইদি ঈং-তোংদা লৈরে, পাত্রাদি কোড়িগী পত্রদা শিজিন্নৈ। যুগ অসিগী লাইরিক্তি যজুর্ব্বেদনা অথোইবনি। অমসুং তীর্থদি কুরু-ক্ষেত্রনা অথোইবা তীর্থনি। দ্বাপুর যুগকী মতমদা ধর্ম্ম অনি পাপ অনি তংখাই ওইনরে হায়বদি পাপ ২ পুন্য ২ ওইরে।

## ৪—কলিযুগকী মপোক।

মাঘ কৌবা থাগী পূর্ণিমা ইরাই সুমিত্তা কলিযুগ পোকই (হৌই)। যুগ অসি চহি লাক্ষ মরিগা লিশিং কুন্থ্রানিথোইনা (৪ ৩২,০০০) শাবনি। যুগ অসিগী লোইরমদাই সন্ধ্যাদা ঈশ্বরনা কল্কি ওইনা অবতার তৌগনি (শায়োনগনি)। যুগ অসিগী মীওইবগী পুন্সীদি চহি (১২০) চামগা কুন্নি। মতম অসিগী মীওইবগী রাংবনা খুতুপ ৩ ১/২ (অহুম মথাই) দমক রাংবা ওইরকখিগনি।

থরাইদি হকচাংদগী মপান্দা চিঙ্গাক্তা লৈথরে চাদ্রবদি হিংবা শুম্নরোই। কলি যুগ মতমদা পাম্বা নিংথৌ যুধিষ্ঠীর, পরিক্ষীৎ, জন-ম্মেজয়; বিক্রমাদিত্য অসিনচিংবা চন্দ্রবংশগী নিংথৌরোন ১২০ না মথং মথং পানখি। অদুগী তুংদা সাহা সোলতাননচিংবা মমিং চৎপা মীওই মুসলমান শাগৈগী নিংথৌ (৬১) হুমফুমাথোইনা চহি ১২৪৪ (লিশিং অমগা চনি নিফুমরি) চুপ্পা নিংথৌ ওইখি।

মথংদা ইংলণ্ডগী মীওইনা অধিকার তৌরকখি। কলি যুগতা পুন্যদি খোংকম অমখক্তা মন্ডাইরে পাপনা খোংকম অহুম মপুং ওইরে।

কলি যুগতা গঙ্গানা অথোইবা তীর্থনি। থোংনবা চান-থক্লবা পাত্রদি নিয়ম লৈতে। ধর্ম্ম লৈবা, তপস্যা তৌবা, সত্য ওইবা, অচুম্বা চৎপা কলিযুগতা অয়াম্বনা লৈররোই। যুগ অসিদা পৃথীবীগী মহৈ মরোং মরু মরাংগী চাথোক য়াম্নবোই। কলিগী নিংথৌ পুকচেল চুম্ন-রোই, কলিগী ব্রাহ্মণ অয়াম্বনা বেদ সাস্ত্রগী চৎনরোন্দগী মাই ওন্থোক-প্ররগনি।

কলিগী অঙম্বনা রায়েন বিচার চুম্নরোই। কলিগী মুপা অয়াম্বা মুপীনা শুমহৎলগনি। কলিগী মুপী অয়াম্বনা সতিগী ধর্ম্ম লমচৎ ঙাক্লররোই। কলিযুগকী মীওই অয়াম্বদি পাপকী রাথন্দা লুপ্নরগনি।

মতম অসিগী সাধুশিংদি মতুংশোন্বা মথৌনা লৈতবা ওইরগনি। ফত্তবা মীওইনা হৈশিংবা থৌনা ফবা অচুম্বা শারগনি। কলিগী স্বভাবনা কনখৎলকপদা বেদমার্গগী মোট মতুংইন্না চৎপা সাধুশিং অরাবা ওইরগনি। কলিগী মুপী অয়াম্বনা লমচৎ ফত্তবী ওইরগনি। খৎনবা পাম্বা অমসুং মপুরোইববু থরোইদবা নিন্দা তৌবদা হালেংবা লৈররোই।

লনগী মরমদা পোকমিন্নবা মচিন মনাও হাৎনরগনি। বেদগী রাস্থ থৌওইররোই লাইরিক্কী রা, পুরানগী রা থাজনরক্লরোই। ম্লেচ্ছ জাতীগী নিংথৌশিংনা লনদা থরাই লুপ্নরগনি। মহৌশাগী লাইনিং লাইশোন ধর্ম্ম কর্ম্মগী থৌরমদা থৌওইনররোই। গঙ্গা ইচেনগী মগুণ মচেৎ মচেৎ মাংথরক্লগনি।

কলিযুগকী লানননবা পাম্বৈদি ব্রহ্মনামনি: মহুদিঃ হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে। হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে। অসিনি। কলিযুগকী কুমশিং ৪,৩২,০০০ নি। কুমসি শকাব্দা ১৯১৬ ফাওবদা চহি ৫০৯৫ হৌগ্রে চহি ৪,২৬,৯০৫ রাৎলি। + ।

# অবতার—শায়োন

মতৌ অসুমা তাইবংপানবা অসিদা মতমগী খোংচৎপু ঈশ্বরনা ৪ থোকনা শেমদোকই। যুগ মরি অসিদা ঈশ্বরনা মশিং লাকওমদনা অবতার তৌই, হায়বদি শায়োম্নি। যুগ খুদিংগী শায়োনবগী মরমদা শ্রীমদ্ভাগবত লাইরিকনা হায়বা রা লৈ। মতুদিঃ—শ্রীমদ্ভাগবতকী অহান্না স্কন্ধগী ৩ সুবা অধ্যায়গী ২৬ সুবা শ্লোক্তা হায়রি।

অবতারা হ্য সংখ্যেয়া হরেঃ সত্ত্বনিধে র্দ্বিজাঃ।
যথাবিদ সিনঃ কুল্যাঃ সরসঃ স্যঃ সহস্রশঃ। ২৬।

অর্থ—শ্রীসূত মুনিনা হায়খি :—হে ব্রাহ্মণ সা! সত্বগুণগী লৈফম ওইবা শ্রীভগবানগী অবতারদি মশিং লাকপা ওমদে, কংবা নাইদবা ঈশিং তুংনফম ইপাক্তগী ঈশিং নালা মচা ময়াম চিথোকপগুম্না অবতার পুম্নমক্না থোরকই। ২৬।

শ্লোক— ঋষয়ো মনবো দেবা মনুপুত্রা মহৌজস :।
কলাঃ সর্ব্বে হরে রেব স প্রজাপতয়ঃ স্মৃতাঃ। ২৭।

অর্থ—ঋষি, মনু, লাই, মনুগী মচা অকনবা অমসুং প্রজাপতি মখোয় পুম্নমক অসি হরিগী বিভুতি ওাক্তনি। ২৭।

অসুম্না শ্রীমদ্ভাগবতনা হায়রি। মরম অসিনা তাইবংপান্নদা লৈরিবা মী, লাই, হিংচাবা, গন্ধর্ব্ব, কিন্নু, শা, উচেক, তিল, কাং অসিনচিংবা ঈশিংদা লৈবা জীব, কংফান্দা লৈবা জীব, অচৎপা, চত্তবা অহিংবা হিংদবা পুম্নমক অসি ঈশ্বর মাঙোন্দগী ওইরকপা মক্তনি। মুমিৎ, থা, থন্নানমিচাক, মৈ, ঈশিং, মুংশিৎ, আকাশ, পাতাল, মথক, মখা, অচৌ, অপিক পুম্নমক অসিসু হরি মাগী বিভুতিনি। অসুম্না ওইবা ঈশ্বর মাগী মশকপু ব্রহ্ম হায়নসু কৌই।

মথক্তা হায়গ্রবা ২৬ সুবা শ্লোক্তা হায়বগুম ঈশ্বর মথন্দতগী অবতার ময়াম "শায়োন ময়াম" অসি ওইরকপনি। মসিগী অশেংবা খুদমদি— য়াম্না চাউবা অরাংপা লৈত্রবা কংবা নাইত্রবা ঈশিং অচৌবা অত্থদগী, মাইগৈ কয়াদা তুরেন অচৌবা কয়া অমা চেন্থনরি। চেন্থরিবা তুরেন. অচৌবা অত্থদগী মকম কয়াদা খোং কয়া লৌখোং কয়া কয়াস্থু থাইহুনা চেন্থখরি। লৌখোং অত্থদগী অমুকস্থু মাইগৈ মাইগৈগী ওইনা মকম কয়া কয়াদা খোংমচা মচা কয়া অমা লৌবুক লৌবুক্তা পুশিন্নরি, লৌবুক্কী ফৈদোম খুদিংদা থাজিল্লি। ফৈদোম্নদগী ঈশিং অত্থ ইথোংদা চেন্থরক্লি, চেন্থরক্লিবা ইথোংদগী ঈশিং অত্থ নাপা মচা অমদা পুররুগা অকুৎপা পুখ্রিদা থাজিল্লগা পুখ্রি অত্থ থনহল্লি। পুখ্রিদগী ঈশিং অত্থ সনাপুনদা লৌকবে সনাপুনদগী ঈশিং অত্থ খুজাইদা গিলাসদা হৈত্থনা খাইদোকলে। গিলাসদা য়াওরিবা ঈশিং অত্থ আ ... মরুগী ঈশিং ইপাক অচৌবা কংবা নাইত্রবা ঈশিং অত্থমক্লি:

অসিগুম্না তাইবংপান্বদা লৈরিবা মিৎনা হেক উরিবা পোৎ পুম্নমক অসি ঈশ্বর মাঙোন্দগী শন্দোকলকপা ঙাক্তনি। অসুম্না অপুনবা শকতম অসিবু ব্রহ্মান্দ হায়না কৌই।

ঈশ্বর শ্রীবিষ্ণুদগী তাইবংপান্বা ওইরকখিবগী মরম অত্থ বেদ শাস্ত্র লাইরিক্তা অসুম্না ইরি মহুদি:— শ্রীবিষ্ণুগী খোইদৌদগী থম্বাল পোক্লে, থম্বাল অত্থদগী ব্রহ্মা পোক্লে। ব্রহ্মানা মরিচ পোকই, মরিচনা কাশ্যপ পোকই। কাশ্যপ মুনিদগী লাইস্থু হিংচাবস্থু শন্দোকখি।

কাশ্যপ মুনিগী মুপী দিতীগী গর্ভদ হিরণ্যাক্ষ-হিরণ্যকশিপু অনি পোকই। হিরণ্যকশিপুনা প্রহ্লাদ পোকই, প্রহ্লাদনা বিরোচন পোকই, বিরোচননা বলি পোকই। অসুম্না হিংচাবগী মখৈ শন্দোকখি।

কাশ্যপ মুনিগী মুপী অদিতীগী গর্ভদা ইন্দ্র হায়না কৌবা (দেবরাজ) লাইগী মিংথৌ শোরারেন পোকই। ঙুমিৎ কৌবা লাইস্থু অদিতীনা পোই। অসুম্না লাইগী মখৈস্থু কাশ্যপ মুনিদগী শন্দোকখি।

কাশ্যপ মুনিগী মুপী বিনতাগী গর্ভদগী গরুড় উচেক পোকই। গরুড়গী ময়াম্বা অরুণসু বিনতাগী মচানি। অরুণগী মুপী শ্যেনীগী গর্ভদা সম্পাতি অমসুং জটায়ু কৌবা মচা অনি পোকই। অসুম্না উচেকী মথৈসু কাশ্যপ মুনিদগী শন্দোকখি।

কাশ্যপ মুনিগী মুপী কদ্রুনা লিন লিশিং অমা পোকই। অসুম্না লিনগী জাত মথৈসু কাশ্যপ মুনিগী মচানি (ধারানি), মুনিদগী শন্দোকখিবনি।

শম্না হায়রবদা লাই, হিংচাবা, গন্ধর্ব, কিন্নর, শা, উচেক, লিন, তাইবং মী, ঈশিংদা লৈবা ওানচিংবা জীব, অচৎপা চঙবা জীব, অচৌ অপিক, চিং, মান, উ, রা, নাপীনচিংবা মিংনা হেক উরিবা পোং পুম্নমক অসি ঈশ্বর মাঙোন্দগী শন্দোক্লকপা মকনি। তাইবংপান্বা পুম্নমক অসি ঈশ্বর মাঙোন্দগী নত্তবা পোং অমত্তা লৈতে।

ইবাই লাইবা খুদম অমনা—কনাগুম্বা মুপা অমগী মচানুপা তরেৎ পোকই। মচা ৭ অহু ময়ুম পাল্লবদা, কনা অমনা মচা ৫ পোকই, কনা অমনা মচা ১০ পোকই, কনা অমনা মচা ৭ পোকই, কনান ৩ পোকই কনা অমনা ১ তা পোকই, কনান মুপাতাক্তা পোকপা য়াওই, কনান নুপী মক্তা পোকপা য়াওই, কনান মুপাসু নুপীসু য়াম্নন পোকই, কনান মচা অমত্তা পোক্তবা য়াওই।

অসুম্না মশু ময়াম অহুসু অমগা অমগা অঙাং মশিং ইমান মান্নদে। তৌথোক্লকপা থবক থৌরমসু অমগা অমগা ইমান মান্নদে। কনান ফুরিৎ তুই, কনান গাড়ি ড্রাইভর ওই, কনান স্কুল ওঝা ওই, কনান লৌ ইখোল ওই, কনান থিকাদার ওই, কনান মন্ত্রি ওই, কনান ডাক্তর ওই, কনান ইশৈ তৌই, কনান পুলিস ওই অমসুং কনান পুং তৌই।

অসুম্না লমচৎ শাজৎ ফিজেৎ চাকচা ধর্ম্ম কর্ম্ম তিন্নরক্তে। 'পু' অমত্তদগী হৌখিবা ওইহুনসু, শাচাবা যু থকপা য়াওরকই। কনাগুম্বা

ঙা চাদবস্তু য়াওরকই। কনাগুম্বা সঙ্গোম হৈনদবা ( চাদবা ) য়াওরকই।

ধর্ম্মদসু মায়রক্তে ; কনান কৃষ্ণ ভক্তিদা পুক্নিং চংই, কনান খৃষ্টান ধর্ম্ম পামনা চংপা য়াওরকই, কনান মত্থু য়ানিংদে, কনান সনামহি লাইনিং প্যামা চংলি, কনান মত্থু য়ানিংদে। অসুম্না 'পু' অমত্তদগী হৌরকপা ওইহুনসু পুকচেম মায়রক্কবদগী থৌরম তিন্নরক্কবদগী কাংলুপ কাংলুপ নাইনা শাগে তোঙান তোঙান্না ওইরকখি। পাথংবগী থাক্সাদগী য়েক ৭ থোকখিবা অমদি নিংথৌকাংবনা কংথনলৈমা পাম্নহুনা মচা ৯ পোকপা অহুনা শলাই ৯ থোকখিবা অহুসু হায়রিবা খুদম অসিমক্তি।

অসুম্না ঈশ্বর মখক্তদগী তাইবংপান্না অসি ওইরকখি। তাইংপান্দা ওইরিবা মওং পুম্নমকসি ঈশ্বরনা শান্নবা লিলানি। ঈশ্বর মহাক্না লিলা হৌদ্রিঙৈগী মমাংদা অদুম্না শান্নগে হায়না খনবা পুক্নিংগী অপাক্পা অহু মথং মনাও নাইনা শান্নবনি, হায়রবদি মসিগী মথংদা মসি ওইহনগে হায়বা অহু হায়না লেংথোক্কনা লোইরবা মতুংদা কোয়না লিলা অহু মথং মনাও নাইনা শান্নবকপনি।

কনাগুম্বা ড্রামা ইবা মুপা ভমনা শান্নরক্কদৌরিবা লিলা অহু রাখন তৌনা খল্লগা হায়নি ইথোক্লগা কোয়া ড্রামা অহু শান্নরকখি। অহুগুম্না ঈশ্বর মানা মাগী পুক্নিংনা লেংথোকপা লোইরগা কোয়া লিলা অহু শান্নরকপনি। ঐখোয় পুম্নমক মহাক্কী লিলা য়াওরিবনি। ঈশ্বর মাগী লিলাদা ঐখোয় পুম্নমক কনান নিংথৌ শারি, কনান মন্ত্রি শাবি, কনান চাকনিবা, কনান সাহেপ কনান ডাকু, কনান সাধু, কনান চণ্ডাল অমসুং কনান বৈষ্ণব শাবি। শা, উচেক, তিন কাংনচিংবা জীব পুম্নমক অসিসু ঈশ্বর মাগী লিলাদা পার্ট অমমম লৌনহুনা শরুক য়ানরিবনি। মসিবু ঈশ্বর মাগী মায়ানা কুপখিহুনা তাইবংপান্নগী জীবশিংনা খংবা ঙম্নদ্রিবনি।

কনাগুম্বা ঈশ্বরগী থৌজান ফংলবা মুনি ঋষি সিদ্ধ লৈরবা কনা কনাগুম্বনা ঈশ্বরগী থৌজাল তুংদা শান্নরক্কদৌরিবা লিলাবু খংবা ঙম্বা

য়াওই। মাখোয় অহুবু মতম অহুম খংবা কৌই, হায়বদি হৌগ্রবা মতম, হৌজিক ওইরিবা মতম, তুংদা ওইরকদবা মতম ৩ অসি খংবা ঙম্বা মুনি ঋষি কয়া লৈরম্মী। পনবা রাবদি নারদ ঋষি, ব্যাস মুনি, শুকদেব মুনি, সুত মুনি অসিনচিংবা কয়া লৈরম্মী। ঈশ্বরগী থৌজান কংদবা অচম্বা মীওইবদি খংবা ঙমদে।

ঈশ্বরগী থৌজান কংলবা মুনিশিং অহুনা হায়রম্মী অমসুং লাইরিক্তা ইহুনা থম্বীবম্বদগী হৌজিক্কী মীয়োম্না হৌগ্রবা থবক, হৌজিক ওইরিবা, তুংদা ওইরকদবশিংহু লাইরিক্তা, পুরান্দা য়েংলগা খংনরি।

ঈশ্বরনা অবতার তৌদ্রিঙৈ মমাংদা থৌজান কংলবা মুনিনা হায়না ঈশ্বরনা অবতার তৌরগা শামরকদবা লিলাশিং ইরম্মী। মতুংগী তসেংবা খুদম:—শ্রীরামচন্দ্র পোকদবা চহি লিশিং ৬০ গী মমাংদা বাল্মিকি মুনিনা রামায়ন লাইরিক অসি ইখিবনি হায়না লাইরিক্তা লৈ।

খুদম অমনা শ্রীমদ্ভাগবত লাইরিক্তা ইহুনা লৈ। মহুদি:—শ্রীমদ্ভাগবতকী অহান্বা স্কন্ধগী ৩সুবা অধ্যায়দা শ্রীভগবান্না যুগ ৪ দা অবতার তৌবগী রারি শ্রীসুত মুনিনা মুনি ময়ামগী মফমদা লিখি।

শ্রীসুত মুনিনা ব্রাহ্মণশিংগী মফমদা হায়খি, হে ব্রাহ্মনসা শ্রীভগবান্না ত্রেতা যুগতা রাম অবতারগী মথংদা তৌবা অবতার তারো।

শ্রীমদ্ভাগবতকী প্রথম স্কন্ধগী তৃতীয় অধ্যায়গী ২৩ সুবা শ্লোক্তা অসুম্না হায়খি। মহুদি:—

একোনবিংশে বিংশতিমে বৃষ্ণিষু প্রাপ্য জন্মনী।
রামকৃষ্ণাবিতি ভুবো ভগবান হরদ্ভরং। ২৩।

অর্থ—(১৯) তরাম্নাপন সুবদা (২০)কুনসুবদসু বৃষ্ণি শাগেদা রাম কৃষ্ণ অমি ওইনা পোকনা পৃথিবীগী অকনবু লৌথোকপী। ২৩॥

শ্লোক অসিনা হায়বা মতম অসি বলরাম কৃষ্ণ অমিনা অবতার তৌরবা মচিন মনাও পোক্লবা মতমগী রাফমনি। ২৩॥

২৪ সুবা শ্লোক্তা।

ততঃ কলৌ সংপ্রে বৃতে সংমোহায় সুরদ্বিষাং।
বুদ্ধোনাম্নাঞ্জন সুতঃ কীকটেষু ভবিষ্যতি। ২৪ ॥

অর্থ= অদুগী তুংদা কুনমাথোইসুবদা কলি চংলবদা হিংচাববু সুমহৎকে হায়বগীদমক বুদ্ধ কৌদুনা অঞ্জনগী মচা ওইনা গয়া প্রদেশদা ওইগনি। ২৪ ॥

শ্লোক অসিনা হায়রিবা মতম অসি বুদ্ধদেবনা অবতার তৌরিঙৈ (পোক্লিঙৈগী) ৱাফমনি। গয়া প্রদেশদা ওইগনি হায়দি পোকলকখিগনি হায়বনি। অদুগা সুত মুনিনা মুনি ময়ামগী মফমদা ৱারী লিবা অসি বুদ্ধদেব পোক্লিঙৈগী মতমদা লিবনি।

২৫ সুবা শ্লোক্তা।

অথাসৌ যুগ সন্ধ্যায়াং দস্যুপ্রায়েষু রাজাসু।
জনিতা বিষ্ণুযশসো নাম্না কলকির্জগৎ পতিঃ। ২৫ ॥

অর্থ— অদুগী তুংদা কলিগী সন্ধ্যাংশদা ( কলি লোইশিল্লকপদা ) নিংথৌ পুম্নমকনা দস্যুগী মতৌ ওইরক্লবদা বিষ্ণুযশা ব্রাহ্মণগী মচা ওইদুনা কলকি কৌদুনা তাইবং মপুনা পোকনি। ২৫ ॥

শ্লোক অসিনা হায়রিবা মতম অসি ঈশ্বরনা অবতার তৌগদবা ( শায়োনগদবা ) মতম ৱাংলি হায়না তাক্লি। কলিগী যুগ সন্ধ্যাংশদা হায়বদি—কলি যুগকী অরোইবা মতম, লোইশিল্লকপা মতমদা হায়বনি। সন্ধ্যা হায়বদি অনিগী তাইনফম অদুবু সন্ধ্যা কৌই। অঙাম্বগা অমম্বগা তাইনফমম্বু সন্ধ্যা কৌই! অদুনা কলিগী পুমলোই লোইশিল্লকপা মতম অদুদা ঈশ্বরনা খা ভারত্তা কলকি কৌদুনা অবতার তৌরকখিগনি। মতম অদু কুমসি ইংশোক ১৯৯৪ দগী চহি ৪,২৬,৯০৫ লোম ৱাংলি (লাক্ক মরিগা লিশিং কুনগা তরুক চামাপনগা মঙা লোম ৱাংলি)।

শ্রীমদ্ভাগবতকী শ্লোকা হায়রুবা ঈশ্বরনা অবতার তৌবগী রাকম অসি হৌজিক ময়াম্না থংলে মতুদিঃ— ভূত, ভবিষ্যৎ, বর্ত্তমান কৌবা মতম ৩ গী রাকম তাক্লি। ভূত = হৌখ্রবা রাকমদি শ্রীরামচন্দ্র কৌহনা অবতার তৌখি। বর্ত্তমান = হৌজিক ওইরিবা রাকমদি শ্রীবলরাম কৃষ্ণ ২ন্না অবতার তৌবিরিবনি। ভবিষ্যৎ = তুংদা ওইরকপা রাকমদি— বুদ্ধ কৌহনা অঞ্জনাগী মচা ওইনা গয়া প্রদেশদা ওইগনি।

অসুম্না বুদ্ধনা পোকত্রিবদা শ্রীসূত মুণিনা ব্রাহ্মণশিংগী মফমদা শ্লোক অসি হায়খি। ওইরকখিগনি হায়বা রাকম অদু করিমতা কায়দনা কলিযুগকী হৌগৎলকপদা বুদ্ধদেব শায়োনগে।

মথংদা ভবিষ্যৎ = তুংদা ওইরকখিগদবা, কলিযুগকী সন্ধ্যাংশদা হায়বদি কলিযুগনা লোইশিনরকপা মতমদা মমৈদা ঈশ্বরনা কল্কি হায়না কৌহনা তাইবং মপুনা পোকনি।

অসুম্না হায়রিবা রাকম অসিদু পোইদনা ঈশ্বরনা মতম অদু য়োরগা অবতার তৌরকখিগনি। মসি লৈকোই পোইরোইদনা লাইরিক্লা হায়বা লাইগী বা লমইরম্লি।

কলিযুগ অসি লোইগদবা কুমশি শকাব্দা ১,৯১৬ দগী চহি লাক মরিগা লিশিং কুনগা তরুগা চামাপনগা মশা (৪,২৬,৯০৫) অসি রাংলি।

এ। অসুম্না হিন্দু শাস্ত্রগী লাইরিক্লা চহি খুদিংগী লাওরি। কলি কৌবা যুগ অসিগী জীবশিংগী লামনবা পাবেদি হরি নামনা অথোইবনি। শ্রীমদ্ভাগবতনচিংবা হিন্দু শাস্ত্রগী লাইরিক খুদিংমক্তা হায়রি।

ঐখোয়গী মনিপুরদসু অহান্নদা খংত্রিবদি হিন্দু ধর্ম চৎনরমদে। ভারতবর্ষদা লৈরিবা ধর্ম মখল কয়াদগী মনিপুরগী মৈতৈ ইপা-ইপুশিংনা হিন্দু ধর্ম্মনা অথোইবনি খল্লুরবদগী য়াম্না পাম্না চৎনরম্মী। মতুদগী হৌজিক ফাওবা ঐখোয়না ইপা-ইপুগী ইমাৎপু ভারা চৎনরি।

## মনিপুর কৌথিবা

(১) অহান্বদা অরন্য নগর কৌই।
(২) অনিস্নুবদা মেখলাদেশ কৌই।
(৩) অহুমস্নুবদা মণিপুর কৌই।

মণিপুর কৌরবা মতমদা পান্বা ইহান হান্বা নিংথৌ আনন্ত কৌই (১)। মথংদা চিত্রকেতুদা নিংথৌ ওইজরো পিরম্মী। চিত্রকেতুদি গন্ধর্ব্বনি (২)। মথংদা শিখরগদানচিংবা নিংথৌরোন কয়াগী মতুংদা অকোন্বদা চিত্রভানু (৩)। চিত্রভানুনা মণিপুরদা গন্ধর্ব্ব জাতিগী নিংথৌ খমলে।

মথংদা অর্জ্জুনগী মচা বভ্রুবাহননা মণিপুবগী নিংথৌ ওই।
মথংদা পোংদেশগী নিংথৌ।
অহান্বা নিংথৌ তৌখাংখু কৌই (১)।
অনিস্নুবদা নিংথৌ তৌহাংখু কৌই (২)।
অহুমস্নুবদা নিংথৌ তৌহাং পে কৌই (৩)।

মথংদা

| মশিং | নিংথৌগী মমিং | পালন্বা চহি |
|---|---|---|
| ১) | মৈদিংঙু নোংডা লাইরেন পাখংবা | ১২০ |
| ২) | মৈদিংঙু খুয়োই তোমপোক | ১১০ |
| ৩) | মৈদিংঙু তাওথিংমাং | ১০০ |
| ৪) | মৈদিংঙু খুইনিংঙোনবা | ১৫ |
| ৫) | মৈদিংঙু পেংশিবা | ১৫ |
| ৬) | মৈদিংঙু কাওখংবা | ১৭ |
| ৭) | মৈদিংঙু নাওথন্বা | ১৭ |

৭ অসি লাইগীশিংদা চহি হায়না পুরান্দা লৈ

| মশিং | নিংথৌগী মমিং | পাম্বা চহি | মশিং | নিংথৌগী মমিং | পাম্বা চহি |
|---|---|---|---|---|---|
| ৮) | মৈদিংগু নাওফংবা | ৯০ | ৩১) | মৈদিংগু কোংয়াম্বা | ১১ |
| ৯) | ,, সমৈরাং | ৫০ | ৩২) | ,, তেলহৈবা | ২০ |
| ১০) | ,, উরাকোন্থৌবা | ৯০ | ৩৩) | ,, তোনাবা | ৫ |
| | নিংথৌ পান্দবা | ৫ | ৩৪) | ,, তবুংবা | ৩৫ |
| ১১) | মৈদিংগু নাওথিংখোং | ১০০ | ৩৫) | ,, লাইরেম্বা | ৫ |
| ১২) | ,, খোংতেকচা | ১০ | | নিংথৌ পান্দবা | ৫ |
| | নিংথৌ পান্দবা | ১১ | ৩৬) | মৈদিংগু পুনসিবা | ২৮ |
| ১৩) | মৈদিংগু কৈরেনচা | ১৫ | ৩৭) | ,, নিংথৌ খোম্বা | ৩৫ |
| ১৪) | ,, য়ারাবা | ২২ | ৩৮) | ,, ক্যাম্বা | ৪১ |
| ১৫) | ,, অয়াংবা | ৮৯ | ৩৯) | ,, কোইরেম্বা | ৪ |
| ১৬) | ,, নিংথৌচেং | ৩৯ | ৪০) | ,, লমক্যাম্বা | ১১ |
| ১৭) | ,, চেংলৈ ইপান লান্থাবা | ২০ | ৪১) | ,, নোংইনফাবা | ১ |
| ১৮) | ,, য়াংলৌ কৈফাবা | ১৫ | ৪২) | ,, কবোম্বা | ১৮ |
| ১৯) | ,, ইরেংব | ৯০ | ৪৩) | ,, তাংজাম্বা | ৩ |
| ২০) | ,, লোয়ুম্বা | ৪৮ | ৪৪) | ,, চলাম্বা | ১৭ |
| ২১) | ,, লোইতোংবা | ২৮ | ৪৫) | ,, মুংয়াম্বা | ৩৫ |
| ২২) | ,, অতোম য়াইরেম্বা | ১৩ | ৪৬) | ,, খাগেম্বা | ৫৫ |
| ২৩) | ,, ইরান থাবা | ৩২ | ৪৭) | ,, খুনজাওবা | ১৫ |
| ২৪) | ,, থরান থাবা | ৩৬ | ৪৮) | , পাইখোম্বা | ৩২ |
| ২৫) | ,, চিংথাং লান্থাবা | ১১ | ৪৯) | ,, চরাইরোংবা | ১২ |
| ২৬) | ,, থিংবাই শেলহোংব | ৫ | ৫০) | ,, পামহৈবা | ৩৯ |
| ২৭) | ,, পুরান থাবা | ১৬ | ৫১) | ,, চিংশাই | ৪ |
| ২৮) | ,, খুমোম্বা | ১৫ | ৫২) | ,, ভারতশাই | ২ |
| ২৯) | ,, মোইরাম্বা | ২৪ | ৫৩) | ,, মোরম্বা | ৬ |
| ৩০) | ,, থংবী লান্থবা | ৩২ | ৫৪) | ,, চিংথংখোম্বা | ১ |

| মশিং | নিংথৌগী মমিং | পাম্বা চহি | মশিং | নিংথৌগী মমিং | পাম্বা চহি |
|---|---|---|---|---|---|
| ৫৫) | মৈদিংঙু ময়রাম্বা | ২ | ৬৬) | মৈদিংঙু রাজ্যব সিংহ | ১ ২/৩ |
| ৫৬) | ,, চিংথাংখোম্বা | ৪৭ | ৬৭) | ,, ভাগ্যসিংহ | ৫১ |
| ৫৭) | ,, নারনচন্দ্র | ৩ | ৬৮) | শ্রীযুৎ গম্ভির সিংহ | ৯ |
| ৫৮) | ,, মোধুচন্দ্র | ৪ | ৬৯) | ,, চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ | ১০ |
| ৫৯) | ,, চৌরজিৎ | ১৪ | ৭০) | ,, নরসিংহ | ৬ |
| ৬০) | ,, মারজিৎ | ৭ | ৭১) | ,, দেবেন্দ্রসিংহ | ১/৪ |
| ৬১) | ,, হেরাচন্দ্র | ৩ | ৭২) | ,, চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ | ৩৬ |
| ৬২) | ,, যুমজাওতাবা | ১ | ৭৩) | ,, সুরচন্দ্র সিংহ | ৪ |
| ৬৩) | ,, গম্ভির সিংহ | ১/৩ | ৭৪) | ,, কুলচন্দ্র সিংহ | ২ |
| ৬৪) | ,, বদ্র সিংহ | ৩ | ৭৫) | ,, চুড়াচান্দ সিংহ | ৫০ |
| ৬৫) | ,, নরসিংহ | ১ | ৭৬) | ,, বুধচন্দ্র সিংহ | ১৪ |

অসুম্না মণিপুরদা অহান্নদা গন্ধর্ব জাতিনা নিংথৌ ওইরম্মী। মথংদা অর্জুনগী মচা বভ্রুবাহন্না পালম্মী। মথংদা পোং লৈবাক্কী মীনা নিংথৌ অহুম মথং মথং পালম্মী।

অদুগী মতুংদা মৈদিংঙু নোংডা লাইরেন পাখংবা খৃষ্টগী চহি-৩৩ দগী নিংথৌ ওইরা হৌখিবা অদুদগী শ্রীযুৎ বুধচন্দ্র মহারাজ ফাওবা নিংথৌ ৭৬ না মণিপুরদা পালম্মি।

পাখংবা অস্বান তোংবদগী শ্রীযুৎ-বুধচন্দ্রনা নোংজাখিবা ফাওবদা চহি ১৯২২শুদা নিংথৌ ৭৬ অসিনা মণিপুরদা পালাকপা মতমদা মণিপুরদা অওনবা কয়া লাকখি। রাজনিতি, ধর্ম্মনিতি অমসুং অর্থনিতিনচিংবদা অওনবা লাকখি।

## মতমগী য়াওন

পাখংবদগী নিংথৌরোন ৩৮ সুবা ক্যাম্বগী হাক্তক্তা মণিপুরদা বিষ্ণু লাংপা হৌথি। চহিগী অরোইবা চৈরাওবদা চৈথাবসু হৌদোকখি য়াওন অমা শুল্লকখি।

পাখংবদগী নিংথৌরোন ৫০ সুবা পামহৈবগী মতমদা রামান্দি ধর্ম্ম চংপা হৌথি। শা চাবা য়ু থকপা ওক য়েন লোইবা ভোক্লরকখি। শিরগা মৈ থাহ্নুনা পোংলোইবা হিন্দু ধর্ম্ম চংনরকখি।

নিংথৌরোন ৫৬ সুবা চিংথংখোম্বগী মতমদা শ্রীগোবিন্দ নিরুপন ভৌহ্নুনা কৃষ্ণ ভক্তি চংনরকখি। লোইননা গৌরধর্ম্মদা য়াম্না থরাই য়াওনা চংনরকখি।

নিংথৌরোন ৭৬ সুবা শ্রীযুৎ বুধচন্দ্র মহারাজনা নোঙ্গাগ্রবা মণিপুরদা নিংথৌ পান্দ্রবগী মতুংদা সনামহি লাইনিং চংপা মৈতৈ মরুপ ফিঙাং শেংপা কাংবু অমা, ফিঙৌ শেংপা কাংবু অমা ১সুং শক্তিবুগী নোংমা পাগ্নদা চৈরাওব থর, মহৌশাগী চৈরাওবদা লাওব থর কাংলুপ অনি অহুম থোক্লা চংনবী য়াওন অমা হৌজিক হৌজিক মণিপুরদা ওইরক্লি।

পাখংবনা ফম্বান তোংবদগী কুমশি ইংশোক ১৯৯৪ দা চহি ১৯৬১ সুরে। মসিগী মন্নুংদা ওল্লকখিবা মতমগী য়াওন য়ামখরে, চিংখদনা ইরবদি লাইরিক অসি য়াম্না চাওমনগ্রগনি থম্বদগী ইজদরে পাবিরিবশিংনা ভাকপিয়ু।

# অশেংবা মণিপুর

ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক মণিপুর অসি অশেংনা বভ্রুবাহন্না পালম্বা মণিপুর অহুনি হায়বগী খুদম মরি লাইরিক্তা কোম্বনা মথক্তা পিজখরে। হৌজিক অমুক মথাতানা অশেংবা খুদম হাপচিঞ্জরি।

( মথক্তা পিঙ্লবা খুদম ৪ )

(১) মৈতৈ পণ্ডিত ওজাশিংনা ইরা মণিপুর ইতিহাস মৈতৈ পুরান্দা মৈতৈ লৈবাক বভ্রুবাহন্না পালম্মী হায়না ইরমলে।

(২) শ্রীসুবলচন্দ্রগী অভিধান্দা হৌজিক্কী মৈতৈ লৈরাক মণিপুর অসি বভ্রুবাহন্না পালম্মী হায়না ইরমলে ।

(৩) কাংজীয়া গোপালনা হায়বা বল্লালসেন নিংথৌনা পানবা বাঙ্গলা দেশগা খাইদগী নক্কবা মণিপুরদি মৈতৈ লৈবাক মণিপুর অসিনা ওইরীবা অসিগা।

(৪) শ্রীকোঙ্জেংবম ধন সিংহনা ইবা শ্রীশ্রীহরি সংকীর্ত্তন লাইরিক্তা মৈতৈ লৈবাক মণিপুর বভ্রুবাহন্না পালম্মী হায়না ইরমলে।

হৌজিক (৫) মঙামুবদা খুদম অমা— হাওদৈজাম্বা চৈতন্য সিংহগী লাইরিকশিং পুনশিনবা ; রাজকুমার শ্রীমাহল সিংহ, (বি-কম্) না ইবা মণিপুরের ইতিহাস কৌরা পেজ ৫৮ না শাবা অহাম্বা পন্দুপ্তা মণিপুরদা পানখিবা নিংথৌরোন্দা মখাগী অসুম্না ইরম্মী।

জঙ্গলী দেশ কৌরিঙৈদা ইহান হান্না লৈবাক ঙাক্কুনা পান্না নিংথৌদি মতোক লিশিং পানবা আনন্তনা পাল্লি। মথংদা গন্ধর্ব্বনা নিংথৌ ওইবগী রারীমু ইরি। মথংদা বভ্রুবাহন্না পান্বগী রারী ইরি। মথংদা মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন পাখংবনা কংলা কঙ্গাল তোংবদগী হৌনা বৃটিশ সরকারনা মণিপুরগী সাসন পাইখিবনচিংবগী রারী মাগী লাইরিক অসিগী অহানবা শরুক্তা শন্দোক্লা ইরম্মী। পাণ্ডব অর্জ্জুন মৈতৈ লৈবাক মণিপুরদা লাক্লম্বগী রারী অমসুং বভ্রুবাহনগা মপা মচা লান শোক্লখিবগী রারীমু লাইরিক অসিদা য়াওই।

শমু হাম্লরবদা ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক মণিপুরদা বভ্রুবাহননা পালম্বগী খুদম, চেনরা য়াত্রবা খুদম হৌজিক হৌজিকসু মণিপুরদা লৈরি।

১) খুদমশিং অহুমি অহান্নবদা য়ৈরিংঙু ক্যাম্বগী মতমদা মণিপুরদা শ্রীবিষ্ণু লাৎপা হৌখি হায়বা অসিনি।

২) অনিস্মুবদা বিষ্ণু অসি কদায়দগীনো? পোং লৈবাক্তী নিংথৌনা মৈতৈ নিংথৌ ক্যাম্বদা পিরখি হায়বা অসিনি।

৩) অহুমস্মুবদা পোং নিংথৌনা ফংবা বিষ্ণু কদায়দগীনো? মণিপুরদা মতম থর পালম্মী হায়রিবা পোং লৈবাক্তগী ৩ স্মুবা নিংথৌ তৌহাংপে কৌবনা বিষ্ণুবু পোং লৈবাক্তা পুখি হায়বা অসিনি।

৪) পোং লৈবাক্তা তৌহাংপেনা পুখিবা বিষ্ণু কদায়দগীনো? বক্রুবাহননা শ্রীকৃষ্ণদা মণিপুরদা লৈরিয়ু সেরা ফংজগে হায়বা মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা ঐ মক্তি খন্না সেবা তৌজৌ হায়তুনা পিরম্বা বিষ্ণু অহুনি।

রাফমশিং অসি লৈবনা মৈতৈ লৈবাক মণিপুরদা বক্রুবাহননা পালম্মী হায়বগী লেংদ্রবা খুদমনি।

৫) মঙাস্মুবদা শ্রীবিষ্ণু অহুম্মী লাইশুং ফুরা শারগা ফুরা মহুংদা লেংশিল্লি। ফুরাগী লাই লাৎলি হায়দুনা ভবিনরায়ন শর্মাগী শাগৈবু ফুরাইলাৎপম থোনখি। হৌজিকসু মণিপুরদা ফুরাইলাৎপম লৈরিবা অসিনি।

৬) তরুকস্মুবদা বিষ্ণু পুজাগীদমক বামোন ফাখিবা মফম খুরাই লাইরিকয়েংবম লৈকায়দা বামোন হিদেন হায়না লৈরিবা অসিনি।

৭) তরেৎস্মুবদা লময়াংদোংবু বিষ্ণুপুর কৌরিবা অসিনি।

মৈতৈ লৈবাক মণিপুরদা বক্রুবাহননা পালম্মী হায়বগী লেংদ্রবা খুদম ময়াম অমা হৌজিক মণিপুরদা লৈরিবা অসিনি। মরম অসিনা ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক মণিপুর অসি বক্রুবাহননা পালম্মা মণিপুর অহুনি হায়বা মরোক শেংনা থংলে।

# মণিপুরদা মৈতৈ লাইনিং

মণিপুরদা পাণ্ডব অর্জ্জুনগী মচা বভ্রুবাহননা পান্বা মতমদা শ্রীবিষ্ণুবু ইরাৎ পূজা তৌবগী লাইনিং চৎনরম্মী হায়বা অসি খংলে।

মথংদা পোং লৈবাক্কী মীনা নিংথৌ ওইবা মতমদা শ্রীবিষ্ণুব ইরাৎ পূজা তৌরম্বা য়াই হায়না থাজনৈ। তশেংবদি হায়বা ঙম্মদে।

মথংদা মৈদিংঙু পাখংবনা পান্বা মতমদা গুরুশিদবা লাইনিং-থৌবু ইরাৎ পুজা তৌবগী লাইনিং চৎনরম্মী হায়বা অসি অচুম্বা ওইগনি।

মথংদা পাখংবদগী নিংথৌরোন ৩৮ স্থবা মৈদিংঙু ক্যাম্বগী মতমদা বিষ্ণুবু ইরাৎ পূজা তৌবা হৌখি হায়বা অসি অচুম্বনি। শ্রীবিষ্ণুবু ইরাৎ পূজা তৌজরগম্ব নিংথৌনচিংবা মণিপুরগী মৈতৈ মচা পুম্নমক হিন্দূ ধর্ম্মদি চৎতরি। হান্নগী ইপা ইপুশিংনা চৎনরম্বা লাইনিং লাই-শোন কায়দনা অতুম চৎনরি। মতম অতুগী লিচৎতি শা চাবা য়ু থকপা ওকনা শারেন চন্দুনা ইরাৎপা ঙাম্নু, খুম্নু, হুই, য়েন চাবা ইরুজদনা চাক চাবা শিরগা লৈরোন চন্দুনা পোৎলোইবা তৌরম্মী। শিখিবা অতুগীদমক লৈহৌরিবা মচা মশুশিং অতুনা মথৌ মঙম তৌবদি অঙম্বা মতমদা তৌনরম্মী। চহি অমগী মতুংদা—অনিগী মতুংদা ওইরবম্ব অঙম্বা মতমদা উক্রোং হোংবা হায়দুনা লৈখিদ্রিবা অতুগীদমক ফননবা মথৌ মঙম তৌথোকনরম্মী।

মথংদা মৈদিংঙু পাবহৈবগী মতমদা রাম নিংবা রামানন্দি ধর্ম্ম চৎনরকখি। শা চাবা য়ু থকপা তোকখি, শিরগা মৈ থাবা হৌখি, ওক য়েন লোইবা তোকখি। মুমিৎ মশিং ককনা যুমশেংবা শ্রাদ্ধ শোনবা চৎনরকখি।

মথংদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতমদা কৃষ্ণভক্তি গৌর ধর্ম্ম চৎনরকখি। শ্রীগোবিন্দ নিরুপন তৌরবা মতুংদা জগোই রাস নট সঙ্কীর্ত্তন ঈশৈ

জগোয় অনৌবা শকপা শোনবা চৎনরকখি। মতম অতুদা অমাং অশেং য়াম্না কল্লম্মী। লাইমিং লৌরবদি অঙাং ওইরবস্থ নোংমগী ইরুরগা চন্দন থিল্লা তৌত্রিবা মখৈ চাক চাবা য়াদে হায়বা চৎনবী ওইরম্মী। নিংথৌগী সভাদা চন্দন থিন্দবা উরিক নগুণ য়াওদবা চংহল্লমদে।

করিগুম্বা উরিক নগুণ য়াওদবা নিংথৌনা থেংনগ্রবদি ফারগা দণ্ড চাওনা পিরম্মী ৱাকোংহল্লম্মী হায়নৈ। খ্বাইরম্বন্দ কৈথেন চৎলুববা ফি অতু ইমুংদা পুশিনবা মাংই হায়তুনা ফি অচোৎপনা হোংদোক্লগা মপান্দা থম্মী হায়বা ৱারী লৈ।

অস্থুম্না গৌরীয়াগী অমাং অশেং য়াম্না কল্লম্বদগী শ্রীযুৎ চুড়াচান্দ মহারাজগী মতমদদি অমাং অশেং অসি থরগী মখৈ কোমথোরকখি হায়রি।

শ্রীযুৎ বুধচন্দ্র মহারাজগী মতমদস্থ গৌরীয়াগী অমাং অশেং ফন নিংথিনা লৈরম্মী হায়বা য়াই। লাইনিং লাইশোনদি লোই লমগী মীওই নত্তনা মৈতৈ মচা পুম্নমক্তি গৌরধর্ম্মগী লাইনিং লাইশোন্দা ইপা ইপুনা চৎনরম্বগী ধারা কায়দনা গৌরধর্ম্মদা মপুং ওইনা চপ মান্নরম্মী।

মথংদা শ্রীযুৎ বুধচন্দ্র মহারাজনা নোংম্বাগ্রবা মণিপুরদা নিংথৌ পান্দ্রবা মতমদগীদি মৈতৈ মচা কয়া অমা মনিং মথা তৌনা লাইনিং লাইশোন্দা মচোয় মচোয় তৌবা য়াওরকখি।

ইপা ইপুশিংনা চৎনরম্বা গৌরধর্ম্ম তোকথোক্লনা খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎপা মীওই কয়া য়াওরকই। মতু কনানস্থ খিংঙবা লৈনদে। মৈতৈ মচা কনাগুম্বা থরনা হরে কৃষ্ণ হরে রামগী কাংবু ইস্কোন মন্দিররোমদা য়াওখরে। কনানস্থ কৈ ফত্তে হায়রুবা য়াদে।

কনা কনাগুম্বা মৈতৈ মচা কাংবু থরনা ইপা ইপুশিংনা চৎনরম্বা ধর্ম্ম লাইনিং লাইশোন থাদোক্লগা লাইনিংথৌ সনামহি লাইনিং চৎপা

মৈতৈ মরুপ কৌবা কাংবু খরসু থোক্লকই। মৈতৈ মরুপকী কাংলুপ্তসু মোট মান্নদবা কাংলুপ অনি অহুম থোক্লা লৈবা উরি।

মতুদি :—ফিঙাং শেৎপা কাংলুপ অমা, ফিঙৌ শেৎপা কাংলুপ অমা, ইশৈ পালাদা কোয়েৎ অচৌবা হাপ্লা কাংলুপ অমা, কোয়েৎ হাপ্তবা কাংবু অমা। শজিবুগী নোংমা পানবদা চৈরাওবা কাংবু অমা, মৈতৈ মরুপ ওইরগসু চড়ক পূজাদা চৈরাওবা কাংবু অমা। বামোননা থোংবা চাদবা মৈতৈ মরুপ কাংবু অমা, বামোননা থোংবা চাবা মৈতৈ মরুপ কাংবু অমা।

অসুম্না মৈতৈ মরুপকী কাংলুপ্তসু মোট মান্নদবা মান মান পাম্বা মোট মখন মথেন নাইনা পুথোকতুনা চৎনরক্লি। মসিদা অমনা অমবু নংগীতু ফত্তে তৌগনু হায়না থিংবা য়াদ্রবা ফৈ-ফত্তে হায়রুবা য়াদ্রবা মতম অমা ওইরে।

হৌজিক্কী মতমদা ওইরিবা মণিপুর মৈতৈ মচাগী লাইনিং লিচৎ ইপানাৎ ইপুনাৎ ঙাক্কবা কয়া অমসু য়াওরক্লি। মতুদি গৌরধর্ম্ম চৎপা মীওই ওইতুনসু ইতুমদবা ফি শেংলগা চাক চাবা ফি মাংদবা। ইরুদনা চাক চাবা, উরিক নগুণ থাংদবা, শা চাবা যু থকপা অসিগুম্বা মীওই কয়া য়াওরক্লি।

য়ুমগী অহন ওইরবা গৌবধর্ম্মদি চৎপা নিতিগী চন্দন উপু নাইনা লাই খুরুম্লবা অহন অতুনা মীয়ামগী উসোব ওইবদা য়ুমনাক শাংগ খংদবা মৈতৈ মরুপ্না থোংবা চাক চাবদা হঙ্লোইদবা মীওইসু য়াওরক্লে।

মণিপুরদা লৈরিবা ব্রাহ্মনশিংগী মরক্তগীসু ব্রাহ্মনগী লমচৎ চত্তনা কয়া অমা লৈরক্লে। ব্রাহ্মন ওইনদি পোক্লগা উরিক নগুণ থাংদবা, লাই সেবা তৌদবা, ফত্তবা চিঙ্গাক চাবা, মৈতৈগী হোটেলদা চাক চাবা অসিগুম্বা লমচৎ নাইদবা ব্রাহ্মন খর য়াওরকপা অসিনা ব্রাহ্মনশিংগী ইজ্জৎ মগুন ময়েং ভাহন্নবা মশক ওইরক্লি।

বামোননা চীংমী নিঙোন লৌবা, মৈতৈনা থুরুখুল সেকমাই লোইলমগা চারৌ মৌরোনবা অসিগুম্বা লমচৎ য়াওরকপা অসিনা ফজপ্রবা গৌরধর্ম্মদা কালি তৈশিনবদ নত্তনা মীওইবা সমাজগী থকশি-খাশি মাংথরক্লি।

ভারতকী মনুংদা লৈরিবা হিন্দু ধর্ম্ম ময়ামগী মরক্তগী ঐখোয়গী মণিপুবগী গৌরধর্ম্ম অসিনা খ্বাইদগী থাক রাংবা ফজবা ওইরকখি। মণিপুরগী নট সঙ্কীর্ত্তন জগোই রাস পৃথিবীদা অথোইবা ওইনা লাকখি।

অত্থবু নিংথৌ পাম্ভবা মতুংদগদি মণিপুরগী মৈতৈ মচা কয়া বামোন কয়া রাজকুমার কয়া কয়ানা ফিজেৎ চাকচা ফংলকতবা থকশি খাশি লৈরক্তবা অমদি লাইনিং লিচৎ নাইতোম তারকপা য়াওরকপদগী মণিপুরগী ফজপ্রবা গৌরধর্ম্মগী মগুণ ময়েং তানবগী মচাক ওইবদ নত্তনা মণিপুরদা লৈরিবা কাংলুপ মশেন মুংশিনবা রাংননবগী মচাক অমসু ওইরক্লি।

নিংথৌ পাম্রিভৈদা মৈতৈনা লাইনিং লিচৎ পুল্লিভৈদা মণিপুরগী জাতি কাংলুপ মশেন মুংশি চান্নরা লৈরম্মী। লাইনিং লিচৎতা তোঙান তোঙানবা থোকলকপদগী পুক্লিংগী অপাম্বা মোট মান্নরক্ত-বদগী মৈতৈগী কাংলুপ মশেন মুংশিনবা ময়েং তারক্লি। মতম অসিদা অমগী অপাম্বা চৎপা অত্থদা অমনা ফত্তে হায়বা য়াদবনা মান মান পাম্বা চৎনবা তাবনি।

হৌজিক মণিপুরগী গৌরধর্ম্ম চৎপা মৈতৈ কাংলুপনা হায়রি। ঐখোয়না চৎচরিবা ধর্ম্ম লাইনিং অসি ইপানাৎ ইপুনাৎ ঙাকচরিবনি। ঐগী ইপানা চৎলম্বা লাইনিং অত্থ ইপা পোকপা ইপুনা চৎলম্বা অত্থনি। ইপুনা চৎলম্বা লাইনিংসু ইপুবু পোকপিবা ইবুধৌনা চৎলম্বা অত্থনি। ইবুধৌনা চৎলম্বা লাইনিংসু ইবুধৌবু পোকপিবা পুরেন অত্থনা চৎলম্মী।

পুরোনশিং অসিনা চৎনরম্বা মৈতৈ লাইনিংদি— থাইনগী মণিপুরদা হিন্দু ধর্ম্ম লাক্তরিভৈগী মতমদা লৈরম্বা 'পুশিং' অত্থনা চৎলম্বা লাইনিং

লিচত্তগী ফত্তবা মথৈ ককথৎলগা হায়বদি শা চাবা, য়ু থকপা, ওক য়েন লোইবনচিংবা ককপা য়াবা মথৈ ককলগা হিন্দুধর্ম্মদগী লৌশিনবা য়াবা কয়া লৌখৎলগা, মসিগী মথৈ তোক্লসি মসিগী মথৈ ফরে হাপচিল্লসি হায়নত্নুনা অরেপ্পা অমা থমলগা চৎনরম্মী।

হিন্দু ধর্ম্মদগী ওইত্নুনস্নু থাইনগী মৈতৈ ইপা-ইপুশিংনা হামেং, য়াও, ভান্নু, খুন্নু, ষণ, ঈরোই বলি কত্নুনা ইরাৎপা দুর্গা পূজাবু জীব হিংসা তৌই ফত্তে হায়ত্নুনা লৌখৎলমদে চৎনরমদে। ইপা-ইপুশিংনা তৌরম্বা দুর্গা পূজাদি— চেংপাক কবোক লফোই সংগোম চুন্নী চিনি ঘী খোইহী কর্পূরনচিংবা হাপ্তুনা শেম্বা ফোলা কৎপা। ভা য়াওদবা উসোপ, মনা-মশিং, হরাই-চেংরাই, মরু-মরাং, মহৈ-মরোং, ঘী, থাউনা থোংলবা নিরামেসগী উশোব কৎপা দুর্গা পূজাদু চৎনরম্মী। অদুগী দুর্গা পূজা অদু হৌজিক মণিপুরগী মৈতৈ ঐখোয়না সনা কোন্নুংদগী হৌনা খুঙ্গং লৈকায় খুদিংগী মচি মচি খুদিংদা পূজা অসি কৎনরি।

ত্রেতা কৌবা যুগ অদুদা শ্রীরামচন্দ্রনা রাবণ হিংচাবা হাৎনবগীদমক মেরা থাদা দুর্গা পূজা অনৌবা অমা হৌদোকলম্মী। শ্রীরামচন্দ্রনা মতম অদুদা কৎখিবা দুর্গাপূজা অদু জীববু হিংশা তৌবা বলি ককপা তৌখিরমদে। হৈ, লৈ, ফল-মূল, মহৈ-মরোং খরদংগনা নোল্লুকপা ভক্তিনা মরু ওইনা কৎখি।

শ্রীরামচন্দ্রনা হৌদোকলম্বা দুর্গাপূজা, জীববু হিংসা তৌদবা অসিনা য়াম্না ফৈ। মৈতৈ ঐখোয়স্নু বলিদান তৌদবা পূজা অসি তৌরসি হায়ত্নুনা থাইনগী মৈতৈ ইপা-ইপুশিংনা চৎনরম্বা অদু হৌজিক ঐখোয়না চৎনরি, মসিস্নু ইপানাৎ ইপুনাৎ ঙাকচরিবনি।

মণিপুরদা হিন্দুধর্ম্ম চৎলকপদগী শানৈ য়ুনৈরম্বা, ওক য়েন লোইরম্বা, শা য়েন চাবানচিংবা তোকখিবা অসি হৌজিক্কগী চহি ২৭০গী মতম অদুরাইদগী তোকখিত্নুনা হান্নগী লাইনিং লিচৎকী মচুংদগী ফত্তবা ককপা য়াবা-

মখৈ ককপ্রগা হিন্দু ধর্ম্মদগী লৌবা য়াবা অকবা মখৈ লৌখত্তুনা হায়গী লাইনিংদা হাপচিল্লগা, লাইনিংথৌ সনামহি ইমা লৈমরেনবু খুরুমজবসু তোক্কবা, অসিগী লাইনিং অসি চৎনবিরম্মী।

মতম অহুগী ইপা ইপুশিংনা শ্রাদ্ধ নত্তগা থিরোই শোনবা তারবদা হয়েং কর্ম্মনি হায়বগী ঙসিগী সন্ধ্যাদগী লাইনিংথৌ সনামহিদা হৈরুক-পানা, হৈ-লৈ, ধূপ-থাংমৈ, চেংপাক-কবোক, সঙ্গোম চুহি, ঘী, খোইহীনচিংবা ফোলাগী মচাক কৎতুনা খুরুমজরগা থৌনিজৈ। কৎলিবা থাংমৈ অহু হয়েংগী কর্ম্ম লোইদ্রিফাওবা মুৎহন্দনা থম্লগা কর্ম্ম পুম্নমক্ লোইরগা লাইনিংথৌদা অমুক হন্না খুরুমজরগা ঙরাংগী থাংমৈ অহু মুৎপা য়ারে হায়বগী চৎনবী লৈরম্বনা হৌজিকসু গৌরধর্ম্ম চৎপা মৈতৈশিংনা চৎনবিবা অসিনি।

গৌরধর্ম্ম চৎপা ইপা ইপুশিংনা চহি খুদিংগী শজিবু চৈরাওবদা লাইনিংথৌ সনামহি ইমা লৈমরেন শিদবী অনিদা অনৌ অপেন সিদ্ধ কৎতুনা খুরুমজবা অমসুং নিতি মুমিৎ খুদিংগী ধূপ থাংমৈ কৎতুনা খুরুমজবা অসি তোকপা য়াদ্রবা মরম ওইনা চৎনরম্বদগী ঙসি ফাওবদা ঐখোয়না মহু ঙাক্লা চৎনজরী।

ইপা ইপুশিংনা চৎনরম্নবা লাইনিং লিচৎপু লাল্লি হায়বদি হায়জরোই লানসু লান্দে। লান্না হায়বদি ময়ামগা মান্নদবা মথন্তা নাইতোম তাবা লিচৎ অহু লাল্লি হায়বা য়াই। ঐগী ইপা ইপুশিং অহুখক্তনা ময়ামগা মান্নদবা লাইনিং অমা চৎলকপা ওইরবদি মহু লাল্লি হায়বা য়াই। মৈতৈগী য়েক৭ মকী ইপা ইপুশিংনা চপ মান্ননা চৎলমলবা লাইনিংবু লাল্লি হায়বা চুমদে। লাল্লিবদি ঐবু হেক পোকপিবা ইপাবু লাল্লি হায়রীবা মহাক অহু খ্বাইদগী অচৌবা অরানবনি।

ঐবু পোকপীবা ইপা অহুনা শা চাবা, য়ু থকপা, নিশা শিজিন্নবা মীগী মপোৎ হুবা, লমচৎ ফত্তবা চৎপা অমসুং মীয়ামগা মান্নদবা লাইনিং চৎলবা মপা অহুদা মচানা লাল্লি হায়বদি হায়কম থোকই। অহুসু নত্তবা ধর্ম্ম খুদিংমক্তগী ফবা হেল্লি হায়তুনা মৈতৈ য়েক ৭ শলাই

৯ মক্লা চপ মান্নরা মসিনা মফরে হায়তুনা চংমরল্লবা গৌরধর্ম্ম চংলিবা ইপা অত্তুবু লাল্লি ইপু অত্তুবু লাল্লি হায়বদি ঐখোয়দি হায়জবা ঙমলোই।

মণিপুর অপিকপা দেশ অমা ওইত্নুনসু, ইপা ইপুশিংনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চংলম্বদগী, শ্রীযুক্ত ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা শ্রীগোবিন্দদা জগোই রাস কৎতুনা রাস হৌদোকপিরম্বদগী, নট সঙ্কীর্ত্তন ইশৈ হৌদোকপিরম্বদগী পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদা মণিপুরগী জগোই ইশৈনা মণিপুরগী শক তাকপা ঙমজরী।

মণিপুরগী মৈতৈ ঐখোয়না হিন্দু ধর্ম্ম লৌরমত্রবা, গৌর ধর্ম্ম চংলম-ব্দবা তারবদি হৌজিক ওইরিবা ফিভম অসি য়োবা ঙমলমলোই। হায়বদি দেশ অতৈনা মণিপুরগী জগোই রাস নট সঙ্কীর্ত্তনবু থাগৎনরিবা শিংথানরিবা অসি ওইরমলোই। মরম অসিনা ইপা ইপুবু লাল্লি হায়বদি হায়জরোই।

ইপা ইপুশিংনা ফরে হায়তুনা চংনরল্লবা গৌরধর্ম্মবু থাদোকপদি তৌজরোই। ফজত্রবা গৌর ধর্ম্ম অসিবু অমুক হন্না ফজননবা শেম-গৎপদি তঙাইফদে। মসি খংবা মণিপুরগী ওজাশিংনা গৌর ধর্ম্মবু শেমগৎ-শাগৎপা লেপতরি। মৈতৈগী গৌর ধর্ম্মবু অমুক হেন্না ফগদবদি বেঙ্গলী-সংস্কৃতিনা শকপা শোনবগী মহুত্তা মণিপুরী ইমা-লোন "মৈতৈ লোন"না শকপা-শোনবা লাইনিং লাইশোন তৌরগা অমুক হেন্না ফবা ওইগনি হায়তুনা মৈতৈলোন্না শকপা শোন্বা তৌনরক্লি।

হৌজিক হৌজিকসু মণিপুরগী অখং অহৈ ওঝাশিংনা মৈতৈলোন ঙাকুনা শকপা শোনবা তৌনবগীদমক য়াম্না কন্না হোৎনবিরি। চহি খরগী মতুংদদি মৈতৈলোন থকতনা লাইনিং লাইশোন তৌরবা য়াই। মতম অত্তুদা মৈতৈগী গৌরধর্ম্ম হান্নদগী অমুক হেন্ন ফবা ওইরগনি। অসিগুম্বা ইপানা ইপুনা চংমলবা ধর্ম্মবু ঙাক্ক চংচরিবা ঐখোয় অসি ইপানাৎ ইপুনাৎ ঙাকপা কৌই।

## তৌনরক্লবা য়াই

মণিপুরগী নিংথৌ, মন্ত্রি, প্রজা পুম্নমক থাইনা মণিপুরদা হিন্দু ধর্ম্ম চংলক্লিঙৈদা ইপা ইপুশিংনা চৎনরম্বা মৈতৈ ঐখোয়গী উমংলাই হবাওবা থৌরম অদু, হিন্দু ধর্ম্ম চৎনরক্লবা মতমদসু উমংলাই হরাওবগী থৌরম অদুম্মক কায়দনা চৎনবীরম্মী। অদুম্না ইপা ইপুশিংনা চৎনবিরম্বা লিচৎ অদু হৌজিক ফাওবদসু মৈতৈ ঐখোয়না কায়দনা চৎনরী। পৃথিবী-গী মথক্তা মীওইবা জাতি মখল কয়া লৈরিবসি মতমগী য়াওন মতুংইন্না লাইনিং লিচৎ ধর্ম্ম অনৌবা হোং-হোংহুনা চৎনরকখি। খুদমওইনা পনবা য়াবদি বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎপা মীওইগী মপা মপুশিংনা বুদ্ধদেব পোক্লিং-ঙৈদা চৎনবম্বা লাইনিং অদু তোকখোক্লগা বৌদ্ধ ধর্ম্মবু অনৌবা ওইনা লৌহুনা চৎনবকখি। খৃষ্টানশিংনা যিশু খৃষ্ট পোক্লিঙৈগী মমাংগী লাইনিং লিচৎ তোক্লগা অনৌবা ওইনা খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎনরকখি। অদুগুম্না মৈতৈ জাতি ঐখোয়সু ইপা ইপুশিংনা হান্নদি চৎনরমদবা হিন্দু ধর্ম্মবু অনৌবা ওইনা লৌহুনা চৎনরম্মী। মসি করিসু কায়দে। মীওইবা জাতিশিংনা মান মান পামজবা ধর্ম্ম লাইনিং লিচৎ চৎচবা য়াই। চানিংদবা হৈনদববু চাদবা য়াদে হায়বা, পামজদববু পামদবা য়াদে হায়-বদি হায়ফম থোক্তে। মহু ধর্ম্ম নত্তে।

মণিপুরগী নিংথৌ মন্ত্রি প্রজা পণ্ডিতশিং ব্রহ্মসভা পুম্নমকনা য়ানরবা মসিগী মখে ফরে হায়না লেপ্পরগা চৎনরম্নবা গৌর ধর্ম্ম মৈতৈ লাইনিং লিচৎনি।

হিন্দু ধর্ম্ম লাক্করিঙৈগী 'পু' শিংনা চৎনরম্বা, লাইনিংথৌ সনামহি ইমা লৈমরেন শিদবীবু খুরুমজবা অদুসু কায়দন গৌর ধর্ম্ম চৎনবিরম্মী। অদুগুম্বা 'পু' শিং অদুনা চৎনরিবা ধর্ম্ম ইপানাৎ ইপুনাৎ ঙাক্ত চৎচরম্বা ঐখোয়বু কনা অমত্তনা মহু তোকলো ফত্তে হায়না থিংবিরকসু। মান মান পাম্বা লাইনিং চৎখিবদা ঐখোয়না কনাবু থিংজরোই। ইপা

ইপুনা চৎলম্বা গৌর ধর্ম্ম চৎচরিবা ঐখোয়বুন্নু থিংবিরকন্নু। অসি হায়বা মৈতৈ কয়ামুকন্সু লৈরি।

মতমগী য়াওন মতুংইন্না মান মান পাম্বা লাইনিং চৎপদা থিংবা য়াত্রবা মতমনি। মান মান প্নাম্বা নিংজসন্নু অপাম্বা লাইনিং চৎসন্নু। পুরোন কয়াদগী চৎনরম্লবা মৈতৈ ঐখোয়গী গৌর ধর্ম্মনি। ইপা ইপুশিংনা ফরে হায়না চৎনরম্লবনি মসিবু ঙাক্ল চৎলিববু ইপানাং ইপুনাং ঙাকপা কৌই।

মণিপুরদা হিন্দু ধর্ম্ম চংলক্লিভৈগী মতমদা ওইরম্বা ইপানাং ইপুনাং অতুদা হঙ্গিনবদি পামজদরে! চপচানা হঙ্গিনবদি ঙমস্নু ঙমলোই। ঙমগনি হায়না খম্বা অপাম্বা মীওইনা হঙ্গিনবদি হঙ্গিনবিখো থিংজদে। ঙমস্নু ঙম্মরোইদবা পামস্নু পামজদ্রবা ঐখোয়বু অদোমদা ঙনশিনলসি হায়না হৌবদি হৌবিরকন্নু হায়বা গৌর ধর্ম্ম চৎপা মৈতৈ অয়াম্বা হৌজিক মণিপুরদা লৈরি।

মসিনি মণিপুরদা মহৌশাদগী কুমশি ইংশোক ১৯৯৪ ফাওবদা ওইরকখিবা মওং অসিনি।।।।।।।



# অরোইবা ওইনা অইবনা হায়জরি।

পৃথিবীদা লৈরিবা মীওইবা জাতি অমথক অসিগী মনুংদা তোঙান তোঙানবা জাতি কাংলুপ কাংলুপকী মান্নদবা মখল মথেন কয়া লৈরিবসি মীয়ামনা উনরি খংনরি।

মী ওইহুনসু মান্নদবদি— জাতি তিন্নদে কুচু মান্নদে, লোন মান্নদে, ফিজেৎ-চাকচা মান্নদে, ধর্ম্ম তিন্নদে, লাইনিং লাইশোনসু তোঙান তোঙাল্লি।

অসুম্না মান্নদ্রবা কাংলুপ কয়া লৈরিবা পুম্নমক অসি মী হায়বহুদি অমথক্তনি। ঐখোয় মান্নদবা কাংলুপ ময়াম পুম্নমকশিসু তাইবং শেম্বা মপু ঈশ্বর মাগী মচা মনাই ঙাক্তনি।

তাইবংদা উরিবা অহাংবা অতিয়া অসি মান্নদবা কাংলুপ ঐখোয় ময়ামগীনি। অমম অঙান খায়রিবা নুমিৎ থা থরানমিচাক গ্রহশিং অসিসু মান্নদ্রবা জাতি কাংলুপ খাইরিবা ঐখোয় পুম্নমক্কীনি।
ধর্ম্ম তিন্নদ্রবসু, ফিজেৎ-চাকচা মান্নদ্রবসু, লোন তোঙাল্লবসু, কুচু মান্নদ্রবসু, লাইনিং লাইশোন তোঙানজরবসু মীদি মী অমথক্ত ওইবা মরমনা, জাতি অমগা অমগা নুংশিনদনা উংথৎনবা, থৎন-চৈনবা, হাৎন-মুনবা, কাংলুপ অমগা অমগা য়েংথিনবা, লৈবাক অমগা অমগা লান-থেংনহুনা লন-থুম তুম্না মাং তাক্লা হাত্তোক্লবা অসিগী মহুত্তা কাংলুপ খুদিংমক অমগা অমগা নুংশি চান্নবা লৈমিন্নবা; জাতি অমগা অমগা অরৈ-লৈত তাথোক-তাশিন্নহুনা অরাং-অপা পিথোক-পিশিন লৌথোক লৌশিন্নহুনা নুংশি-চান্নবা লৈমিন্নবনা খ্বাইদগী অফবা অথোইবা ধর্ম্মনি।

ঐখোয়গী মণিপুরদা মহৌশা মতম অমদা হাও, ময়াং, মৈতৈ, পাঙল, নাগা, কুকিনচিংবা তোঙান তোঙানবা কাংলুপ কয়া লৈরিবসি মাগী-মাগী মনাংকী ফিজেৎ চাকচা, লাইনিং লাইশোন তোঙানজরবসু;

কাংলুপ অমগা অমগা উংখৎনবা তৌদনা, খৎন-চৈন, হাৎন স্থন তৌদনা নুংশি চান্নবা লৈমিন্নরম্মী। মতমহুগী লিচৎ শাজং কাংলুপ মশেন নুংশিননা লোইনবগী মওংহু অইবা ঐনা য়াম্না পামজৈ।

হৌজিক হৌজিক মণিপুরদা লৈমিন্নরিবা জাতি কাংলুপ খুদিংমক্কী থম্মোইদা নুংশি চান্নবা লৈমিন্নবা পাম্বগী পুকচেলহু ওইহনবা বকুবগী দমক তাইবংপান্বু শেম্বীবা ঈশ্বর, ভগবান শ্রীগোবিন্দগী মফমদা তৌন্নবা অইবনা মশিং লাকঙমদনা হন্না হন্না থুকমজবী। মণিপুরদা লৈবিবা জাতি কাংলুপ খুদিংমক্কী মফমদা থৌজানবিননবা ঈশ্বর মহাক্কী মথুযাদা নোল্লক্লা থুকমজবী।

লোইখ্রবা



# অরানবা চুমথোকপা

| মশিং | লামাই—পরেং | অরানবা | | অচুম্বা |
|---|---|---|---|---|
| ১। | খ—৪ | তংগী | = | ভুংগী |
| ২। | খ—৮ | ভংদা | = | ভুংদা |
| ৩। | ঝ— অঙ্ক ৭ | মদ্ভাগবত | = | শ্রীমদ্ভাগবত |
| ৪। | ক—১১ | য়াকচবী | = | য়োকচবী |
| ৫। | ১০—১৯ | বেলঙ্গগা | = | বেঙ্গলগা |
| ৬। | ১৩—১৮ | বল্লল | = | বল্লাল |
| ৭। | ১৬—৯ | কান্যকব্জ | – | কান্যকুব্জ |
| ৮। | ২৬—১৮ | কাশীর | = | কাশ্মীর |
| ৯। | ২৮—৪ | কশিন্দুনা | = | শাক্তিন্দুনা |
| ১০। | ২৯—৩ | গীতা | = | সীতা |
| ১১। | ৩৪—২১ | ফংলরদা | = | ফংলবদা |
| ১২। | ৩৭—১২ | খোমযোম | = | খোংজোম |
| ১৩। | ৪০—২০ | খংরা | = | খংবা |
| ১৪। | ৫৫....১৯ | হায়রা | = | হায়বা |
| ১৫। | ৭৯—১৬ | তগুদগী | – | তগু্দগী |
| ১৬। | ৮১—১১ | শান্থোক | = | শন্থোক |
| ১৭। | ৮৬—১ | চহি ১ ২ | = | চহি তংখাই |
| ১৮। | ৮৮—২৬ | হৌরক্ক্‌না | = | লানহৌরক্ক্‌না |
| ১৯। | ৯১—৫ | ওইখ্রে | – | পাইখ্রে |
| ২০। | ১০০—১৮ | হেহিতাশ্ব | = | রোহিতাশ্ব |
| ২১। | ১০১—১৯ | ৩ ১/২ | = | ৩ তংখাই |
| ২২। | ১০৩—১৭ | কিন্ন্‌ | – | কিন্ন্‌র |
| ২৩। | ১০৪—১৬ | পোষ্ট। | – | পোকই। |
| ২৪। | ১১১—১৮ | য়াইরেম্বা | = | য়োইরেম্বা |
| ২৫। | ১২৩—২২ | চৎচরম্বা | = | চৎরিবা |

## অইবগী ফোংখ্রবা লাইরিকশিং :

১। মতমগী য়াওল, মৈতৈ লাইনিং লিচৎ—শক—১৯৯২

২। মৈতৈ চৈরাওবগী মুমিৎ—শক—১৯৯৪

৩। মণিপুর থিবা অমসুং তাকপা—শক—১৯৯৪

## শোয়দনা ফোংজরগদবা লাইরিক :

১। মৈতৈ ইপানাৎ-ইপুনাৎ
(মতম খরদং ঙাইবিযু)

————